# বাসন্তী-চরোং

(ৱারী মচাশিং পূনশিনবা)।

নীলবীর শাস্ত্রী



মমল রুপা [illegible]



ঐবা —
নীলবীর শাস্ত্রী,
ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

অফোঙবা —
বেদেশ্বর অমসুং তরুণকুমার



অহানবা ফোঙবা—২৬ জানুয়ারী, ১৯৬৭
কোপী মশীং— ১,০০০

অনম্বা —
দি নেসনেল প্রেস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

খুদোল ওন্বা —

লক্ষী লমখাঙ্গী

চাক্লিবশিংদা।

## ৱাহৈ অমা অনিদং

ঐনা ৱারী মচা খরদং ইহুনা থমজখিবা মতম কনা কুইগ্রে। লাইরিক মচা অমদি ফারনি খন্দুনা ফোঙদোক্লগে হায়না কয়ারক হল্লা থোরাং তৌজখি, অতুবু থবক্তী ওইবা পুন্সী অসিদা তঙাইফদবা থবক কয়ামরুম্না লাইরিক মচা অসি ফোংদোক্লবা তাঞ্জা থক পীখিদে। হৌখিবা চহী খর অসিদা মণিপুর সরকারনা শেলগী মতেং পীহুনা সাহিত্যকারশিংবু পুক্লিং থোগৎপা উবদগী ঐস্থু মচোই মচোইনা লৈবা ঐগী ৱারী খরা থোমজিঞ্জহুনা আনন্দসিংহ একাডমীগী ঐগী মুংশিরবা ছাত্র-ছাত্রী থরদা ৱারী অমমম্ য়েম্থোক্তুনা শিন্দোকহল্লগা সরকারদা লানথৎচখি। মণিপুর সরকারনা য়াম্লবস্থু য়াগদ্রবস্তু মতেং থরদং পীরকখি। মহুনা মরম ওইহুনা তঙাইফদনা লাইরিক অসি নম্বা তাখি। পাবীনবা মশিং ৱাংলবা, ফোঙলুবা লাইরিক খুদিংদা মমল হঙ্জিনবা ৱারবা, লৈবাক অসিদা কলম পায়হুনা সমাজবু সেবা তৌজরিবা মীশিংবু পুক্লিং থোগৎলিবা মণিপুর সরকারগী মকমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

অরোইবদা উরক-ৱারক, খোংবাল-লুক্লাংদা শাৎপী বাসন্তীগী চরোং মচা অমতং থুৎনা লাম্বা কংবদগী হেক্লক্লগা সাহিত্য প্রেমীশিংদা লাম্থোকচরি। ইমারোলগী সাহিত্য-লৈরাংবদা অনৌবা লৈচল অমা হাপকৎলে খন্দুনা লৎনদনা লৌবীগনি।

লেখক

# সূচীপত্র

| হীরম | লমাই |
|---|---|

# তোম্বা

"হায় তোম্বা ! কদায়দ চৎখ্রে। গ্লাস অমত লৈত্রবনিনেসে, ছকান্দগী পোৎ অমতং লৈরু থাখি হেক্তা হল্লক্তে গ্লাস চামগনি থোকখি শোরোক্তা চৎপা মী য়েংহুনা হেক্তা লৈরম্মি। করম্নো তৌগদবসি অঙাং লাক্কবনা থোইনা রাখ্রে। তোম্বা ! তোম্বা ! হো তোম্বাও !" হোটেলগী ঐজ্জানা লৈরং ময়াদগী শাউনা কৌরকপা অসি তারহুনা পীকথ্রবা মথুং মচা অনিনা গ্লাস অহুম-মরি, অহুম-মরি পায়-রহুনা চহী তরেৎ লোমগী অঙাং অমা তিবিৎ তিবিৎ চেনশিল্লকই মহাক তোম্বনি। "গ্লাস মরি মঙাদং চাম্বদা করিগী অহুক কুইরিবনো, হায় গধা ?" অসি হায়হুনা ঐজ্জানা থুপাক্কা অমুক অনিরক থারে। তোম্বা কপ্লহুনা থোংজিন ময়াদা অহুম লেপহুনা লৈগ্রে। থা অনি অহুমদা মঙাইরি তোম্বনা হোটেল অসিদা থবক তৌবা লাকপা। পীকথ্রবা লম্লাই কোচিন অমদা লৈবা অঙাংনি। হন্না, রিক্সা, মোটর গাড়ীনচিংবা পঙনা উবা ফংবা লমদা নত্তে। ইম্ফালগী তৌরিবা ইরাং ময়াম অসি তোম্বদদি কুম্মৈদা ওইগ্রে। শোরোক ময়াদা ফম্লহনা গ্লাস চাম্লি অহুবু মমিত্তি সিটিবস রোমদা য়েংহুনা লৈরি।

করিগুম্বা সীনেমা ড্রামাগী প্রোপেগণ্ডা লাকপা, পামক্লেট চাইবা উরবদি হোটেলগী থবক পূন্নমক থাদোক্তুনা মমান্নবা ময়ামগা লোই-ননা চে থুনবা চেল্লি। অশোমদনা ঐজ্ঞানা চা শেমগদবগী গ্লাস ভাইরি। লৈরং মখোঙদা ফম্লিবা ঐজ্ঞাগী থাংগী থাও মৈ হৌগদৌরে বেশন লৌবা চৎথিবা তোম্বদি ছুকান্দারগা ন্নান্নী শুরি। ঐজ্ঞা অসি য়াম্না ক্ষিংবা শাওগনবা মী অমনি, কুচু মুই; ন্নাং চাওই; কোই শাংলপ খাকই; শিথা চাওনা পুল্লি। থাওগী মরেক্কা চুরবা অমসুং মুরবা থুদৈ অন্নাংবা চাওরাং অসিগী মথক্তা হেক লৈরকপদগী শুদ্রিবা মোজ্জা ফুরিৎ ফনা নিংথিবা ঐজ্ঞাগী ফিজোম্নি। অওইবমক ঐজ্ঞাগী শকফম অসি অঙাংশিংনা য়াম্না কিনিংঙাইনি। থবক ভাইহাক লৈতবা, ঐজ্ঞানা পাখোন শিতৌদবগা তোম্বা হেক্তা মাঙথি। মমান্নবশিংগী মরক্তা থ্রী কাপ্পী, য়ুমশাবীনচিংবা শান্নঙ্গনা হেক্তা লৈরম্মি। তোম্বা লাক্লবসি ঐজ্ঞাগী অন্নাবা অমা ওইপ্রে। শহরগী মতাই ওইরপ তৌবা মফমদা লুপা ৩৫না শেন্নেপ ওইরগা ফম্বা ঐজ্ঞাগী হোটেল অসিদা কদাইদগী জ্ঞান তাবা অঙাং থম্বা ঙমগদগে। খাইরমল বাজারগী হোটেল অয়াম্বদা লৈরিবা অঙাং-শিংদা ঐজ্ঞা চাউন্থনা মাগী হোটেলদা ট্রেনিং পীথিবা ফনা য়াম্না য়াওরি। মরক মরক্তা ঐজ্ঞাসু মশাবু থাগৎলছুনা ন্নান্নী তৌরিবনি—
“লুপা ঐখোয়না শেমথিবা অঙাংদি মণিপুরগী হোটেল পুন্নমক্তা পাম্নরিবনি। ন্নাণী হোটেলগী অমুবা ঐনা পীশক পীক্তা পুরকপনিদো মিষ্টান্ন ভাণ্ডারগী খোইবা ঐনা মেক্তুনা শেনখিবনিদো করি হায়য়ে মখোয়গী বিহারী হোটেলদো অতুদা য়াওবা তেম্বা অতুগা অন্নাং ছুকানগী হোটেলদা লৈরিবা লৈরিজাও পূন্নমক অসি ঐনা ন্নানা

লম্নাই থম্নাইদা চত্তুনা থীজরুগ্রবা থম্না হেক চাওরকপগা অমদা হেক্তা চৎখি।" অওইবমক হোটেলগী অঙাং লোবগী ইন্টরভিয়ুদা ঐজ্ঞা চাওমুগী হোটেলদা থবক তৌরকইবু হায়রবদি ওম্মোক্লা পাম্না লৌই। হোটেলগী সংসারদদি ঐজ্ঞা চাওমুগী সার্টিফিকেট মমল য়াম্না য়াম্মি। কনাগুম্বা চা থকপা লাকপনা হংই "অহুবু অঙাংশিং অসিনা ঐজ্ঞাবু থাদোক থাদোক্তুনা চেনথ্রিবসিবু করিনো?"

"চেনখিবগী মরম হায়বু অতৈ লৈতে। ইয়াম্মনদি ভলপ অসি থাদা লুপা মরি-মঙাদমক পীদো অতুদদি থম্না লৈরম্লগা মমিৎ-মনা থম্না শিংলক্লবা কান্দা হোটেল অচৌবা অমদা হেক চৎখিবনিদনা।"

ঐজ্ঞা চাওমুগী চৈকু খাঙবা ভমত্রহুনা তোম্বা নোংমদি ময়ুমদা চেন্নবা থোরাং তৌরে। অম্নাবনি ময়ুমদা চম্না নামত চাবা; মমা লুথ্রাবীনা লৈকাইদা শীপ্পুংলগা মনাও অমসুং মচন পীশক থাকপা অহু পুম্নমক নীংশিংলক্রে। নোংজু পাম্বাদা নোং য়ুখিবনা হিপ্পা য়াত্রহুনা মমা-মচা মখোয় মথৈ পুম্নপ ভাশিন্দুনা নোং য়ুদবা মকম য়েংলগা ফক্লাং নত্রগা উখোঙদা ঙাহুনা ফম্মী। নীংথম থাদা পোমফ্রী শেগাইবা অমসুং বোম্না শেগাইবা মরক্তা হীদান অপাকপা অমদা মনাও অমসুং মচন লোইননা মমা-মচা মরি পুম্নপ হীপ্পি। ময়ুমদা মোজাফুরিং শেগাইবা অমা কাওবা লীৎপা ফংদে অহুবু মকম অসিদদি ঐজ্ঞাগী মচাশিংনা শেৎপা ফীরোলগী অমল-অকায় থরসু মফংই। ঐজ্ঞাগী চৈকু অমসুং য়ুমদসু লৈত লাইরগী অম্নাবা অনি অসি থম্নুবদা তোম্বা নুং অনিগী মরক্ত হা ওইরে। থঙহোদনা মমীৎতগী পি শিম্বরক্লে।

"মেমা নংগী লাইরিক তম্বা অদু ঐসু খঙ্জিক্ত য়াওগেবা হায়না হোটেলগী ঐঙ্গাগী মচাসুপীদা তোম্বনা হায়।" "হায় ! পৈশা পীরগা পাইবেৎ তম্মিনি ঐদি কৈসু। নংগীবু পৈশা লৈজব্রাও ?"

তোম্বা তুমিন লৈপ্রে। মাগী গ্লাস চাম্বগী লুপা মরি-মঙা অদুদি খা খুদিংগী মমানা লাক্তনা লৌরে। ঙাইহাক লৈরগা মথরাই লুঙাইতনা খুম্লকই "মেমা ঐগীদি পৈশা পীনিঙাইদি লৈতেবু।"

"অদুদি তাতোম্বা ওঝানা য়ারোইবু।" "এঃ ! মেমা ব্রা অমা লৈরে। ঐ অসুম তুমিন্না তাগে ওঝাদা হংসু হংলোই। ঐনা খঙহৌদবা অদু নং ওঝা চৎপ্রগা খর তাকপিয়ুদনা।" "ফরে তাতোম্বা অদুম হায়না তৌরসি হোরেন্দগী হৌরসি।" মেমা অসি পীক্তি পীকই হায়ববু য়াম্না মমিৎ মনা শিংই। মুম্না খম্বরগা অমুক হায়রকই— "তাতোম্বা য়াদ্রে য়াদ্রে" "কৈদোরে, ওঝানা ফুগদ্রাও তাবাফাও য়াদজাৎলনে ? য়াদ য়াদ্রগা হয়েং ঐখোইমা লাকপদা পৈশা খরা হেক্ত লৌহৌরগে।"

"অদুগী নত্তেনে হোরেল নংনা লাইরিক তম্বা য়াওরিঙৈদা হোটেলগী গিলাসতি কনানা চাম্বীগনি ?" ব্রাকম অসিমদি তোম্বা ঙসাইমখৈ খল্লুদে। পাম্বৈ লৈত্রে, মহাক চিন্তা তৌদুনা তুমিন্না লৈপ্রে। হোটেলদা চা থকপা লাকপা মীশিংনা লাইরিক লাইও তম্বগী মরিদা ব্রারী ব্রাতাই কয়া শাবা তোম্বনা তাখি। কনাগুম্বা মীদি তোম্বগী মপা-মমাবু ফাওবা শাউরম্মি। তোম্বা লুপ্রাবী মচানি হায়বা মখোয় খঙদে। তোম্বগী ইমুংদা করি

ওইরিবা হায়বা ভাব ইত্তা তাদনা পৈশা পামহৌনা লাইরিক তমগদবা অঙাংবু গ্রাস চাসহল্লি রাখল অসিতা মখোয়না খাল্লি। তোম্বগী মত্তৌ উবদা মেমা মথরাই মুঙাইত্রে হায়রকই—"ভাতোম্বা পাবুংদা হায়হৌনা য়েংসি। নংনা কিরবস্থ ঐ হেক্তা হায়বিগে।" মেমাগী রাসি তাবদা তোম্বা খরা হরাওরে। হোটেলগী তাঙ্গা য়েংহৌনা মেমাগী বোয়োই থুনবা চেল্লুরে। মেমা অমসুং তোম্বগী কুম্মেস্থ অঙকপনি। মখোয় অনি ঙাইহাক্ত থানবা লৈতে। স্কুলদগী হেক হল্লকপগা মেমানা তোম্বা খীরৈ। মমানা কৈথেল্লগী লৈরকপা কবোক মেমানা তোম্বগী শরুক থুংদনা থক চাদে। মেমানা পীবা কবোক অহু য়াম্মৗ য়ামদে, নংনা শরুক হেন্না লৌগ্রে অসিনচিংবা হায়হৌনা তোম্বনা নিঙাই তৌই। অঙাং ওইবগী লূরবা থম্মোয়-ফীজং কয়াদা নীংশীবা, ঐনা কনানো; মানা করিনো; রাখল অসি লৈতে। অঙাংগী সংসারদা মথল মথেল কয়াগী শান্নবা, হরাও মখোই কাবা, নীংবা থুংলক্ত্রগা ঙাহাক পুঙ্গোই ওইনবা অসিনা লোইরে মখোয়গী হায়ববু। অহুবু মীওইবগী চৎনবী অমসুং সমাজগী তুল্লীনা অঙাং ওইবগী অচৌবা ঋজংদা মচু শঙলকনি নংনা অহুনি, মহাক্লা অসিনি। মত্তৌ অসুম্না মথৈথংদদি মী অমগা মী অমগগী মরক্তা অচৌবা পল অমা ওইরকনি।

ঙসি মেমা লাইরিক তম্বদা পুক্লিং ইচঙ চঙদে। মথুংনা অমদা নম্বি, মমিংনা অমদা য়েংই, মচিন্না অমা হায়। লাইরিক তম্বদি হোয়ে অহুবু তোম্বদি লাক্তে, থনবদা পুক্লিং তপথবা য়াত্রে। পুক্লিং চংদবা অসিদা ওঝাগী চৈশু চারে। অসোয়দা মেমগী

লাইরিক তম্বা মতম য়ৌরে থন্দূনা তোম্বনা হোটেলদগী ঙাইহাক্তং নাম্বোক্লবা তাঙ্গা য়েংলি। নোংমা কাদোকসু অম্নৈঙে কান্দা মী য়াম্না লৎপা তাঙ্গাসু ময়াওই। অছুবু ঙসিদি মীনা অতৎ অথম নৈলখিদ্রে। চা পীযু, বোরা পীযু, খেচরী পীযু। গ্লাস অমা চাম্মি অনি চাম্মি, প্লেট কেংই ঙসিদি তাঙ্গা অসিদা চাম্বা কেংবগী লোইবা নাইখিদ্রে। ঐজ্ঞানা লম্বীদা চৎলিবা মী থুদিংমক চা গ্লাস অমমমৃত ওইরবসু থকহল্লিংই। তোম্বনা মী অমত চঙ-বিরক্ত্রবদি হুঙাইনি খল্লি। রাখলদা লুপখিবনা ইখঙ খঙহোদনা মখুত্তগী গ্লাস নাম্বতুনা তাখ্রে। ঐজ্ঞাগী থুৎপাক অচৌবা অমা চারে।

ঙসিদি তাঙ্গা ফংলতুনা তোম্বনা মেমাগী লাইরিক কাক্তোক্ল-তুনা পারি— আ া ক্ া কি

ই ি ক্ ি কো

লাম্ন পারে হায়তুনা মেমানা তোম্বদা খুবাক্লা থারে। মেমানা তাক্লি—

আ া ক্ া কা

ই ি ক্ ি কি

তাঙ্গা অসিমক্তদা ঐজ্ঞানা কৌরকপা খোঙেল তারতুনা তোম্বা হৌগত্তুনা চেনখ্রে। ঐজ্ঞা চাওমুগী য়ুমগা হোটেলগা খোইনা লাপ্পদে কৌবদা তাব লমনি। তোম্বনা হোটেল য়ৌখিবদদি ঐজ্ঞা শাওবনা মৈ হৌতুনা নৈরম্লে। য়ৌবগা ঐজ্ঞানা হংই—"কদায়দা চৎলুই ?" তোম্ব পাওথুম পীবা ঙমদ্রে। মপি ইরা চেল্লে। চা থকপা লাকপা অহল অমনা হায়রকই "ঐজ্ঞা অঙাং হায়বসিদি শাম্নতুনা হেক নৈথোকপনিদনা। ফনবু ফরি অসিদা থবক তৌতুনা

লৈয়্ রারিবসি ঐথোয়গী ইচা-ইশুশিংদি থবক হায়রে চাবগা তুম্বগা কাওবা হোৎনবা শুমজদে।" ঐজাসু অহল অসিগী মমাগুদা ফুবা চৈবা তৌগদবা ইকাইহুনা তুমিন্না তোকপ্রে। শসি তারিখ অমনি। কবোক থন্না পুহুনা তোম্বগী মমা লৈরিকমচা লাক্লে। মেমাগা তোম্বগা কবোক য়েন্নরি। মেমানা হায়—"তাতোম্বা নংনা কবোক য়াম্না লোরে" তোম্বনা খুম্মি—"হুণ্ডাইরে হায় চপ মাম্না য়েন্নসিবো।" কবোক চাবা লোইরবদা তোম্বনা মমাদা হায়—"ইমা ঐগী মখায় অমা পীরম্মু।"

"মখায় অমদি নংদি করি তৌগদৌরিবা?" তোম্বনা খুম্বা শুমত্রিদৈদা মেমানা হায়রকই— "অহুবূরাও য়েংঙোই মাগী অহানবগা থারপাৎকা লৈননবা।" মমানা য়াম্না শুক্না হংলকই—"মহুদি নংদি করি তৌগদৌরিবা?" "লাইরিকপু করি তৌনবা হোনবগে? তম্নবা হায়বহুনিদনা" অসুম্না তোম্বনা খুম্মি। মেমানা অমুক হায়রকই—"মাদিনে য়েঙোই ঐনা থন্না থন্না তাকপীহুনা উচি কারি কিসি কিরি য়োৌরবনি।" রাশিং অসি তাবদা তোম্বগী মমা য়াম্না শুকপ্রে অমসুং মুংঙাইবসু পোক্লে। মানা থল্লি ঐজা চাওহুসিদি মাগী থবকসু কান্নবা অহুগা লোয়ননা ঐগী ইচাসু শেম্বিবা ওইনা লাইরিক-লাইশু তমহল্লিমালে। হংলকই—"মেমা ইস্কুন ককা কাহুনা তম্মিবরনে?" তোম্বনা খুম্মি,—"হেরা ইস্কুন ককা কাবজাৎ নত্তেদা মেমানা থন্না থন্না তাকপীবনিদা ঐগী থবক শংবা কান্দা।" "অহুবু ঐজাখোয় থণ্ডবজাৎলনে মেমা?" "ঐখোই পাউংখোই ইমাখোই থণ্ডপোৎ নত্তেদা ইকানিনা হেক্তা লোম্না তম্বজাৎনে।" য়া অসি তাবদা তোম্বগী মমা মমিত্তা ইন্না

চেনখ্রে, অরা হুংশি য়াম্নরবা থমোই অহু পুবা ওমখিত্রে, অহুবু শাওশিন্নরকুনা হায়রকই—"তোম্বা নংবু থবকীদমক অসিদা থম্লগা করিগী লাইরিক তম্লিবনো অহে অপা শাবিরে হায়। লাইরিক ককা তমনু লাকলুহু থবক্তুম নিংখিনা তৌ।" অমুমা রা অমা অনি হায়রম্লগা তোমবগী মমা চৎখ্রে। ঐজ্জাদগী লৌবা তোম্বাগী তলপ লুপা মরি অহুবগী পৈশা মঙাত কাওবা মচাগীদমক শীরমত্রে। পৈশা পিরম্লগা লাইরিক লৈরুগনি তমজুগনি, মতুগী মহৈ ওইনা ঐজ্জানা থবক তোকহল্লকনি, মসি পূম্বা থল্লুবদা অন্নাবা অমা ওইখ্রে। লৈত-লাইরবনা ওন্ন তৌনবা রাখল থলহল্লে। মমা কনানা পীরুবা মচাবু লাইরিক তমহল্লিংদবা য়াওবগে। তোম্বাগী মমা লৈরিকমচাসু তোম্ববু লাইরিক তমহনবা ওমদবা অসিদা চুম্মিং খুদিংগী কপ্লিবনি, অহুবু ওসি মচানা লোম্না লাইরিক থর থরদং তমহৈ হায়বা তাবদা মচাবু চৈহজুনা থম্বিরম্লিবা মসি থল্লুবদা লৈরিকমচা রাবগী ওমথৈ লৈখিত্রে। মকম অমসুং মতমগী মথা পোল্লবা মীওইবনা করি তৌদবা লৈবগে? মমা চৎলবদা মেমানা হায়রকই "তাতোম্বা নখোই নমাসি য়ামা কত্তে নম্না পৈশা তরাদস্ত পিরম্মুদনা।" তোম্বা রা অমত ওাংদনা চুমিম্না লৈখ্রে। মানা লোম্না লাইরিক থরদং তমজবদা করিগী মমানা চৈহৎলম্লিবা মহু অঙাং ওইকগী রাখলনা লাম্বা কংখিত্রে। মমানা মতুম য়োখিবদা মী কন্না ওাইহুনা লৈরমগদগে হায়কহু মহাক থঙবা ওমখিদে। ওসি তোম্বনা লাইরিক অহনবা অমা কাত্তোক্তুনা পাবা ঐজ্জ চাওহুনা ঊরুত্রে। ঐজ্জানা হংই— "কদায়দগী লাইরিকনো?" তোম্বনা য়ামা কিনা খুম্মি— "হুকান্দগী লৈরুবা লাইরিক্কি।"

"কদায়দগী পৈশানা লৈরুই ?"—হংবদদি তোম্বা তুমিন লৈরে।
পৈশা অসি মেমানা মপাগী উপুদগী লৌরগা তোম্বদা পীবনি।
মচ তোম্বানা তাকথোক্লে। তোম্বা কদৌঙৈদস্থ মীনম্বা ঙাংদে।
মরম অসিনা মমানা পীরম্মিনচিংবা ওইদবা মাস্থ হায়জিল্লে,
অওইবা হায়দোক্লবস্থ মপানা মেমাবু ফুবিগদৌরি। তুমিন্না লৈবা
নত্তনা তোম্বাগী পাম্বৈ অমত লৈরমদে। মাগী তুমিন্না লৈবা অসি
ঐজ্ঞা চাওমুগী চিংনবা য়াম্না হেন্লে। তোম্ববু থোইনা তাথিবমক
নংত্রবস্থ মতাং চারিঙৈদা থরদং য়ারকপীহৌবা কৈ খল্লদুনা ঐজ্ঞানা
ধমকা তোবা হৌরক্লে—চৈ অমা পায়রদুনা "চুরাননা, অত্তক
পীক্লিঙৈনা নথুৎ-শাংবা তম্নবা" অসি হায়দুনা তোম্বা তম্না
চংশিল্লক্লে। তোম্বাস্থ কিযনা শক থক নিক্তুনা তুংহন্না হন্না
শোরোকলোমদা তপ্পা তপ্পা লাক্লে।

ইথঙ থঙহৌদনা কম্না থোরকপা গাড়ী অমনা তোম্বাবু
থেক্লাইরে। হোস্পিতালগী কমুংঅমদা তোম্বা মমিৎ উইশিন্দুনা
তুম্লি মনাক্তা মমানা অঙাং অমা পোরদনা তোম্ববু নানবিরি। মতম
অসি তোম্বদি মঙ মঙলি। মপা শিথিবা চহি অমা মথায়রোম কারে।
অদুবু মাগী মঙ অসিদা পৈশা য়াম্না পুরদুনা লংফৈদগী থুংলরে হায়না
তৌই। মপানা তোম্বাগীদমক লাইরিক শিলেট, কাংগ্, খোঙগ্রাও
য়াম্না লৈবিরকই। মফী শেৎপা লোইদুনা মপানা তোম্ববু স্কুলদা
থিল্লবা ঙাইরি। তোম্বনা চোইরোল ওইনা হায়রকই—"ইমা! ইমা!
পাজী ঙাইদুনা লৈরে লাইরিক পীরকও ইস্কুল কারগে।" রাহৈ
খন্না অসিনা তোম্বগী পুনসিগী অরোইবা খোনজম্লি।

মেমানা তোম্ববু থোঙাম্দা লেপদুনা ঙাইরি অদুবু তোম্বদি
অমুক হল্লকপা লৈখিদ্রে। চহি কয়াগী তুংদা ঐজ্ঞা চাওমুগী
হোটেলস্থ মতম কুইনগী ওইনা থোং লোনগ্রে।

---

# মেরাগী সনাদৈর

গোপাল ইঞ্জিনিয়ারগী য়ুমনি। ইঞ্জিনিয়ার মশানা য়াম্না থব়াই য়াওনা দিজাইন তৌজবনি। অনৌবা চেক্কী য়ুম শানিংবা মীশিংনা মাগী য়ুমগী দিজাইন অসি য়েংবা লাক্লে। নোংমা য়ুমকম অসিমক্তদা শেগায়রবা ইগী য়ুম অমা লৈরম্মি। শেগায়রবা য়ুম অত্তগী মথক্ত তেরাপাইবীনচিংবা নাপী-শীংবী ভাক হৌরম্মি। করিগুম্বদা চন্না য়ুম অহোবা মেনবদা য়াওথিবা ফৌ মক্লনা পাম্বী ওইনা হৌরকখি। য়ুথরকপা নোংগী ঈশিংনা চোংলবা ফক্লাংদা ইশং কাখি। ইমুংদা য়ুবা নোংগী ঈশিং থুংনা চোক-থোকপা ভুমদত্তনা থাংজৌনা ঈরম চল্লগা ফক্ল্যাং হত্তোক্‌না মপাল্লোমদা থাদোকখি। বিধাতাগী নোংদম কনানা থঙনি। ঋসি য়ুম অসিদা কজবা পুম্বগী তিনকম ওইরে। হায়নবা লৈ য়ুমগী মবেম্মা লৈভবা য়ুমু য়ুম কৌনদে। গোপাল ইঞ্জিনিয়ারগী হৈ-শিংলবী আশালতান য়ুম অসি মথক্লাই পালহল্লি।

ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী য়ুম অসি মাগী চুপী আশা লৈরমত্রবদি মগুণ কনা হস্বরমগনি। মীওইবনা কজবা শকুম কল্লক্লে। কজবগী মথক্তা কজবা লমচৎকী মগুণস্থ চেল্লবদি সনাগী মথক্ত তম্ফা হায়বত্ত ওইরে। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী য়ুম অসিদা মাগী চান্নথোইবীনা অত্তকৃপা ফংনা দেকোরেশন তৌই। মসিনা য়ুম অসিগী মথরাই পালহল্লিবনি। অসিগুম্বী গৃহ-লক্ষ্মী লৈবা

য়ুমদা মহৌশানা লক্ষ্মীনা লৈতানা লৈ। আশালতাগী দেকোরেসন্দা য়াম্না তোয়না হোংবা অমসুং মানা য়াম্না হেন্না পুক্লিং চঙবা পোত্তি মাগী ফুল-গ্লাসনি। সুমিৎ খুদিংগী অনৌ অনৌবা লৈ শিল্লি। অয়াম্বনা মশা য়াওবা লৈগী চরোংনি। লৈশিং অসি শ্রীগোবিন্দগী ভকশমদা লৈতেংলুত্রবসু আশাগী খুৎনা পায়খ্রন মাগী ফজবা কা অসিদা দেকোরেশন তৌখ্রনা নায়ক-নায়িকাগী পুক্লিং হুখ্রনা নোংমতং ভাম্মোইজবা অসিনা লৈরাংগী মিৎকুপকী ওইবা পুন্সি মহৈ য়াম্লে খঙবগুম তৌই। করিগুম্বা মতমদা মপাল শাৎলবা লৈথা-মশা, মহৈ য়াল্লবা তমালগী মশা ফাওবনা আশালতাগী ইমুং অসিদা মফম কংজরম্মি।

আশালতা বি, এ পাস তৌই। অচৌ-অশাংগী ইমুং অসিদা লাইব্রেরি হৈ হায়রখ্রনসু খবক ইখ্যাং তৌখ্রনা শেল তাম্লুগী দরকার লৈরমদে। মাগী হায়ববু ইমুং-মসুংগী শেম শাবা অমসুং খুজিন খোরাং পুন্নমক অসিদা মাগী হৈজরকপা মহৈ পুন্নমক শিজিন্নরম্মি। ইমুং-মসুংগী খবক্তগী লেমহৌবা মতমদনা লাইব্রেরি-লাইশু পাখ্রনা জ্ঞানগী পুক্কৈ হেনগৎহল্লম্মি। অসিগুম্বা জ্ঞানগী পুক্কৈ অসিনি, মমা ওইবীশিংনা মতিক চাবা মপারী কয়া মালেম লৈমাদা পীরিবা।

ভসি মেরা রাফুকপা সুমিৎনি। প্রকৃতিগী ফজবা, ঋতুগী সুংভাইবা মতম্নি। মরু ওইনা খা অসিদা শাৎপা অমসুং ঋতু অসিগী খাইদগী চুনবা লৈদি সনারৈনি। হায়নৈ মেরাগী সনারৈ। ভসি আশানা লৈকাইদা অসুম চখোক্লবদা সনারৈ অখোনবা খন্না খেংনরুই। উবদা ওম্মোক পুক্লিং হুরে। মানা ফজরবা চয়োং অমা নিখ্রনা পুন্নকই। মানা য়ুম অসিদা জাকপা চহি

কাদ্রি। মরম অসিনা হুমিৎ খুদিং অমসুং ঋতু খুদিংগী হোংবা ফুল-গ্রাসতা সনারৈগী ঋতু হন্দকীসিনা অহানবনি। কা অসিদা সনারৈনা লৈত্তেংবা অসি ওহ্গোল্লা ফজরে। মানা থল্লি—কা অসি ওসিগুম্না করিগুম্বদসু কঙখিদ্রি।

হুমিদাং রাইরম্মি।

ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী কার মখোল তাবদা অশা মশামক চেম্থোকখিত্রনা গেট হাংদোল্লরে। আশানা মহৌশানা মপুরোইবগী থবক অরাম্বা নৌকর-চাকর অমসুং অভাংশিংদা খোইনা ত্তোহল্লে, মহাক মশামল্লা ভাক ত্তোই। চা লোল্লবা মী লৈ। চা শেম্বা লোইরগা মশামক্লা লাম্থোকই। চাক খোংবা পুজারীনা খোং-থাকপগী থবক লোইরগা লাম্থোকপা অমসুং অরাং-অপা হাপ্পা পুন্নমক্তি আশালত্তা মশামক্তা ত্তোই। ওসি ইঞ্জিনিয়ার সাহেবসু চা-সুং থক্কনা ভাইহাক পোথারম্লগা হুমিদাং রাইরম ওইরত্রনা কোয়থোকপা চংল্লে।

ওসি শরৎকী পূর্ণিমানি।

ঋতুগী সুভাইবনে কেজ-মৌজরিকী মৌনহাগ ওইবনে আশা অহু মপুক্লিং পুম্নাং লাংল্লে। পূর্ণিমাগী থাজনা মোমোন নোল্লহনা নোংপোক মাইকৈদা থোল্লল্লে। উরক্-রারক অমসুং মুমগী থোংনাও অহোবা কাওবা চংশিল্লুর মুরা মুনা য়েংবা হৌরল্লে। থাবলগী ঈপোম্বা মৈবদ. শাবী শানৌ পুম্নমক্তী থক্কোই মরাং হৌহল্লি। আশাসু মপাল্লা থোক্কনা ওসাং মত্তোল্দগী জাতি কুকী থর য়েকলুই। থরনা শম্মিজিদা থরনা মোন ময়াদা। রাথলগী ঈথক হৌরকই। অভিসারকী নাজিকাগুম শেম-শাব্রবা শমজিরৈ অমসুং লৈগী শজ্যা।

ফুম্নিদাং পুং ৮ লোম্ব তাবা মতম্মি।

থবক-ইংথাংদগী ছুটি ফংলত্তনা রেস্তিওগী স্নুই ক্লেক লাওনা লৈখৎলুই। ঈশৈ তান তান মাগী ওসাইগী সনারৈত্থু থওনিং নিংশিংলকই। আশানা লৈদ্ধনা য়েংথোকখিবদা লৈব উত্রে। কোইথি থিরে, লৈত্রে। কাওখ-লুকখদা কাওবা য়েংলে, উবা ফংত্রে। অসিগুম্বা থোদোক অসি মাগী ইমুং অসিদা করিগুম্বদা থোকখিত্রি। মাগী মতৈইবুঙোনা পোকপা অঙাংশিং পুম্নমক লোইনা কৌশিল্লে। হংলকই—

“রাধা নখোয় সিদগী লৈককা লোথোকপ্রা?”

রাধানা থুম্মি— “ইন্দোনচা ঐদি নখোয়গী কাদা চঙবা কাও চঙলমদেবু।”

রাণীদা অমুক হংই— “রাণী! নংবু অসিদগী সনারৈ-ককা লোথোকপরা হায়মি? ওসাই ঐখোয়না মনোরমা খোয়দগী হেকল্লকপদো?”

“ইন্দোনচা ঐদি লোদেবু।” অস্তুমা রাধানা থুম্মি। মতুংদা থাইদগী পীকপা অঙাং, মমিংনা খগেন্দ্র কৌই। মাগী মথুরানা বোঙ হায়না কৌই।

“বোই! য়েংঙোই ইন্দোনচা মীঠাঈ পীগে। নং অসিদগী লৈ লোথোকপরা?”

অঙাং অত্থনা মীঠাঈ পনবদা চানিংখিবনা মতিন য়োৎপা হোরক্লে। হায়রকই— “মিটাই, মিটাই পীলো মিটাই পীলো।”

“মীঠাঈবুদি পুম্নমক য়াম্না পীগে। য়েঙোই নংবু সিদগী সনারৈ-ককা লোথোকপরা হায়বা— ?”

"সনাগৈদি কাকানা ঙসাই টু — আত।" অসি হায়ত্না মাগী তুম্নবা খুদোম্বী মচা অহু থোংনাওরোমদা থিল্লে।

সনাবৈ মাঙবগী ক্লু, ফংবসিদা ওস্লোক্না সুঙাইরে। অত্বু খন্থ রুরগা অঙকপা, অশাওবা, অৱাবা পুম্নমক্না পুল্লপ হৌদুনা ফুজিল্লক্লে। ঙাইহাক্তি তুমিন লৈনখ্রে। বোইনা অচীকপা খুগাইত্না হায়রকই— "ইল্লোচা মিটাই—।" মীঠাই ফংলবা অঙাংশিংনা হরাও হৱাওনা চৎখ্রে। মাগী অচিকপা কা অসিদা আশা মথন্নতা ফমত্না রাখলগী ঈপাক্তা লুপত্না লৈহৌই। মখল মথা অয়াম্বা রাখলগী তুংদস্থু মহাক চাংজো লাম্বা ফংদ্রে। অসিগুম্বা অপমান অসি মঙোম্দা খাঙবা ঙমদনা থোক্লম্মি। ইখঙ খঙহৌদনা বাসক শয্যাগী নায়কানা উৎকণ্ঠা, খণ্ডিতা পুম্নমক লাম্হোক্লক্তুনা মানগী অবস্থাদা লৈখ্রে।

ঙসি হুম্মি শুখ্রে, ফুল গ্রাসতা লৈ য়াওরক্তিবা।

লৈ য়াওদবদি থোইনা লুত্রি, ইঞ্জিনিয়ার সাহেবতা য়াম্না লুনা থোক্লিবদি আশাগী মান অসিনি। মরাল লৈতবী নায়িকা অমবু অপমান পীরুবগী হৌজিক্তি মহাক দণ্ড ফংবা তারি। মতা চাত্রবদি দেহী পদ পল্লবমুদারম্ য়োরকপস্থু য়ারি। আশালতা ৱা অমত ঙাংখিদ্রে, মাগী নীতিগী তোকম থোকপা মথৌদি কায়দনা তৌই রাদি অমত ঙাংদে। করিগুম্বা হংলুরবস্থু খুমকম থোক্লপা রাহৈ অমা অনিদং খুম্নম্নগা মখা তারমদনা থুনা হেক্তা চৎখি।

ঙসি মানগী মরিনিশুবা সুমিৎনি।

অচিকপা অহিং মতম্মি। ফক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ীগী থোঞ্জেল অসুম অসুম কনখৎলকই অমসুং হৌনা হৌনা লাওরকই—গাং-গাং

ভরানিথোইরক হয়া। মতম অসিকাওবা নায়ক-নায়িকা অনিমক অমত তুমদ্রি। মানীনী আশালতাগী লৈগী শয্যা মৈগুম চাকখ্রে। মুংশাশোর ফুইনা ফুইনা হোল্লি। ভোয়না ভোয়না য়াওনবনা শয়াং চোইজাইনরক্লে। ঙসি মরিনি অসি মাগী মমিৎতা সনারৈ অথোনবা চরোং অহুতা উহুনা লৈখ্রে।

ঙসি মান ভঞ্জন সুমিৎনি।

ওইন চাওরবী নায়িকাবু করয়া খেমজিনগনি। মখল মখা অয়াম্বা রাহৈগী তেল কাপ্পরবা তুংদা গোপাল ইঞ্জিয়ারনা মশাগী মরাল য়ারে। হায়রকই—

"সনারৈদি ঐগী থাইদগী পক্লদবা লৈনি। অরাবদি য়ুমগী মবেম্মদা মসি ঐনা হায়া তাকহৌদরে অমসুং মরম পীদনা হেক্ত লংথোকলুরে।"

অহুক নিংথিবা অহুক য়ায়া ফজবা সনারৈবু পক্লদে হায়বসি মহাক থাজবা ঙম্নদে—"মীনম্বা রানি, থীঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিথোং তাইনরিবা। পেন্দবনা ঐঙোন্দা, তাইনরিবনা মরাল লৈতবী মরোল থোক্তবী সনারৈদা..................। সনারৈ, মেরা থাগী সনারৈ, শরৎ ঋতুগী লৈশিংগী রাণী ওঃ অহুসু শরৎকী পূর্ণিমা সুমিত্তা।"

গোপালনা য়ায়া ইংথনা হায়রকই—"মীওইবগী শক্তম মায়-দবগুম রাথলসু মায়দে। কনাগুম্বনা য়ায়া পায়া ভোবা অহু অতোপ্পা অমদা য়ায়া হৈনদনা থোকপসু য়াওই। সনারৈগী মচু অসি ঐঙোন্দদি মৈগুম ওইনা উই। মরু ওইনা শরৎ পূর্ণিমাগী অহিংদদি অহোইননা চাকপা হেনগৎলি।

রাকম অসি আশাদদি লক্লবগুম থোক্লে। শাওবনা মৈ হোরে, মুংশা শোর মপী ফুইনা ফুইনা হোল্লে। ভাইহাক মমাই লৈথোক্লনা ভুমিল্লা লৈল্লে। ভাইহাক ভুমিন ভুমিন লৈরুরগা অচিকপা থুগাইত্তুনা হায়রকই— "সে নংনা য়াম্না থাজ্জরবদি তারো ঐ রারী অমা লীগে। মতম অহু অনিশুবা লাঙ্গাও লোইবদা মঙাইরি। লানগী মৈশা লাংলুরবা মৈতৈ মচা পুম্বনা মহৈ-মহৈ য়ুমদা হজিল্লরক্লে। হুম নং মতম অত্তুদা কয়া চাওরে।"

আশালতানা শাওরংননা খুল্লকই—"কাম্লদেসে রারেম ভাংত্তুনা মীগী ভুম্বা থুগাইবীদৌরে।"

"ইহে রারেম নত্তে। নংগী পামজরবা সনারৈগা ঐগী পুক্সীগা মরি লৈনখিবা অমস্তুং কায়নখিবগী রারী অমনি। লাল মতমদবু নংবু কয়া য়াম্না চাওরবগে হায়রবা?"

লাল কায়বা হজিনবগী রা অসি তাবদা ভাইহাক অশাওবা, ওইনবা পুম্না কাউত্তুনা মাগী রাথলগী ফিজ্জংদা হোগ্রবা পুক্সীগী দৃশ্য কয়া মরী-মরী ওইনা মমি ভারকই,—তরং তরংনা মমিত্তা উরকই, লাল মক্সুংগী সিপাহীশিং ভোগ্রবা গোরা, মুগ্রবা নেগ্রো, পাঠান কোক্তুম্বী অমস্তুং মকোই চোম্বা পঞ্জাবী। পুম্নমক অসিগী মরক্তা পঞ্জাবী অমগী মূর্ত্তি নিংশিংলকই। মহাক অহু মথোয়গী মবুং অহনগী মরুপ্পি। মহাক্তা লাকপা খুদিংদা বিস্কুইট, নাসপাতিগী আচার, বিলাটি শঙ্গোমগী কৌতা পুরকই। অসিগী মথক্তা লাকপা খুদিংগী মঙোম্দা পৈশা হেক-হেক পীরম্মি। অহান-বদম্ভি মাগী মকোই-মরাং চোম্বা অত্তুদা কিরম্মি অত্তুবু মমৈথংদসি

মাগী মতৌ অহু ওম্বোক্লা মুংশিরকই। মহাক লানফমদা শিগ্রবরা নত্রগা ময়ুমদা হনখ্রিগদরা খঙবা ঙমদ্রে।" অসুম্না ভাইহাক রাখলদা লুপলিঙৈদা গোপালনা হায়রকই—

"নং মতম অহু চহি মঙা তরুক্তি শুরম্মনিদা।"

আশানা নোককেং তৌনা হায়রকই— "লাল মতমদদি, ঐখোয়দি ফুরিংককা লিংত্রবসু ফনেক মচা অমা শেংলগা লৈকাইদা শান্নবককা চংলি। অহুগা লাল হঞ্জিল্লকপা মতমদদি ফুরিং অমা থাদোকপা ইয়া য়াদ্রে।"

"মতম অহুরাইদদি ঐখোয়দি লিক্লোল শান্নবা থাবল চোংবা ককা কোইচং চংলপোংনি। মুমিং অহু মেরা রাফুকপা মুমিংনি। ওঃ রাফুকপগী লিক্লোল ....................।"

আশালতানা নোক্লহনা হায়রকই—"ঐখোয়সু শান্নে ঐখোয় অঙাং ময়াম, অহুগা লৈকাইগী মুপা মচা ময়ামসু য়াওই। পো ককাসু মুপামচাশিংনা চংলিপোংনি।"

"লিক্লোল অদো ওম্বোক্লা মুঙাইনা শান্নপ্রে। মাঙ্গোল কাচিন্দনি মানা ফম্বদো। মমাই অহু তচাও-তচাওরহনে ওম্বোক্লা কজপ্রে। য়েকউথা লৈতনা কজরবা মাগী [illegible]ম, মাগী খদাংগী শমক্র অহুসু অনম্বা ককা নত্তেদা মপোকতৈ[illegible]লোইনরকপনি। মাগী চিম্বাল অহুসু লিপষ্টিক ককা তৈত্রবসু মতম পুম্নমক্তা তঙাং তঙাং তৌহনতা লৈ।"

মপুরোইবগী রা অসি তাবদা আশালতাগী পুক্লিংদা য়াম্না লাংতক্লখা পোক্লে। মীশক অহু খঙনিংবনা থাঙবা ঙমদ্রে। হংলকই—

"মীশক অহুবু কনানোনে ?"

"মীশক অহু হায়রুনসু নংনা খঙবা ঙম্মোই। ইস ওম্বোক্লা ফজখ্রে। অহুদগী য়েংঙোই মাগী ফজরবা মাইথোং অহুগা য়াম্না পকচননে চাউরবা সনারৈ অথোনবা অমা মাগী নাপদা হেক থেংলে। মহু উবদা মী পুম্নমক মাবুদা য়েংনখ্রে। মেরাগী সনারৈ অথোনবগা মাগী মাইথোং অহুগা অনি অহু—ঐনা হেল্লি মতাগুম তেমশিংনবহু মঙাইরে। য়েংবদা পুর্ণিমাগী খা অনিনা খবাংনা থোকপগুম উরে।"

মহৌশানা সুংশিবগা কল্লক খম্বনবগা য়াম্না নক্লনা লৈ। হৌখ্রবা মতমগী রা ওইরবা ফাওবদা মাগী চান্নবা চান্নবীগী থম্মোই ফিজংদা অতৈ কনাগী সুংশি-মিরেল ত্তাখি হায়বসি ফাওবা খাঙবা ঙমদে। হায়রকই—"অহুক ফজবী মী অহুদি লোহৌত্রহুনা ঐখোয়গুম্বা শকথিবী অমদা পুন্সী মাঙলেদো।"

"করমদি তৌনি, লাইবক্লা তম্নমত্রবদবো, অহুগা য়েংঙোই লিকোলদা, থাবল চোংবদা সুপীনা য়াবা ককা হায়বসিদি করি হায়গনি। জগৎতা ঐমুক চাওবা মী লৈরম্মোইদবোই নিংই। পাখঙ কয়া কয়া নিংবা কায়হুনা হন্নখি। পাখঙ পুম্নমক্লা মাবুত্তা নত্তনা মনাক্তা কল্লিবা ঐবু ফাও মুন্না-মুন্না য়েংবা হৌরকই। ঐবু ফাও মখোয়না কল্লকপরা, শাওনিংবরা, নত্রগা লাইবক কৈ খল্লিবরা ঐ হায়বা ঙম্নমদে।"

"অহুদগী করম তৌরবা ?"

গোপালনা নোকক্লেৎ তৌরগা খুম্নকই—"অহুদগীদি ঐনা মাগী সনারৈ অহু পীযু হায়না তক্লবা হৌরে। মানদি লিকোল

লোইরগা পীগে, লিকোলসু নোংঙানগনি লোইত্রিকাওবসু চৎপা য়ারোই হায়রে।"

"হাইমা অহানবা উয়বদা অছু য়েৌথ্রবা ? তৌরিনি তৌরিনি মী মশক মন্তৌ কজবা ককা হায়বসিদি।" গোপালনা নোককেৎ তৌনা হায়রকই—

"মছুগী মমাঙদা মেরা য়াম্বুংবগী লিকোলদা শক থঙনখিবনিদা।"

আশানা নোককেৎ তৌনা অমুক থুরকই—"য়াম্বুংবদা শক থঙনরগা য়ানুকপগী লিকোল্দা থোক হেক চেল্লবদি করমগদবা। অছুদগী মথা করম তৌরবা ?" আশা অছু বারী মথা তানিংবনা খাঙবা ঙমজ্রে।

"অছুদগীদি নোংয়াই য়োরকপা মতম অছুরাইদনি। লিকোলগী সুঙাইবা মতম য়োরে। লিকোলসু নাইমুমসু মতাইদা থৈদোক্তনা থমগ্রে। মহৈ মহৈ য়ারী শায়বা হোয়রক্লে। তাঙ্গা অসিদা ঐদি থঙহৌদনা বক্স তাবগুম থোক্লে। য়াইরোংনা য়াইরোং কন্নি শবীরাইনা শবীরাই কন্নি হায়বছুন্নি। ঐথোয়গী ইয়াবশিং থোকপা অমা কোক হেক লাক্লে। মাসু হনবদি লাইরছনা ঐবুছুম তান্নরে। ঐ য়াম্না নিংবা কায়না হন্নকই ; মাসু ওন্থোক্লা সুঙাইত্তনা লৈহৌই। লিকোল নোংঙাল্লগা ঐগী মরূপ অমনা মান্না চিলহৌবা থাইগী মিতাকম ওইরবা সনারৈ অথোনবা অদো ঐঙোন্দা পীররে। অদুগা হায়সু হায়রকই—সনারৈ অসি চার হল্লগা কৈদোম কৈদোম থাবীয়ু। লৈকা কয়া শাৎলবা মতমদা য়েন্দাই থন্না থন্না হেকচরগে।"

আশানা নোক্লহনা হায়রকই— "অছুগীদমকপু সনারৈদা তাই-নবা হৌনত্রা ? থোইনা হেন্না সুংশিকপ থোকপা য়ানি।"

গোপালগী রারী অহু অরেপ্পা লৈতনা লিথরকই— "ঐথোয় অনিগী থম্মোই নোংমগী নোংমগী নকশিন্নরক্লে। মুংশি পরৈ অসুম অসুম চেংশিনবা হৌরক্লে। মসিগা লোইননা মথোয়গী মপা মমানা ঐবু নোংম নোংমগী তুকচবসু হৌরকই। ঐথোয় অনিগী মরী অহু থদংনবা কন্না হোৎনরক্লে।"

"মথোয়গী মপা মমাহুবু ভাওবু ভাওব্রা? অস্থক য়াম্না মতিক চাবা মীবু ময়া-মঙ্কাক ওইনিংত্রিবহুবু।"

"মমৈ থংদদি ঐথোয় অনি অমুক উম্নবা ফংখিদ্রে। পাও ফাওননবা পাম্বৈ অমতা লৈখিদ্রে। মতম অহু ঐথোয় অনিমক চহি য়াম্না নৌরি, য়াম্নসু হৈ-শিংত্রি। মরক অসিদা ঐনা মাগী সনারৈ অহু য়াম্না থরাই য়াওনা হুল্লে। কৈদোম কয়া থারে। ঐথোয়গী ইংথোলসে সনারৈগী লৈকোল মওইদ্রে। সনারৈ চরোং চুন্না-চুন্না শাৎলে। অহুবু মহাক্তি লাক্লে। চহি থুদিংগী সনারৈ কৈদোম থাই, কাইনরবা থম্মোয়না আশা তৌই মহাক লাকখিনি নোংমদি শোয়দনা, ঐগী আশাগী লৈকোল অসিদগী য়েন্দাই থন্না লৈ হেক্লখিনি। লৈশিং অহুবু মাগী কায়নরবা থম্মোইনা ঐনি থন্না থম্মোয়দা চেৎনা কোঞ্জগনি। অহুবু মহু পুম্বা আশাদা মঙাইদ্রে। মমৈথংদদি ঐগী সনারৈ কৈদোম অহু ঐগী য়েক্লবা ওইরক্লে, মহু উবদা ঐগী থম্মোইদা মৈচাক ওইরক্লে। লাইরিক লাইও তম্বা ছাত্রী নওবনা মহাক মপান্দা কয়া থোক্লে, মরম অসিনা রা অমতং অনিদং হায়ননবা ভাঙ্গা থক ফংলমদে। নোংমা মহুচগা শরোক্লা থেংনৈ। ঐ উবদা মচেনা তিন শিংলি, অহুগা ঐবু ভানবা হায়রম্মি—খিক অনেম্বনা থা অরাংবা লাম্বা শাই।

"করিগীনো মখোয়না অতূক য়াম্না উশিত্তনা খল্লিববো ?"

"ঐ নুপ্রাবী মচানি, মতম অতু ঐ য়াম্না লাইররম্মি। মতুদি থম্নবু লাইরি মখোয়গী নাপল অচৌবা অমদি মখোয়গী মপাদো কোনুংগী পূজারী হগুবা ওইরম্মি, শাগৈ জাং ফবা ককা হায়বতু মখোয়নি খল্লম্মি।"

ওসাইমখৈ কল্লক মিহৌরম্বী আশা অতু হৌজিক্কা শাউরক্লে। নুপী ওইবীশিংনা মপুরোইববু মীনা হম্বনা উবা অসি থাংবা থক ওমদে। অতুগী মথক্তা হৌজিক্তি অচৌবা ইঞ্জিনিয়ারস্নু ওইরে। হায়রকই—"ঐখোয়সিবু শাগৈ-জাং ফংত্রনে ?"

ঐখোয়গী শাগৈ-জাং ফত্তে হায়বদি ঐ থওদে। অতুগা মখোয়না পামজরিবা নিংথেম পূজারী ককা হায়বতু ঐখোয়গী ইপা-ইপু কনাস্থ ওইখিদে। হোঙ্গি মতম অতুরাইদদি ঐখোয় বামোনগী নিঙোল হায়বা অমস্থুং থাজবদা নিংথেম পূজারী কাব্রা হায়বসি য়াম্না হংনবা রাহং অমনি।

আশালতাতু নোক্লিংবা অমা পোক্লে। নোককেং ত্তৌরতুনা হায়রকই—"ও নংগী শাগৈ-জাং ফবী চান্নখোইবী অতবু মশক মমিংস্থ তাকখোক্তে। অতুবু করম্বা থোংবা থাকপা হৈবা নিংথেম পূজারী অমগী মখূবাক্তা তাপ্রবগে ?"

গোপাল অতু হৌপ্রবা পুন্সীগী মঙ লৈবাক অমদা তাওতুনা লৈপ্রে। মনাক্তা মী অমা লৈ হায়বা কাওবা কাউখোকপগুম ত্তৌপ্রে। মাগী রারী অতংপা লৈতনা নীথরকই—

"খাইদগী য়েম্না নুঙাইতবদি ঐগী চক্রীদগী ঐখোয় ইমাবু মখোয়দা থাকুই। মখোয়দগী হল্লকপদা ঐখোয়গী ইমাগী মিত্তগী তাখিবা পি অদো ঐ ওস্থিস্থ কাউবা ওমত্রি।"

"অতুদগী—?"

"নোংমা অয়ুক পুং ৮ লোম তাবা মতম্নি। লৈশাবী মচা থরা লৈ থিবা লাকই। ইথঙ থঙহৌদনা ঐখোয়গী খোঙ্গাল হাংদোক্লুনা ঐগী সনারৈ ফৈদোম তম্না চংশিল্লকই। মহৈ-মহৈ মপু ককা তাক্লুনা সনারৈশিং অদু পোক পোক হেকপা হৌরকই। মখোয় অদু মখোয়গী লৈকাইগী মুপী মচাশিংনি। মখোয়গী মরক্ত মাগী মনাওমুপী য়াওরকই। মখোয় অদু ঐবু উবদা চপ-চপ হেক লেপ্লি—মখোয়গী মরক্তগী অমদা ঐনা মমিং পম্না কৌরদুন হংই—যামিনী করি ভৌনবা লৈনো? যামিনী অদু ভাইহাক্তি মমাই ফাও মকশিনবগুম তৌই। মহাকসু চহি অনি অদুমগী মমাঙদা ঐখোয়না শান্নবা লিকোলদা তাবোক ওইনা য়াওই। ঐখোয়গী ঈরাং পুন্নমক্লু মাসু ভাব তাই। খুন্নকই—লুহোংবগীনে। ঐহাক কোকচাওবী কারে,—নিংদোন পিং-পিং চোংলে। অনিগুবা রাহং অমগা হংলুবদা করি পাওশুম পীরকনি খনবদা ঐ চিংনরে। অদুবু ঐনা কিনা কিনা হংই—কনাগী লুহোংবনো?

"অদুবুরাও—মা সরোজিনীখোয়গী মচে মণিশংবী........।" ঐহাক মখা অমুক তাজ্রে। মখোয়সু তুমিন্না লৈরে। ভাইহাক লৈরগা মুপী মচা অমনা হায়রকই—সে য়াম্না হেকমনখ্রে। মপুনা খাউরনিসে। ঐনা খুম্বি—"হেকউ হেকউ ইচনশা, য়েনসাই শম্না হেকউ পাম্বীফাও কুক্লুনা পুজখো।"

মুপী মচাশিং চৎথরবদা ইত্তোমতা থরাই ফুত্তাইতনা থদহৌই। অচৌবা আশা অমসুং মুংভাইবা মঙ অমগা লোইনবা খাজখিরা সনারৈশিং অসি মহৈ য়াম্নদুমা মশী নৌয়বা খুং অহুনা কনাগুবা

অমগী মকোক থক্তা খুজোক খুজোক চাইথগনি। মসি থল্লুবদা অঙাংশিংগী পৈ য়েন্দাই অছু তাররুনা মুলুসিরা হায়না থল্লম্মি অতুবু পুম্নমক অরেম্বা ওইখিরম্মি।

মতুংগী চহিদদি ঐহাক সনারৈ থাদ্রে। করিগুম্বা হল্লুবা লৈতনা মখয়মতা হৌজরকপা পান্থী য়াওরবসু মছ ফুক্তোক্তনা লাম্পা লংথোক্লম্মি।"

আশালতানা য়াম্না থম্মোই শোক্লা, শকক্‌ম হজিল্লা হংলকই—"মী অতুবু হৌজিকপু কদাইদা লৈবগে ? মশক্তদি থঙনিংইদনা।"

"মছ থঙলগা নং করি তৌগে হায়বগে ?"

মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈ। মরক অসিদা কল্লাংগী ঘড়ীনা হৌনা লাউরকই— গাং-গাং-গাং। আশালতানা ইঙ্কিং ফিংনা হায়রকই—"হাইমা পুং অহুম তাপ্রে।" অসি হায়রম্লগা হকাম শাংনা চল্লকই। মানা থল্লি মপুরোইবনা হায়দোকউ য়াত্রিবা মী অসিবু ঐখোয়গী ইনেতোন মপিশংবীহুম ওইব্রিত্রা, মশকসু য়াম্না ফজে। ঐখোয়গী মামতোনদো নিংথেম পুজারী ওইরম্মি, থোংবা-থাকপসু য়াম্না হৈ।

নোং ঙাল্লে, সুমিংসু ফনা কারে, অনিমক অমতা হৌগৎলক্লে। চেনা বোই থাজিল্লক্লে। বোইনা হায়রকই—"ইপোনচা মিটাই, মিটাই পিয়োমি।" অনিমক ইগৎ থংনা হৌগৎনরকই। অয়ুক য়াহৌরকপদা য়েনখাগী নারক্ত সনারৈ চয়োং তাহুনা লৈবা উরে। আশালতানা মছ থুনগৎলে। লৈশিং অছু থর পথে হায়বা মঙাই—মশকমচুদি বাঙলমত্রি। আশানা থুনমৎলগা য়াম্না লাম্পা লংথোকখ্রে।

# শিংহৌদ্রবা লমমল

হুমিদাং রাইরমগী মতম্মি। হুমিংনা চিংরা থাংগ্রে, তমরা কোরি চেনগ্রে। কোরৌংনবনা য়াংদৌ লমশাং চংপদা রারহুনা মমাই মমিং ইন্ডাং ঙাংনা ময়ুম মাইকৈ পাংগ্রে। কাওরেল বনবী যম্নাওনা হিদায়বগুম চেম্না চেম্না ময়ুম মাইকৈ তান্নকলি। মকোন্দা লৈবা শরেপ কাত্রিবা চেক্লাশিংনা লমদম তান্না চাক্তাখিবা মপীগী মাইকৈ রেংলকলে। অপিকপা য়ুমগী অঙাংশিংসু পস্তোগী ঙমাং মথৌবুংদা চেম্না চোংনা শান্নরম্বদগী পলেম মমাগী কৈথেলগী কবোক নিংশিংলক্তুনা খরাই খোঙ্গাল য়োগ্রে। খুঙ্গা পাখঙশিংসু হুমিদাংরাইরম হকচিক লাংবা খোক্লরক্রে। তারমদাই হুমিংকী মশেল্লা খুংলাম তোয়না কৌরকপদ তপথবা য়াত্রবী নিঙোলশিংমা খুত্তা সনাবুল পায়রহুনা লায়জ ঈপাল লাংবা খোক্লরকলে। লৈকাইগী অঙাংশিংনা লম্পাক্তা শান্নবদা হুমিদাংরাইরম বাবৈ চাকপী ওইবনা শীব-নাবা কৌখিক্রে। অসিগুম্বা হুমিদাংরাইরমগী হুংঙাইবা পুন্নমক অসি নিংশিংবা লৈত্তনা হুপা মচা অমদি হমাং লৈরিক কাহুনা গুকী তাম্বা কম্না কম্না থারি। কৌগী তবল কম্না ওনগ্রে। কয়ারক হৈত হৈত্তনা খপগ্রে। পুংলোই য়োইবদা চেং খৈবগী মতাং য়োরকপদদি মহাক পাবৈ লৈত্রে।

অরাং থংবগী ইতৈমা ইবেমনিসু ঙসি মপামদা চংখি। মমাংগী ইনেসীসু কিয়োনবা চংখি। গতি লৈত্রদুনা মহাক ঙসিদি চেং খৈগে থল্লকলে। অয়োবী পম্বেং য়োরবদা মীওইবনা অমুক্তং চাং য়েংলমদনা থক তোক্তে। সমুদ্র ঈয়াইদা লুপথরক্লবা মীসু শিরগনি থঙনা থঙনা ঙাইহাক্তি মখোঙ মথুৎ ক্রিং-ক্রিং কাওরম্মি। মহেন্দ্রনা য়াংকোক্তা চেং খর খর হাপ্লদুনা খৈবা হৌরকলে। মহাক্কী চেংখৈসি সুপা চেংখৈসু নত্তে, সুপী চেংখৈসু নত্তে, মরক শরক্কী চেংখৈ অমদা হুমাং কাংবা মখৈ হোৎনরে। অরেম্বদা চেংদি লৈপাক্তা তাথ্রে। ঙসি সুমিৎসু তাথ্রে। পম্মোগী পাক চাউরবা য়ুম অসিগী মমুংদা মুৎলি মুৎলিবা থাওমৈ অম্যা থাল্লদুনা মহেন্দ্র লাইব্রেরি পাবা ফমথ্রে। মহাক চাক চানবগী থোরাংদি তোদ্রে। মরমদি সুমিদাংগী চাক থোংবদি ময়াম্বা নরেন্দ্রগী পালিনি। পাক চাওরবা তাইবংপান অসিদা মহেন্দ্র অমসুং নরেন্দ্র মচিন মনাও অনি অসি নত্তনা অতৈ কনা লৈত্রে। মরি মতা অয়াম্বনসু থোইনা হন্না য়েংলমদে। মহৌশানা অরাবগী মতমদা মরুপ লৈতে। মখোয় মচিন মনাও অনি অসি অমনা অমগী আশানি। অমনা অমগী তুংনফম্মি। পাক্লবা তাইবং-ঈপাক্তা মচিন মনাও অনিগী পুন্সিগী হি অতৎপা লৈতনা হোল্লি। অচৌবা ইথক অমসুং অকনবা নোংলৈ সুংশিৎ পুম্নমক্কা মায়োক্লরি। মহেন্দ্র হাইস্কুলগী ছাত্রনি। নরেন্দ্র এল, পি, স্কুল অমগী ওঝানি।

ঙসি নরেন্দ্রগী লুহোংবা সুমিৎনি। মনাও নিপাগী হরাওজবা -লোইরে। মতৈমা লাক্লবদি মহাক থবক পুম্নমক্কী ছুটি লৌরগনি। ক্কৌ ওররোই, চাক থোংলরোই, কোল ফেংলরোই। মসিগী

মহুৎতা লাইরিক্তা পাত্তনা লৈরগনি। মতৈমা লাকপা অসিদা মহাক হরাওবনা লোইগ্রে কোন্দদগী থাদোকপা যণত্থ মঙাইগ্রে। চেনবু চেনবনে চোংবু চোংবনে। নোংমদি শুমাংদা লেপতুনা লাউই "হো লৈকাই লৈকাইশা, ঐ ছুটি কংলে, কৌ শুদ্রে, চাক থোংদ্র। হো ইনেসী! ইনেসী! হিদাক হাল্লে লাকও, অরাংথংবগী ইতৈমা ইবেনী ঙসাই চা থক্কনি হায়রম্বদায়। লাকও কদোরগে? চেংথৈযু ককা হায়বিরোইদা। ঐখোয়মু ইতৈমা ককা লৈরপোৎনি।" মতৈমানা থোংনাওদা মূনা মূনা য়েংই হায়রকই—"হাইমা ইবুঙো মীনা ঙাওই হাররর়নি, হয়েং ঐ লৈত্রবদি মীঙোন্দা হায়রোইভ্রাও?" মহেন্দ্রনা নোক্লতুনা থুম্নলকই— "হেরা করিগী লৈতনি? লৈবা লাক্লগা লৈতবা হৌনব্রা?" মতৈমানা ইকাইরপনা থুম্মি—"মী পুম্নমক লৈবা লাকপা ঙাকুনি য়াদতুনা হন্নরিবনি।" মহেন্দ্রনা নোক্লতুনা হায়-রকই—"হে ঐখোয়গীদি য়াদবা ককা য়াপোৎ নত্তে, থৎন লাক্লজতু ফো শুবা ককাসে য়াম্না রাইকো।" অসুম্না মহে মহে নোক্তুনা হরাওমিন্নে।

সনাতোম্বীনা মনাও তুপা মহেন্দ্রবু য়াম্না নুনা তৌই। হেক পোকমিন্নবা মপুরাগুম্না থল্লি। পোকপদগী তুংঙাইবা ফংলকত্রিবা মহেন্দ্রদি মতৈমা অমা ফংজবসি স্বর্গ ফংবতু মঙাইগ্রে। মমা মশক খঙহোত্রবা তুপা মচা অসিনা থল্লি—"ইমা হায়বতু ঐখোয়গী ইতৈমামুক তুংশীরিত্রা?" মীনা মচেগী মান্নী শারগা মানা থল্লি—"মচেনা মপুরা নুনা তৌই হায়বসিবু ঐখোয়গী ইতৈ-মনা ঐবু নুংসী তৌবা অমুক তৌদ্রিত্রা।" সনাতোম্বী মহেন্দ্রগী

মমানি, মচেনি, পুম্নমক্কি। মানা মতৌমদা নাওখি শাজে, কেখোকচে, ইনশাং হাওত্রবসু মতৌমাদা ওইমৈ। মক্লাখানা মফি মরোল লৈবীত্রবসু মতৌমাদা তায়নৈ। পোকপদগী কেখোক মোখোকপা মশক খঙদবা অঙাং অসি মতৌমা অমা কবদা কেখিবনা লোইদ্রে। মতৌমানসু মাকু খোইনা হেন্না নুংশি। অসুম্না কেখোক্নসু মতৌমানা রাখিনি হায়বগীদমক মানা য়াম্না রাজে— মতৌমানা কৌওবদা মাসু চংহনা য়াওই, মতৌমানা কিওবদা মানা ঈশিং হোল্লি। নোংমা কাদোকসু নোক্লহনা হায়— "ইতৌমা শৈশা মুরিতা পীম্নে কৌওবা য়াওবীগেনে।" মতৌমানা নোক্লহনা "নংগী কৌওবসি পামজঞ্জবো। কৌ শুত্রবসু পীগনি।" মহেন্দ্র মহৌশানা অফবা ছাত্রনি। মতৌমা লাকপদগীদি মহাক লাইব্রিক পানবা মতম মরাং কায়না কংগ্রে। ক্লাস নাইনগী পরীক্ষাদদি মকোক ওইহনা বৃত্তি কাওবা কংগ্রে।

ওসি মাগী বৃত্তি কংবা নুমিৎনি। মহাক কৈথেন্দা চৎগ্রে। মতৌমগী ফুরিৎফি কজবা অমা লৈরে; সিনেমা য়েংলে। অরেম্বা লুপা অমগা ফুরিৎফি অহুগা মতৌমদা পিশিল্লরে। মুম য়োরবদা মতৌমনা হায় "অঙাওবা নংগীদি লৈগে হায়ত্রহনা করিগী ঐগী-দমক লৈরক্লিবনো" অসুম্না মতৌমানা কৈরোয় লৈকাইদা ফুরিৎ ফি অহু উত্থনা লেম্নজে। মমাও নিপাগী মরম ওকপগী রাগ্নী তৌজে।

মহেন্দ্র মেট্রিক পাস তৌরে। কলেজ চাংশিনহনিংই। ন্নাম-নদি শৈশা লৈত্রে শবক অমা তৌনরা হোৎনজো হায়জি। মানা কলেজ চঙগনি হায়রুনা কজি। মতৌমানা শৈশা পিম্নু জগ্নি।

মতৈমানা মগুক্তা শিরিবা নীক অছু লোথোক্লে। মনাও মুপাগা চৎমিন্নরহুনা সনাগী ছুকান অমদা য়োম্লোক্লে। মিংচনবা অমসুং লাইরিক লাইগু লৈবদা লুপা ১৫০৲ চগুথ্রে। অরেম্বা থরনা থাগী শেলছুনগীদমক থমজিল্লে, মতৈমাগী মতৌ অসি উবদা মহেন্দ্রনা খল্লকই—"করিগুম্বা ঐগী ইমা লৈরম্লবসু ইতৈমানা ঐগীদমক হোৎনবিরিবা অসুক হোৎনবীরমগদ্রা?" সনাতোম্বী ফিশা-রোনশা তৌহুনা পৈশা তাল্লি, ফিগী শেম্লোং ওইরবসু ঙা-থুমগীদমক মপুরোইবগী তলপতগী কংবা পৈশা ওইরবসু থা থুদিংগী ফিসকী পৈশাদি শোয়দনা তুংশিল্লি। অসুম্না মহেন্দ্রবু মী ওইহন্নবা হোৎনবদা সনাতোম্বীনা সনা কয়া কায়থোকই, মফি কয়া য়োম্লোকই অমসুং বন্ধান থম্মি।

নোংম মহেন্দ্রনা কলেজদগী হল্লকপদা মতৈমা কপ্পুনা লৈরম্মি। মতৈমাদা হংই—"ইতৈমা করি তৌরে। কনানা করি হায়রে?" খুম্লকই—"করিসু তৌদে ইবুঙো অসুম থরাই লুংঙাই-তহুনা তৌবনি।" মহেন্দ্রনা হন্না হন্না তকশিল্লক্রবদা হায়দবা য়াত্রহুনা হায়রে—"ইবুঙো য়ুম অসিদা ইতৈমা লৈবা য়াগনি হায়বা থাজদ্রে। নংনা মী অমা ওইবা ফাওবদদি লৈনিংবনি অছুবু ................।" ময়াম্বনা মতৈমবু য়ুম অসিদা লৈতনবা য়াম্না ওৎ-নৈরে হায়বা মহেন্দ্রনা য়াম্না মুন্না খগই, অরাবদি মথাগী অঙাং ওইরবদি অচুম অরান খিবা য়াই। করিগুম্বা য়ুমগী অহন্না মীরোল য়াওরকত্রবদি নহাশিংনা ওমচাক্লনা থম্মোই চাক্লা থাঙবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈতে। থা থরা হোথ্রে। নোংমা কলেজদগী হল্লকপদা মতৈমা সনাতোম্বী ময়ুমদা লৈরমদ্রে।

মহাক খিন্দনা মতৌমাগী মপামদা চংখ্রে। মখোয় অনি কপ্পমখৈ কপমিন্নরগা মমুমদা হল্লকলে। মন্নাক্পী মা তাদনা মতৌমাবু মানা কৌরকপা ওবস্থু নত্তে। মমুমদা হল্লক্লগা অহাংবা মুন অঙ্ উবদা মমিংকী মপি খঙ্বা ওমখিত্রে। য়েংউ য়েংউবা থুদিন্দা মতৌমাগী থুংফমদা মন্ডাইখ্রে। মাগীদমক হোৎনবদা মরোল মরাং তাক্লবী. শেগাইয়বা মজুনবা চরৈনা মাগী নৈত্তেং ওঙ্গ্রবী মমা শক্লবী মতৌমা ওসি মুম অসিদা নৈত্রে। মমা মশক খঙহৌ- ত্রবা নহা অসিনা মমানি খঙ্লা ইরাংচরঙ্বা মতৌমমা ওসি মহাকপু হন্দোক্লম্লে।

চুমিং খরনিংঙ্গী মতুংদা মহেন্দ্রগী মতৌমা অনৌবী অমা লাক্লে। মমিংদি চান্দনী কৌই। য়াম্মা হৈ-শিংই, কেবা মৌবা য়াম্মা হৈ, মতম্গী ইয়াং চুই। হেক য়েংবদা নোংখাংগুম তথক তথকই অহুবু মাগী মঙাল্লা মতম কুইনা শাম্লবদি য়াদে। সনাতোম্বী খরতকী থাবলগুম্বীনি মাগী পাক-চাওরবা থোজাল অমসুং ত্যাগকী ইপাক্তা মহেন্দ্রনা মনিংতম্লা ইরোইনহুনা শাম্বা ওমজে। মহেন্দ্রনা কৈরোই নৈকাইদা রায়ী তৌই—"ঐখোয়গী তামোদি কোর্হু য়োম্হোলগা ফুম্বা লেপলি।" অচুম্বনা মবৈখংদা লাকচরকই। য়াম্মা চুম্বা য়াহৈনি। অচুম্বা কয়ামা জেলগী চেকপাল মতুংদা ওনখোইমা নৈরি, অয়ানবা কয়াকা সনাগী তাংবলদা মুঙাইনা ফমলি। অহুবু কৈদোৌঙেনো মখোয় অনিগী কম-কম নৈকম ওয়দবা? তাইবংপাল অসিদয়া নংত্রগা ঈশ্বরগী দরবারদয়া?

ওসি মহেন্দ্র খি, এ পাস তৌয়ে। পরীক্ষাগী পাও তাবগা মতৌমাগী মমুন তাম্না চেনখ্রে। তকিং-তকিংমা ওমাংগী লেপচুনা

লাউরকই—"ইতৈমা! ইতৈমা! ঐ পরীক্ষা ভমলে, বি,এ পাস তোরে। অসি হায়রগা মচিন্নদি মোমোন নোক্লগা মমিত্তুদি মপি তরং-তরং শিন্থরক্রে। ভসি নুভাইবগী নুমিৎ অসিদা থৌজাল হৈরগী মতৈমাগী থৌজালগী পোৎলুম পুবদা য়ারবা নহা অসি মমিৎকী মপি খাম্বা ভমখিত্রে। মহোশানা থৌজালগী মশক ওইবী সনাতোম্বীসু থৌজালগী ইথক হৌরকতুনা মিংলু নাপোম কাওনা পাথোরকলে। হায়রকই—"ইবুঙো নংনা বি,এ পাস তোবা অসিদি ঐদি ঐগী পুন্সী মচৈ য়াল্লবনি। মসিতনি ঐনা নহান মখে লাইনিং ওইরক্লিবা।"

মহেন্দ্রনা হায়রকই—"হৌজিক্তি ঐসু থবক তোরগদবনি। ইতৈমাগী লিক, নাদ য়ানবী পূল্লমক লোইনা অমুক থারগনি। ইস! ইতৈমা লৈরমত্রবদবু ঐনা কলেজ তম্বা হায়রে।" মতৈমানা নোক্লদুনা হায়রকই—"হে অঙাওবা নংদি ঐগী সনা থল্লা কাই-থোকখিবা অদু হৌজিক ফাওবা নিংশিংলিবোরে। ঐদি কাও-থোকখিবা কুইরে নোংমাতবু নিংবু নিংশিংলুদে। হৌজিকপু সনা শিরুদুনা করি কাল্লগবনো? হিংবগীসু কাল্লবা পুন্সীনি। অদুমকপু অঙাং পীশ্রক অমা লৈরিবনিনা মাগীদমক থরদংদি থব্বা য়াদে। অদুগা য়া অমনা নংনা থবক ইনথাং তৌদুনা পৈশা থল্লা কংলবদি ইতৈমাগী হকচাং অসি য়াম্না কৎত্রে, অমুক-তংদদি য়েংসি। ডাক্তরনা নুপা চামরি চামঙা চংগনি হায়।" অওইবমক সনাতোম্বী টি,বি, হায়বা লায়না অদুনা নারে। অদুবু নুপী ওইবগী পঙলবা বুদ্ধিনা লায়না অসি করা তমখিবগে হায়বা খঙবা ভমদ্রি। মতৈমাগী কংশিল্লক্লবা হকচাং অমত্তং কুচু কুমেল থোক্তবা উবদা মহেন্দ্রসু য়াম্না চিংনবা নুংমদা হল্লকই।

থা কয়া হৌগ্রে। মহেন্দ্র থবক ফংগ্রে। শেঙ্গা থুমজাগী যুগনি। মাগীদমকনি হায়তুনা লুপা ১০০্দং পুথোকপীনবা কনা লৈতে। নিংশিংলকই মমাংঙৈদা মতৈমানা মাগী লাইরিক তম্নবগীদমক লীক-কোল কয়া কাগ্নথোকখিবা। অতুবু হৌজিক মতৈমাসু অয়ুক চারগা যুমিদাং চয়া হেন্দুনা লৈরে থল্লকই, কদোইঙ্গে থবক অমত্তং ফংতুনা ইতৈমাবু লাইয়েংবা ঙমগবা, কদোইঙে ইতৈমাগী সনাশিং শাগদবা। মমৈথংদা ওবা ওইবগী থবক অমা ফংলত্তুনা চীংদা চৎগ্রে। মহাক্না চৎখিবা থা অমা লৈরগা মতৈমাগী লাইয়েংনবা লুপা চামা থারকই। মতুং থা অনি অহুম মহাক তুমিন্না লৈগ্রে। স্কুলগী থবক তৌবত নত্তনা অয়ুক অমসুং যুমিদাং প্রাইভেট কয়া তম্বীতুনা পৈশা কন্না তাল্লি। মতম অসিদা পৈশা নত্তনা অতৈ অমা থন্দে। মাগী আশা হায়ববু মতৈমাগী লাইয়েংবা অমসুং সনা শাবা।

ঙসিদি মহেন্দ্র ইম্ফালদা থুংলরে। হেক থুংলবগা ময়ুম কাওবা চৎলুদনা তুকান্দা চৎগ্রে। মতৈমাগী লীক, থুদোপ, নাদা য়ানবী, থুদোপ অসি থয়া চাওমল্লি ইতৈমাদি মশা পায়, মসি পিকত্তক তৌই মঙোন্দা চাগনি। ওঃ নাদা য়ানবী অসি পিকত্তক চেংতক ঐথোয়গী ইতৈমাদা য়াম্না পকচয়নি। মসি থনবদা মহাক মথন্তা মোমোন নোকগ্রে। লুপা চামঙা তুকান্দারদা থীতুনা পীরে। তুকান্দারনা থল্লি পাথঙ অসিনা কনাগুম্বী চান্নবী অমগীদমক লৈরিবা থুদোল পোৎনি। মপাম্থোংগী মাইথোং উবদা কনানা থম্মোইগী য়া থঙবা ঙম্বগে ? মহেন্দ্রনা মমা শকপী মতৈমাগী মতম কুইনা তোন্নবা লমদ শিংবা চৎকদৌরি।

মহেন্দ্র মতৈমাগী য়ুম পাংলক্লে। মহাক মশা পান্দুনা পাইনিংবা হায়রহ্ লৌরে। মখোং কম্না থাংই, ফুরিংখাউদগী সনা অহু অমুক অমুক লোথোক্নু না য়েংই, থম্নি লিক অসি উবদা ইতৈমানা মোমোন নোকনি, থুদোপ অসিবু চায়োইত্রনে।

মহেন্দ্রনা মতৈমাগী য়ুম য়ৌরকপদদি মতৈমা সনাতোম্বীদি ওমাং মতোল্দা চিংগুনা পূজা তুমথুন তাম্মলে। চসিদি মহৌ-শাওম ওয়াম ওয়াম তৌরমল্লে। মহাক্না ইতৈমা হায়না কনা কৌকে অহুবু থুমলকপা হায়বা লৈথিল্লে। অঙাওবগুম পুরকইবা মনাশিং অহু পূজি তুমথুন তান্নবী মতৈমাদা শিজিনবীরে। খৌজাদগী য়শক ওইরবা মাইথোং অহু অয়োইবা মিৎয়েংনা মখিং কুপ্তুনা য়েংলে। মতৈমা হায়বা অকোইবা মাহৈ অসিগী মহৎতা শমজিন্দুনা ইবা হায়না হম্না হম্না কৌহনা মখোও কোম্থুনা কপ্‌লে। মমৈথংদা মহেন্দ্র লৈমাই থক্তা বাম্বত্না তাল্লে।

---

# নিংশিং-মৈরি

পীক্লবা লরাইগী থূঙ্গং মচা অমনি। পীক্কক চেংতক্লা নিংথি-ক্সরবা লমপাক মচা অমা লৈ। লমপাক অসি শোরোক্লা হেক তাইননা লৈ। লমপাক অসিদা মমাই নোংপোক ওল্লা লম্বী রোমদা ওনশিল্লা তরু-তরুবা স্কুল মচা অমা লৈ। স্কুল অসিগী মনাক ওইরপ্পা চেকশিল খোইজিল্লবা ফুরা মচা অমা লৈ। ঙসি দীপাবলী তুমিৎনি। ফুরা মচা অসিগী মমাঙদা অমস্তুং মথক মথা অকোয়বা পুম্নমক্তা থাওমৈনা পুল্লং লংনা থাল্লি। থূঙ্গংগী যুম থুদিংদা মোংফম থুদিংদা থাওমৈনা পুংঙান ঙাল্লি। ঙসি দীপাবলীগী থাওমৈশিং অসিনা অতিয়াগী থরানমিচাকশিংগা তেমশিংনরি। অমাবস্যাগী অমম্বনা দীপাবলীগী থাওমৈ পরেংগী লাম্বী উবদা উমং রামং শিঙ্গনা লোৎখ্রে।

চহী থুদিংগী থুঙ্গা-পাখঙ পুম্বনা স্কুল-শং, ফুরা অমস্তুং লম্পাক অসিবু য়াম্না তরু-তহেন্না শেংদোকই। তুমিদাংদা থাওমৈ পরেং-পরেংনা লৈতেংই। লম্বী চৎপা অহল্লমন কৈথেল কাবা ইমা-ইবেল পুম্নমক্লা ফুরা অতুদা মুন্না য়েংলগা মপি শিম্বে। অউবশিংনা হায়রম্মি—"আ তুংশিদা, পাম্মুইদা মহাক্তো।" লুকমাই পুবী অহল অমনা হায়রকই— "ইবেম্মাখোয় মী অঙ্কবা কুইনা পুন্সিবা

হৌনদে, লাইন ফাওবা কল্লকপনিনে। ঐখোয়গুম্বা কান্নদবা মীরেমসে মসিনি য়াম্না কুইনা পুন্সিরিবা।" অমনা হায়রকই "হোয়নে চাওবী মা। ভুংশিগ্রেদা, ঐখোয়গী নচা সনাথোম্বসে সনাজাওবীগী মপাসিবো হায়বা, মহাক লৈরমগ্রবদবু তাইবংপাল অখিদা উবা ফংখিদ্রা হায়বা।" অমনা অমুক খুমকই—"ঐখোয়গী পাজীসু অচুনিদনা ইবেম্মা শিরুবদগী হল্লকপনি হায়বা মুপা মাগী লমল ওহোক্লা চাওনা তোল্লবনি, অচুবু করিদি তৌনি ইবেম্মা কবোকলৈ মমা নংবু হায়বকো হৌজিক ফাওবা হিংলবদি লৈজবা ভা অমতা হৈ-অমত ওইরবসু-কো ইতৎ ভত্তনা পীজরুত্থনা লমল শিংবা শরুগদবকো।" তাইহাক লৈরগা মুপা কাংলুপ অমা লাকই—মখোয়সু হায়নৈ—"য়েংউনেসে নিয়াজালী মপা করসে ভুংসিদা মাগুম্বা ইম্পানদি আলমসিদা লৈরগ্রোই হায়পা।" নিয়া-জালীগী মপানা খুমকই "মানেইপা অবচুলাইপা ঐগী জানসিবু খতরাদা লৈবা নত্রনে মানা কনপী পনেইপা।"

অসুম্না অচৎ অওক খুদিংনা ভুংশিনা শোন্নবা অসি খুঙ্গং অসিদা নৌনা লাকপা ইম্ফালগী পথণ্ড অমনা তাই। মানা খল্লি—ফুরা অসি কনাগুম্বা দেশভক্ত অমগী মংলেন থক্ত শাবা স্মৃতি-মন্দির ওইবা তাই। অচুবু পীরুবা খুঙ্গং অসিদা পোকখিবা কয়া য়াম্না মবুকচেল চাওবা মীতা ওইরিগবা? খুঙ্গংগী মুপা মুপী পুম্নমক্কী থম্মোইবু জয় তৌরম্লগা পুন্সী অয়ুক অঙনবদা তাইবং ঈপাক লানথ্রিবা মুপা অসি কনানো?

মতম অচু হৌজিক কালগুম্না ডাক্তর মশিং য়ামজি অমসুং লরাই-থরাইদা হোস্পিতাল লৈজি। অনা-অয়েক হেক য়াওরকপদা

লরাই-থরাইগী মীশিংগী অরাবা ওমথৈ লৈরমদে। থুল অসিগী মরাইবক কবনা কৃষ্ণদাস কৌবা নহা ওইরিবা ডাক্তর অমা লৈরম্মি। থাঙ্গেশেংবদি মহাক ডাক্তর নত্তে মুপ্পগী কম্পাউণ্ডর মথৈতমক পাস তৌহুনা সরকারগী হোস্পিতালদা থবক তৌরম্মি। প্রমোশনগী মতাংদা পেন্দবা থরা লৈহুনা মহাক হোস্পিতাল থাদোক্তুনা মকম অসিদা লন্নাই প্রেকটিস তৌহুনা লৈথি। থুঙ্গংগী মীশিংনদি মহাক অসি য়াম্না কবা ডাক্তরনি হায়না খল্লে। অওইব-মকসু কৃষ্ণদাসনা য়েংবা অয়াম্বা অনাবা ফগল্লি মসিগী মরমদি মহাক অহৈবা ডাক্তরশিংগী মখাদা থবক তৌরকপা কম্পাউণ্ডরনি। মহাক্না হৈজবা অমসুং খঙজবা ওমখৈগী মতুংদা ওম্বমখৈ থরাই য়াওনা লাইয়েংই। মানা ওম্লোইদবা লাইনাদি ইম্ফালদা চত্তুনা লায়েংউনবা পাউতাক পী। লাইয়েংবগী শেল লৌবদা য়াম্না রাখল তৌরগা লৌই। লৈত্ত লাইরদগীদি হিদাক মমলদমক মরোৌই। কনাগুম্বা ফিবম চাদ চাদবনা মানা লেম্না হিদাক ফাওবা পীহুনা লাইয়েংবিরম্মি।

কৃষ্ণদাস লাকপদগী থুল অসি য়াম্না ওনপ্রে। মাগী মমাং শঙ্কোইদা স্কুল মচা অমা লিংখৎলে। মসিদা মাগী মুপী শ্যামানা লেম্না লাইরিক তম্মি। নোংমকাদোক অশংবা মুমিত্তা ডাক্তর মশামক য়াওনা লাইরিক তম্মি। মুংখিলগী মতমদা থুঙ্গংগী মুপী মচাশিংবু ফিশা-লোনশা অমসুং লোনবা-খোৎপগী থবক তম্বী। কুব মচা অমা শাহুনা মতুদা লাইরিক-লাইশু থর থম্মি। খবর লৌহুনা ময়াম পাই অমসুং মহলশিংবু পাহুনা তাহল্লি। চহি খরগী মতুংদা অকোয়বদা লৈবা থুঙ্গংশিংদগী কৃষ্ণদাসকী

থৃঙ্গং অসিনা লুবা হেনবদা, ফোথোক-চেংথোক অমস্তুং মহৈ-মশিং পূন্নমক মাঙ থাগৎলকই।

থৃঙ্গংগী অহল-লমন্না কৃষ্ণদাসপু মচাগুম স্থুংশি। নহারোল শিংনা ময়াম্বগুম থল্লি। মহাক লাকপা উবদা মতম চাদনা শান্নরম্বা অঙাংশিং; মতম থেংনা লৈপুং ফন্নম্বা পাখঙশিং; কায়ত্থনা চেল্লি। অতৈ ডাক্তরদগী কৃষ্ণদাসকী থোইদোক-হেন্দোকপা গুণ অমদি অরাইবা অনাবশিংদা থোইনা হিদাক লাংথক অমস্তুং শেল চংহল্লমদে। মরম অসিনা য়াহৌ ঙন্না হৌ, অয়ুক রাকিং চৎলু হকচাং শাজেল তৌ, ঈশিং অশাবগা চম্প্রা মহীগা থোইহীগা থকউনচিংবা পাওতাক পী। নমত্থনা হিদাক পীশিনবা মাগী পোৎশিং ফনবত হোৎনবা মসি মহাক থক তৌদে।

কুম অমদি লৈবাক্কী অচৌবা চাকতাংবা থোকখি। মী পূন্নমক পাল-মাইরেল চাত্থনা রানা মতম লেনখ্রে। ঈশ্বরগী নোংদম কনানা থঙ্গনি। চাক তাঙবগী তুংদা অনা-অয়েক কন্না তৌনরক্লে। থুল পূন্নমক রাবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। য়ুম থূদিংদা নাদবা য়াওদ্রে। মী থূদিংমক্কী আশাগী ভুংফম ওইরকই— নোংঙানবগা কৃষ্ণদাসকী মাঙোন্দা মীনা পীক থল্লে। অমনা হায়রকই "ইবুঙো! ননাওদো ঙরাংদগী ফর ফর ওন্দূনা লৈরবনি। ঙাইহাক্তং লেঙত্রবদি।" অমনা হায়রকই—"ডাক্তর বাবু ঐথোয়গী পাজীদো ঙসি নিনি শুরে ঙমত্রিবা ঙাইহাক্তং য়ৌবিত্রবদি।"

ডাক্তরনা পূন্নমক্কী মমিং-মথা নোট তৌশিল্লগা চৎনবা থৌরাং তৌরে। মাগী থাওদা মথল থূদিংগী হিদাক হাপচিল্লে। মাগী সাইকল' অত্থ থৌরত্থনা য়ুম অমদগী য়ুম অমদা; লৈকাই অমদগী

লৈকাই অমদা; থূল অমদগী থূল অমদা; মথং-মথং চৎপা হৌরক্লে। কালেনগী মুংশানা মৈগুম চাক্লি। মতমগা করবনে হুমিৎ য়ুংবা মতম অসিদা শোরোক্তা মী অমতা চৎত্রে, যণবী যন্নাওশিংনা উখাদা কুন্দূনা উইনা শগুপ শায়রি। মতম অসিদা ডাক্তর কৃষ্ণদাস সাইকল অমা থৌ:হুনা থুঙং থুংনা চৎলি। মাগী অহল ওইরবা সাইকল অসি মপাঙ্গল য়াম্না শোল্লে। থুনেৎ অরৈবা থুদিংদা অয়ো অয়ো হায়রে। মপাঙ্গল শোন-বগী হায়রবদি পেন্সন পীবা য়ারবনি অত্তবু হোদোকমিন্নরকপনি হায়ত্তুনা সাইকল অসি থাদোকপা ঙমদ্রি।

হুমিৎ জুরি কুমথ্রে। কৃষ্ণদাস হৌজিক ফাওবা য়ুমদা হল্লক্ত্রি। শ্যামানা চাক-ঈশিং লোইরগা উখোংতেন্দা ঙাহুনা কমহুনা ঙাইরি। মহোশানা শ্যামানা মপুরোইবা ঙাইদনা চাক থক চাদে। অনা-অয়েক পাম্বা অসিদা ডাক্তরদি নাহৈদে হায়বা থোইনা লৈতে। মৈতৈ রাহৈদা মাইবগী মচা শিদবরা, পাপ্পীগী মমৌ থায়নদবরা? হায়বা অত্তুনি। অসুম্না চিন্তা তৌনা কম্রিঙৈদা কৃষ্ণদাস হল্লক্লে।

মকি হোংদোক্লুনা মাঙ্গোন্দা পারিবা কক্তা ঙাইহাক কমথে। মহোশানা হমাং হক্লিন্দনা ইরু-মাইথজবা অসি কত্তে। ঙাইহাক পোন্থা পোথানা হায়রকই— "ইবেম্মাখোয় লোইরে হায় নাদবা ইমুং য়াওখিত্রে। করম্নো তৌরিবসি অসুম তৌরবদি মী পুম্নমক য়াম্না রাবা তাঁরে।"

শ্যামানা য়াম্না শোম্থাংননা থুম্মি—"অহুবু নান-য়েক্রবনা মহা ওইরবা মতম অসিদা...... ডাক্তরদি নাহৈদে হায়বা লৈত্রা করিগুম্বা হেক ঙম্নক্তবা থোক্রবদি............।"

"হেন্না ঈশ্বরনা তঙ্গা হায়বা অহুনি শিববু মীনা তম্বা ওয়্রা।"

"অহুবু অনাব ময়াম অসিগী খুংনবা চেনবা হোৎনবদা চাবা মচেং, তুম্বা মচেং ওইরে। মহুনা শোকচিন্নক্লিবা হকচাং অহুগা কুংশিন্নক্লিব মিৎ, চপশিন্নক্লিবা চাইরুং, অহুবু মুংতিগী মিংশেল য়েংবদা মউবীরিবা নৎত্রা ?"

রাকম অসি য়াম্না চুম্মি। তাবদা থক্তিক্তং কিবগুম্বা অমা পোকই। অহুবু—পুক্লিংগী রা লোৎলহুনা হায়রকই—"মহুদি কালেল ওইহুনা হৌবনি। কালেল থা হায়গসিদি অনোরবা খঙদে অকংবা খঙদে লোইনা ময়েং খর-খরদি মতানবা ঙাক্লনি।"

"অহুবু মীওইবগী হকচাং অসি ইঙ্গিনমক্তি নত্তেদনা। মাগীসু নোম্বা ওম্বগী ওমখৈ লৈ। মহুদগী মপাযোক্লা শিজিন্নমন্নবসু অবাম্নবা লাকই হায়বা।"

শ্যামাগী রা অসিদা খোইনা য়েংলুনিঙাই লৈতে। মহাক্না অচুম্বতা হায়বনি। কৃষ্ণদাসনা হায়রকই—"মহুগীদি য়াম্না চুমগ্রবা পোৎনি। অহুবু করি উপায়দি লৈ ঐনা লাইয়েংবগী শিনকম অসি হৈনরুরবনিনা অসিগুম্বা অরাবা মতম অসিদা করম্না মাই লৈগনি। অসিগুম্বা লৈপাক্তী অরাবা মতম অসিদা লৈবাক্তী সেবা তৌনবগী তাঞ্জা অমা ফংলিবা অসি নং-ঐগী লাইবক কবনি। মতম খর রাবসিনা শিবা য়াবা নত্তেদা।" অসি হায়রগা খেঙগ্রে হায়রহনা ইরুজবা চৎগ্রে।

শ্যামানা মতোমতা মরু লুকথনা খলহোৎই—কয়াদা রাংগ্রবা রাখলনো। অরোইবগী রাহে খর অহু নাকোংদা কুইনা নিন্দুনা

লৈহৌই—"সেগা তৌনবগী তাঞ্জা অমা ফংলিবসি নং-ঐগী লাইবক কবননি।" মপুরোইবগী দেশ-সেবাগী লম্বীদা খরদংত ওইরবসু পলহনবা য়াবা য়াহে মচিন্দগী হায়দোকখিবা অসি ওম্বোক্লা নিংঙম্লক্কে খল্লকই—শিরবসু অতুমঙাইরে ঙম্বা মথৈদি খবক অসিদা মাস্থু মতেং পাঙ্কে।

কৃষ্ণদাস চাক চাবা তোক্নে। চৌকিদা কল্লহনা চুরুট মচৈ অমা থক্কুনা লৈরি। মহাক কল্লিগুম্বা অরুবা য়াখল অমদা লুমগুম তোই। য়ায়া মূয়া খল্লবসু পূম্লিবা য়াখল লংলা অহু ইখোক খোকপা ঙমদবগুম তোই। ইখঙ খঙহৌদনা মচিন্দগী হেক হায়দোকখি—"ইস! করয়ো।"

শ্যামানা হংই—"করি তৌরবগে?"

"করি তৌবা হায়ববু অতৈ নত্তেনে। হিদাক পূয়মক লোইশিল্লক্রে।"

"অহুবু ইস্ফালদগী হেক লোরগা লোইরেদনা।"

"ইস্ফালদগী হিদাকপু লেয়া পীবীরকত্রা? খেলগী য়ানি লুরিবদি থুত্তসু পৈশা অমত পায়ত্রে, অনাবশিংসু খেগ অমত্তা থারক্কে, মতম খর লৈরগা ঙাক্ত হায়ব্রে। করি পাম্বৈদি লৈ, চাক তাঙহনা য়াবমথৈ য়ানরুরে; হৌজিক্লা অমুকসু তোয়া তুবা মথৈ নানরে। লাইরবা লয়াইগী থুজং অসিদা লুপা মঙা তরাদং লৈতে হায়বদা হংলুকম লৈবা নত্তেদো।"

য়াকম অসি তাবদা শ্যামা তুমিম্না লৈখ্রে। খল্লকই—লুরব তানকম অসিদা মহাক্লা করি পাম্বৈ তৌবা ঙম্বি। তাঞ্জা অসিদা

কৃষ্ণদাসনা অমুক হায়রকই—"ফি লাম্ভোরকউ থেঙশ্রে। অনাবা মরি মঙা য়ৌরুত্রি ঐতবু শোন্দুনা লৈরম্লগদবনি।"

কৃষ্ণদাস মফি-মরোল শেৎপা লোইশ্রে। তাঙা অসিদা শ্যামানা চে অমদা করিগুম্বা থর য়োমহুনা পুথোক্লরুগা মমাঙদা থম্লহুনা হায়রকই—"হিদাক লোনিঙাই পৈশা লৈতে হায়বহু মসি কায়থোক্লুনা অথুবা নংনবা হোৎনবীক্লয়ো। মতুং কোম্না থোকপা লাক্লনি।"

কৃষ্ণদাসনা চে ময়োম অহু ফাক্লোক্লুনা য়েংলে। মহুদা শ্যামাগী লিক, থুদোপ, নাদা য়ানবী পূম্নমক ইরং লংনা ঙান্দুনা লৈরে। মানা অমুক শ্যামাগী মাইথোংলোমদা হঙ্গৎনা য়েংলকই লীক য়াওরবা ঙকশম, ইহাং হাংলবা নাপ অহু মুংত্তিদগী ঙসিনা শরুক চামা হেন্না ফজগ্রে। হায়রকই—"ফরে অহু মঙাইরে ঐ মসি পুহুনা ইম্ফাললোমদা হেক্তা চৎলগে। মুংশাদি পঙথি থিনুদা থা অনি অহুম মঙাই, মসিদগী ফো-চেং লোকপা হেক হৌরকপদনে লাইয়েংঙম্লিবা মম্লাম অসে লোইনা মশানা থঙনা অহুম থিঙ্গরকপদবনি। মথোয় অসিদি ওম্বোক্লা থাজনিংঙাইনি।"

শ্যামানা নোককেৎ ভৌহুনা হায়রকই—"করিগী মুংশা থীগদৌম্লিবনো, থা অনি অহুম সনা শিত্রগা মীবু করি তৌই হায়বগে ?"

"নথোয় মুপীসে মহৌশানা সনা থর হেন্না পাম্মে।" সনানিবু হায়রবদি শিবা ফাওবা কিবা নত্তে। সনা সের অমনা লৈ শারগা মনাদা য়ানবদা না তৎকনি হায়বা কাউথোক্লনি। মোন অমগী লীক শারগা য়াম্বরবসু মঙকশম করিমতা কোম্বদনা অহুম চৎপা ঙমগনি। অসিদবু নথোয়বু মুংশা থীরম্লোই করম্না হায়রদৌম্লিবনো ?"

কৃষ্ণদাসকী য়াকম অসি অচুম্বনি। মহৌশানা মুপীশিংনা সনা হায়বসি য়াম্না পাম্মি। অচুমকপু মীনা লাকচবা হায়বসি কয়াদি মুত্তাইবা নত্তবনিনা হায়রকই—“মী খাইদি পামরিবি ঐখোয়দি খোইনা সনাকাসি শিজলাকচনিংদেদা।”

“হোয়নে হোয়নে নংদি সনাকাসি খোইনা পামদবনিদা ঐতনা মুংশিজচনা কজহল্লিংচনা নমচনা শিহনবনিদা।” অসুম্না য়ারী শানা মফি-শেংপা লোইখ্রে। চংশমদাইদা হায়রকই—“অনাবা মকম মরি-মত্তাদি য়াংলি অচুবু ঐ চংশঘা ওন্নরোই। করিগুম্বা কৌবা লাক্লবদি হিদাক পুম্না লোইখোকপ্রচনা ইম্ফালদা লৌবা চংখি হায়না হায়য়ু মীবু শাওহনগনু—মতম পুম্নমক মী খোনবা তম্মু।” সনাদা অমুক য়েংলগা হায়রকই—“নংগী নশান্তনা ঐনা সেবাগী থবক অসি তৌবা ওদ্রিবনি।”

অরোইবগী য়াহৈ থম্না অসি শ্যামাদা মমল ওহোল্লা য়ামখ্রে। মহৌশানা মপুরোইবনা পীবা সার্টিফিকেট হায়বসি মুপী ওইবী-শিংদা ওহোল্লা মমল য়াম্মি। মুপী ওইবীনা কৈরোল-লৈকাই কয়াগী মীনোকসু খাওবা ওম্মি, মনেম মকুগী মীচৈসু অচুম মত্তাই অচুবু মপুরোইবগী খোঞ্জাল অমসুং মুংশি-মীনোক ফংত্রবদা মচুবগী ছেল্লা খাওওমদবা অল্লাবা অমা লৈত্রে। মরুম থুপকম পাক্কেল উজাও লৈত্রবী উরীগুম থোকই। কৈরোল-লৈকাই অমসুং সমাজ পুম্নমকী মিংথেংদা মহাক য়াম্না নেমথরকই।

কৃষ্ণদাসনা হায়ব অসি অচুম্বামক্লি। মাগী মুপী শ্যামাগী য়ুম শানবগী চেকশিন-খোইজিনবা, মীচং-মীখোক ফবা অসিনা থুঙংগী মী পুমম্নরা মহাকপু মুংশি। অসিগী মথক্তা, মমুমদা

লিংথৎলিবা মুপী মচাগী স্কুল অমদি তম্বিরিবা ফিশা-লোনশা পুন্নমক অসিদা মপাঙ্গল-মরোশিংগী মথক্ত মরল কাওবা পুখোক্লি-বনি। মপুরোইবগী পুক্সী লমশাংদা অমস্মুং খৌগাই করাদা শরুক য়ারিবী, মপুরোইবগী ইঙ্গিত খঙবী অমস্মুং পুক্লিং তাবী মুপীশিং অসিনা ঙাম্মোইরিবা য়ুমশিং অহু থোইদোক্লা লাইবক ফবগী মশক্লি। মচা মণ্ড য়াওদবা মখোয় অনিতগী ওইবা পুক্সী অসিদা শেল য়ায়া তুংশিনবা অমস্মুং পৈশিনবগী দরকার থোক্তন লৈত্তে। মখোয়গী হায়ববু লৈকাই অহুরাইদগী মুপীমচা অমত্তং য়োক্লি। মহাক্লা লোইরে। তানশিনবা শেল, বুদ্ধি, লৌশিং অমস্মুং মপাঙ্গল পুমন্নক সেবাগী মস্তদা হোম তৌথোক্লে।

কৃষ্ণদাসনা মাগী মুপীগী সনাশিং অহু পুরস্থনা ইম্ফাল য়োরে। করম্বা মহাজনদনো মানা বন্ধান থমগদবা। তুকান অমা অনি চৎলে। কনাস্থ বন্ধান লৌ হায়বা য়াক্রে। মুমিৎতি অস্মুম থেংজিন্নক্রে থনবদা জ্ঞান মমশিল্লক্রে। মাগী হিদাক লোকম কার্মাসীদা করম্বা চঙ্গনি মহোশানা শোৎতোক শোৎচিন তৌনৈ। অহুবু হান্নগী শেক্লোল পী-রমদনা অনৌবা শোৎপা অসি মহাক পাম্নমদে। খাইগা চৎনবীস্থ নত্তে। চৎপা মখে চৎলগা গত্তি লৈরত্থনা কার্মাসীদা চৎলে। মহাক উবদা তরাম তরাম তৌরম্মি হায়রকই—"লেঙশিল্লকউ ডাক্তর বাবু! হায় অঙাংশা! নখোয় কনানো অমা চৎলু বাবুগী চা পুরকউ।"

কৃষ্ণদাসনা শকফম য়াম্না হঙ্গিম্না হায়রকই—"বাবু! চাদি লায়রি। রা অমত্তবু থম্নখিসিনে।"

"করিনো তাকপীয়ু কৈদৌবগে। ঐখোয়না ঙম্বা তেংবাং পীজগনি।"

"বাবুখোয়স্থ খবরদা পাও ফংবিরিগনি। ঐখোয়গী মাইকৈ অদোমদদি অনা-অয়েক অসি মশিং খণ্ডখিত্রে। অহুগী মথক্তা চাক তাঙবগা খোকখিবনে ওম্বোকপা হায়বহু ওইগ্রে। অনাবা পুম্নমক শেল অমতা থারকপা লৈখিত্রে। মরম অসিনা হায়গী অসি ওসিদি শেংদোক্লম্বা ওয়োইদৌরে।"

"হেরা অহুগীদমক্তবু অহুক লুনা খল্লিবা। বাবুদি ঐখোয়গী লৌরবা কষ্টমরনি। বাবুনা অমুম পাম্মি হায়বহুতা ভৌরগা লোইরে। দরকার ওইবা পোৎমখৈ চিংনদনা পুবিখো।"

কালেল খা, মরুওইনা অনা-অয়েক পাম্বা হায়বসি মাইব-শিংগীদি বামোনগী তর্পন পাম্বানি, লৌমীগী পোইজুনি। কৃষ্ণদাস-কীদি খোইনা হেন্না অরাবা অনংবা পাম্বা ওইগ্রে। মানা মাগী কুরিৎখাওদগী সনা খরা অহু পুথোক্লহুনা হায়রকই—"সনা খর অসি বাবুখোয়দা খমজিনবীয়ু। দরকার ওইরবদি কাঙ্গখোক্তুনা অহুম শিজিন্নবিগ্রো। ওইত্রগনা অহুম খমজিনবীয়ু। হয়েং কোন্না মখোয় য়াওনা হিদাক্কী মমল পীবা মতমদা শেংদোক্লবা।

কার্মাসীগী মপুনা ইশি-শিনা নোক্লগা হায়রকই—"ওম্বোকপনি ডাক্তর বাবু! অহুগুম্ববু কনানা হৌনবা খবক্লোনে। সেসে সনা ককা খম্বিরমগনু।"

কৃষ্ণদাসনা সনাহু নমহুনা খনল্লগা হিদাক পুহুনা চংগ্রে। মতম অসি জুমিৎ তাগদবা খজিক্তা মঙাইগ্রে। অমম্বদা লল্লাইগী শাংলবা লম্বীদা মথমতা চংপা জারি। মহাক জুংশাম্ব খরা খিরে। লল্লাইগী লম্বীদি জুমিৎ হেক তাবগা পুমচিক-চিকই, মী অমতা চত্তে। কৃষ্ণদাস কিনা-কিনা সাইকল শৌন্না হৌরক্লে। মহাক্তি

য়ারবদি মদা পান্দুনা পাইনিংবা হায়বহ্নু য়ৌরবনি, অত্তুবু মাগী অহল ওইরবা সাইকলদি মপাঙ্গল শোনবনিনা য়াম্না তপ্না চৎনিংই য়ারবদি ঙাইহাক পোথাব়বদি সাইকল অসিগী অরা-পোথাবা ওইগনি। থুনেৎ অরৈ থুদিংগী মখোল অমা থোক্লে। তাবদা অয়ো-অরো হায়বগুম নিংলে। শহরদগী লাপথোক্কনা থুঙ্গংগী লম্বী য়াইশিল্লকপগা লোইননা মী চীকপা অস্নুম অস্নুম হেনগৎলকই। অসিগা লোইননা সাইকলগী তেংথা নাওইবগী খোঙ্গেলস্তু অস্নুম অস্নুম হেনগৎলকই। খর চৎলগা থুলং ঈশৈ শকপগী খোঙ্গেল তারকই—"শাবী ইবেম্মা খংলেদ ইমান মচা পাম্মুবী.........।" মসি মাংওইননা লাগুক চৎলিবা মণগাড়ী য়ালানা শক্লকপনি। কৃষ্ণদাস হুংশা খরা চনিং তানা হোল্লে। মণগাড়ীগী মতুং ইন্দুনা ঙাইহাক য়ারী শান্নুনা চৎলে। লম্বীদা থুদোং থীবা চীঙ্গোল অমা লৈ মহু কাওবদি মখোয়গা য়ারী শান্নুনা অস্নুম চৎকে খল্লে। ওই য়েংতা নবুক ঙাক্তা পাক চাওনা শল্লোকখ্রে। কৌজেং-হারৌ অমম্সুং হুঙাইনা তত্তনা থোংলি। অয়াপ্পা লৌবুক লমহাঙ্গা লাম্মে থানবী থোক্লি।

অঙকপা চীঙ্গোল লাম্বোকলে। অস্নুম্না থোঙনা চৎলবদি নোংয়াই কালদা য়ুমদা থুঙ্গনি। গাড়ীয়ালাশিং বিদায় তৌনরক্লগা সাইকল থৌগৎলক্লে। লম্বীগী মাক য়েংতা হৌরিবা চীঙ্গোংলৈ কেক্তা পাম্বী পূম্নমক ঙসিদি অমলাই ঙাক্তা ওইখ্রে। য়াম্না লাম্না মৈঙাল মচা অমা উরে। থক্লি—লোইত্রে লাম্মে থানবীনি। অমম্বা অসিদা মচিন্দা লাই লোক্লি। লোক্লা শোয়া মৈঙাল অহু নকশিল্লক্লে। য়াম্না বকশিল্লরুবদা শরোক ময়াম্গী পাক্তা ইন চিংখী

ওইরম্লে। মতু উবদা কিবা হেক কৈ অতুগা লোইননা লাই শোন্নবসু খংলেপ হেক লেপ্লি।

শ্যামানা ঙসিদি চাক ঙস্তা থোংদোক্লুনা মখোঙ-মথুৎ শেংনা হামদোকচরে, মমাই-মমিৎ শেংনা তাথোক্লহুনা চৌকীদা ফমখরে। মথুৎনা শমজেৎ পায়হুনা হাৎপা হৌরকই। ইখঙ-খঙহৌদনা ঈশৈ ঙংবা হৌরকই। মিংশেল অচৌবদা তারিবা শকফম মুন্না য়েংই। ইখঙ-খঙহৌদনা নোককেৎ তৌরকই। চহী তরামঙারোমগী ওইবা য়ুম্বানবগী পুম্নিদা মুমিং অসিগুম মুঙাইবা খক থোকখিদ্রিগুম খল্লকই। মনাকোংদা খোঞ্জেল অমা নিল্লকপগুম তৌই—"নংগী নপাম্তনা ঐনা সেবাগী থবক অসি তৌবা ঙম্লিবনি। শম হাৎপা লোইহুনা নাচোম অমা পুথোক্লুনা নাপদা থেৎলে। ঙসিদি নাদা লৈ য়াদ্রে, ঙকশমদা লিক শিদ্রে, খুত্তা খুদোপ শিদ্রে অতুবু মাগী মশক অসি ঙসিনা ইহেন হেন্না ফজরবোই নিংই। হকচাং কয়াৎ খুদিংমক মকা লান্না শাৎকাইরকই। বাসক শয্যাগী নায়িকা-গুম মুঙাইবা মঙ-লৈবাক অমগী মাইকৈদা তান্না য়েংলকই। খুদক অসিদা ফল্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ীনা অচীকপা পুম্বা থুগাইহুনা য়ৈরকই মাপল্লক হন্না গাং-গাং হায়না। খোঞ্জেল অসি তাবদা শ্বাই লাওই। পুক্লিংদা হৌরম্বা রাথলগী ইথক পুন্নমক পুম্মাঙ মাঙব্রে। ইপা পাখংলি থোং হাংদোক্লুনা থোরক্লগা খা-রাংগী অঙাংশিং কৌরকই—"থোইবা হে থোইবা! ঙাইহাক্তা লাওনে।" অরাংথংবা দারীদা লেপ্লুনা অমুক কৌই—"অমুজাও হে অমুজাও ঙহাক্ত লাও হায়মি। নথোয়গী ওঝাদো ইস্ফালদা হিদাক-লাংথক লৌরুনি চংখিবনি অতুবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্তি হায়মি।"

পাখঙ মচা অনিখক লাক্লে—"ইতৈমা মরাইনা লাকচনিদা। পুংবু কয়া তাপ্রবগে ?" অসুম্না হায়রকই।

"পুং মাপল তাথ্রে হায়মি মতম্নগা ফত্তবা অসিদা ঐদি সুংশা থিবনা লৈবা ঙমদ্রে কমদৌসিগে।"

থোইবনা হায—"ঐখোয়গী ওঝাগী গাড়ী মতাহ্নগা লমথাংদা শোয়দনা বেরা তৌরম্নগনি।"

অমুজাওনা খুম্মি—"সুমিৎ থেংথ্রে হায়হ্লনা সীনেমাককা য়েং-হ্লনা ইম্ফালদা সুঙাইনা লৈথোকলমগনি। হয়েং অয়ুক ওইনা লাক্লনি চাক চাথোক্তুনা তুমলুরো। কিরগা ঐখোয় লেকউ হায়ব্রা ?"

অসুম্না মহৈ-মহৈ খন্নরিঙৈদা পুং তরা তাসিনথ্রে। মতম থেংজিনখিবগা লোইননা চিংনবসু অসুম অসুম হেঞ্জিলক্লে। হায়রকই "অঙাংশা নখোয়বু অশ্বাইফাওদং চত্তুনা য়েংলুগেরা হায়মি। কনান খঙ্গনি লম্বী লমথাঙদা তাকু-তরাং করিগুম্বা থেংনবসু। সনাকাসু য়াওখিনে। সনা কায়বা য়াদহ্লনা হিদাক য়াওদনা করিগুম্বা হল্লক্লিব্রা য়ান্না চিংনরে হায়মি।"

থোইবগা অমুজাওগা সাইকল অমমম্ তোংলহ্লনা ওকপা থোক্লক্লে। মাইল মরি-মঙা থোরবা তুংদা কৃষ্ণদাস থেংনরে। সাইকলগী চেইন তৎথ্রে হায়হ্লনা অমম্বদা মখোঙনা ইন্দুনা চৎলম্মি।

অসুম্না থা থরা হোথ্রে। কালেলগী মৈশাগা লোয়ননা অনা-অয়েক পুম্নমকসু পুহ্লনা চৎথ্রে। পোইসুগী লৌরোক পান্থা লোইরহ্লনা লৌমীগী ফৌগে চোম্না হাপ্লে। খুঙ্গং পুম্নমক সুংঙাইরে, অহ্লবু খুঙ্গংগী মীয়াম-লুচিংবা অরা-অনা পুম্নমক্কা মাইয়োক্লরম্বা

লৈবাক্কী সেবাদা চোকথরবা মুপা অমদি মতম কুইনগী ওইনা বিধা তানা মুন্দূনা পুবিগ্রে।

ইম্ফালগী পাখঙ অতুনা হঞ্জিনগ্রগা মানা লৈরিবা য়ুম অতুগী অহল অতুদা হংই—"ইপল স্কুল অসিগী ময়াদা লৈরিবা ফুরা মচা অসিবু ... ... ।"

অহল অতুনা খুন্মি—"এঃ ইবুঙো চহী কুনলোমগী মমাংগী রানি। খুল অসিদা ডাক্তোর অমা লৈরম্মি। অঙকপনি মুপাতু ঙসি খুল অসিগী নহারোলনা মমিৎ-মমাই পাঙজরিবা মমিৎতা অক্ষর অমতং উতুনা পাবা-ইবা ঙমজরিবা অসি মাগী মপান্ননি। শারিবা ফুরাদো মাগী মং মথক্তনি।"

নহা অতুনা অমুক হায়রকই—"স্কুল অসিস্থ ময়াম্না মাগী মমিংদা কৎপরা?"

"হেঃ! কদাইদগী ময়াম্না কৎপনো। মিংদবু ময়াম্না কৎপা ছায়বনি। মাগী মরল ঙাক্তনি। কুম অমা লৈবাক চাক তাংঙে ইবুঙো। অছুদগী অনা-অয়েক অমুক তোরে, খুল পুম্নমক নাবগা য়েকপগা মানা ফৌ-চেংবু পীবনে অনাববু য়েংবনে ময়াম অসিনা নংথিবনা শেল ককা থাবা নত্তে। অতুদগী ময়াম করক্লবা কান্দা মাদি কোক হেক শিদোক্লেনে। অছুদগী পোইমুদদি তোলহৌবা শেন্দোন ময়ামদো লোইনা শিংলরে। মাগী মমাং শঙ্গোইদা ফৌনা চীংমুক হেক রাংনা পৈবা। পৈশানা মরোল অমা লুপা ময়েক ঙাক্তা চামগা য়াংখৈ। মতম অতুগী লুপা হায়বসি য়ামগ্রবা পৈশানি। ফৌ শংবাই অহমককা কংলিবনিদনা। হায় চাউবা ছিদাকসি অমুক্তা ওল্লোনহৈ।"

"মহুদগী করম তৌরবা ?" অসি হায়না পাখঙ অহুস্থ চুরুট মচৈ অমা চমখৎলি।

অহুদগী মাগী মুপী শ্যামাদো আঃ মুংশিদা হাকুমদা ঐগা বৃন্দাবনদা কেশীঘাটতা উম্নরম্মিনে। বেস ওন্দুনা বাস তৌহনা লৈরিবা। লাইকম ময়ামদো মানা কোইচিং চিংহনা দোরোশোল তৌহল্লকপা —আঃ কৈদা বৈষ্ণবীদো।" অসি হায়না অহল অহু মমিত্তা মপি ভারকই।

"ইপলগী ঙসাইগী ফোগা পৈশাগত্থদি করম তৌগ্রবা ?"

"কোদো কোবোৎ য়াংখৈরোম্লি। অহুগা লুপাহুগা কৌহুগা খুলগী ইস্কুল শাও হায়না মাগী মুপীনা ময়ামদা কৎথোকলে। অহুনা ময়াম্না ডাক্তোরগী মমিং থোন্দুনা শং অসি শান্নিবনি। মমিংদো কৃষ্ণদাস মেমেরিয়েল ইস্কুল হায়রা করি হায়রে হায়ববু থোক্তেদা।"

পাখঙ অহুনা হায়রকই—"মেমোরিয়েল হায়বা।"

"হোই হোই—মোমোরিয়ো।" ইবুঙো ডাক্তোরগী জাৎসি মাগুম্বা য়াওদেদা কম্পোন্দর পাসনি হায়য়ে। নখোয়গী হৌজিকী ডাক্তোর ঙকচাও থেকপা শিংসে চাওনা চাওথোক্লিবা। হৈনা হৈত্রিবা ঐখোয়গী কৃষ্ণো বাবুহুগী মতুনাম ফংদে।"

পাখঙ অহুনা মথন্ত খল্লকই— দীপাবলীগী মৈরি অসিদি ঙসি নোংমা ভাল্লগা চহি-চুপ্পা মমহুনা লৈগনি। খুঙ্গা ময়াম অসিগী থম্মোইদা ভাল্লিবা নিংশিং মৈরি অসিদি করিগুম্বদম্ মুৎলরোই।

---

# রাজোগী ফুরীৎ

রাজো ! রাজো ! নংদি নফিককা শেৎত্রিবোইরে। হেয়া ফুঙাইখিদ্রে, ঙরাং ঙন্তা চৎসি হায়নরগা।” তোম্বানা হরাও হরাওনা রাহৈ থরা অসি হায়রকই। রাজো, মশাগী মমিংদি রাজমণি কৌই অছুবু খাইনদি রাজো হায়না কৌনৈ। মাদি মরু লুকথহুনা কপ্লি। মাগী মরুপ্পা হায়রিবা রা অছুগী পাওথুম অমত্ত পীরমদে। তোম্বনা মনাক য়াম্মা নক্কা চংশিল্লগা অমুকস্তু হায়রকই “কৈদৌরবগে চৎসেমি হায়মা ইরুস্তু লুজত্রিমাল্লে। সে থেংত্রে। ইস লমজাওসে মীনা পিক থনত্রে হায়। মীদিনে পি পি খোংবীনা লৈনরিবা, বোল অকাম্বী, লাইথী, হঞ্জিলাই ইস ! ঐদি পিস্তোল মচা লৈগনিদো নংগীদি লৈরোইদ্রা ?”

“তোম্বা ঐদি ঙসি লাই থুরুম্বা চৎলরোইবু।” অস্প্রা রাজোনা য়াম্মা আশা কায়না থুম্মি।

“কৈদৌরগে চৎলুসিদা নংদি হাকুমস্তু চত্তে। নথোয়গী ইমানা চৈরব্রাও। পৈসা লৈত্রবস্তু ঐগী য়াম্মা য়াওরিএ অসিনা হেক্তা চামিন্নসি। তু পৈসা অনি চৎপীসিনা লাইদ কৎসি মথাই অমনা লাই লৌনি, অছুগা পিস্তোল মচাস্ত। এ খেচ্রীগা কাঙভোগা চামিন্নসি। ইথাম্মি চামিন্নসে অছুগা য়েংঙোই পিস্তোলছু অমুক অমুক কাপমিন্নসি।” অসি হায়রহুনা ফুরীৎথাওদগী পৈসা পুথোক্লুনা উৎলকই।

"তোম্বা নং শাওরম্ভু ঐ চৎলরোই। মমাংগী ভাগোপাল-খোয়গা চৎমিন্নরুরো। হয়েং খোয়ানী জম্ম হুমিত্তা চৎমিন্নরসি।"

তোম্বনা চৎসি হায়না ভক্তি, রাজোনা চৎলরোই হায়না খুন্নি। অদুগা ওইবশিংনা অসিগুম্বা হন্নাও কুম্মৈগী হুমিৎ অসিবু কয়াদা খোয়াংনা ওাইজবা। থা কয়া রাংলিডৈদগী কুম্মৈগী হুওাইবা আশা তৌজৈ। অদুগা মশেল অমগা অমগা ন্নারী তৌবজৈ কৃষ্ণজন্ম খোয়াণীজন্ম, য়াওশং কাং। য়াওশংগী নাকথেংবা ওঃ কাংগী খেচ্রী। মখোয়না খল্লি অমুক হুওাইবা কুম্মৈশিং অসি করিগী য়ান্না তোয়না লাক্তিব্রবো। কন্নিগীদমক হুমিৎ খুদিংগী য়াওশং ওইত্রিবরো। ওসি কৃষ্ণজন্ম হুমিৎনি অওাং, লৈশাবী, পাখঙ পুন্নমন্না খোয়াংনা ওাইজবনি। রাজোগীসু খোয়াংনা ওাইজবা কৃষ্ণজন্ম ওসি লাক্লে। হাকুমগী কৃষ্ণজন্মদা মানা পাম্বকা লাই অমত্তং লৈজগে তোবদা পৈসা সুদন্না লৈবা ওম্বথিদে। নোংমৈ মরৈরগে হায়না চহি চুপ্পা অসি ওাইরকপনি। অদুবু লাই থুনম্বা চৎপদা শেংনবা রাজোগী মফি লৈজদে। মাগী হায়ববু মৌত্তিগী লাইরিক ভম্বা চৎপদা শেংনবা খোংগ্রাও শেগাইনা অমগা ফুরীৎ শেগায়বা অমগা লৈ। ফুরীৎ অসি মমানা চাকুম য়াওশংদা লৈবিবনি। তুম্নিং খুদিংগী স্কুল কাবদা সিংনৈ। থবাকী কুদাম পুন্নক অমত্ত য়াওরে। ফুরীৎশাও অনিমক হোরে। মুক্তসু মপাক মপাক চুরে।

তোম্বনা তোয়না ভকশিন্নক্রবদা হায়দোক্কবা রাজকুমা খুনকই— "তোম্বা ঐগী কি শেংমিওাই লৈত্রে অছনসি ঐ গুনি চৎলরোই।"

"হেয়া মংগী অমুক ইস্কুল কাবদা শেংশহুবিবা?"

"অহুদি শেস্নু য়াম্না শেগায়রে অহুগা মোৎপনস্নু লোইরে।"

"অহৈবুদি হৌজিক হেক্তা শূসি। শাপোল কৈনত্রনে ঐ ভাইগে। শূবা লোইরগা কুঙ্গাদা মৈ থাগৎলগা কোৌসি মনাই কংজনি।"

তোম্বনা হায়বা মতুং ইন্না রাজোনা শাপোল মচেৎ অমা পুথোক্লক্ত্তুনা ফুরীৎ শূবা হৌরক্লে। খোঙ্গ্‌ওদি থরস্নু ভোরি কংবস্নু রাগনি হায়ন্থনা শূব্রে। তোম্বনা উথোংতেম্দা ভাইন্থনা ফম্লহনা ভাইরি। উচিন নাচিন্না শূবা লোইরন্থনা কংইন্নবা বৃদ্ধি তোনরক্লে। অস্নুম তোনা তোনা মথোয় অনিগী পুক্লিংদি মহাবলী য়ৌথ্রে। য়োং লকহনা শান্নথ্রে।

রাজোগী মমা লুথ্রাবীনা চাক থোংনবা লকু-চনাম মপুল অমা থমজরম্মি। মহ মৈ থাদোক্তুনা কুরীৎ কৌবা হৌরক্লে। লফু চনামগী ভাঙ্গোইনা ফুরীৎ অহ হান্নদগী থর হেন্না মোৎশিনখ্রে। মমৈথংদা থর-থর কংলকপা অহুরাইদা মৈনা ভংথায় অমা চাক-থোকখ্রে। ওঙ্গোকপনি ভুঃশিহৈত্রবা মৈ নংনা ভুসি রাজোগী কুম্বী কাপেল নাইদনা থাদোকচত্রবা শেগাইরবা ফুরীৎ অসি মুনবিরে।

রাজো হৌজিক কপ্পা হৌরক্লে। কুম্মে য়েংনিংবগী রাথলদি লাইরন্থনা মমানা কুরগনি, চৈরগনি হায়বগী রাথলনা অমুক হেন্না রাইক্লে। কি মৈ চাকপা কনবদা ঈশিং পুল অমস্নু থুগাইরে। রাজোগী শেগায়রবা মুম অসি লফু চনামগী ভাঙ্গোইনে, কুরাং মৈ চাকপগী ভাঙ্গোইনে, ঈশিং পুল অমা মৈদা হৈজিনবনে পুন্নমক অসিনা পুন্নচাই চাইথ্রে। য়েংবদা কুম্মে ওইখ্রে। তোম্বস্নু

আশা কাইরহুনা ভুমিন্না হৌগত্তুনা চৎখ্রে। মানা চৎনা চৎনা থল্লি ঙসিদি রাজোবু মমানা শোয়দনা ফুবিরগনি। পুন্নমক অসি মাগী খুজিন থৌরাংদগীনি থল্লুবদা তোম্বগী অঙাং ওইবগী শম্মোই শোকখ্রে। থুনা য়াংনা চৎখিহুনা মহাবলী য়ৌখ্রে।

রাজো ঙাইহাক কপত্তুনা লৈরে, অহুবু মমানা চৈরগনি খনবদা মহাক কপ্পা চংখিদ্রে। তফিং তফিংনা হৌগৎলগা চাইরিবা ময়াম অহু ভাশিন খোমজিনবা হৌরক্লে। থবক লোইরগা মাঙ্গোল্দা ভুমিন্না কমহুনা লৈখ্রে। লৈকাই অহু অঙাং অমত্ত লৈত্রে। পুন্নমক মহাবলী য়ৌখ্রে। রাজোনা খল্লকই—লৈকাইগী মমান্নবা পুন্নমক মহাবলীদা লৈরমগনি মখোয় পুন্নমক য়োং লক্করমগনি, শেকপী য়েংলমগনি। মমৈথংদা মথং-মথং নিংশিংলকই—মথল মথা অয়াম্বা শান্নপোৎ, বিলাটি বোল, হজিলাই, চানা শাবা মথল মথলগী লাইশিং।

মথন্নত্তা কন্নম্বদগী মমা লাকপ্র য়েংগে হায়না খোঙ্গাল্দা খোরক্লে। খোঙ্গাল্দগী শোয়েংক য়ৌখ্রে। মশম-মনা ইকা কাই, মনাই মমিং ইপোম পোম্মি। লমজাওদা অঙাং শজু-শজু চৎলি। কয়ানা কাখৎনরক্লি, কয়া অমনা কুমথনরক্লি। কনাগী বোল অকাম্বী কায়খ্রে; কনাগী লাই মখোঙ তৎলে। অঙাং খন্না মরৈ য়েংনহুনা লাকই, অমনা হায়—"য়োংনাও মচাদি মমাগী মনজল্দা কোল্লি।" অমনা খুন্নকই—"মমাগী মবুক্তা কোল্লি।" খন্না চাওবা অঙাং অমনা হায়রকই—"য়োং অমুবা লৈ।" অগীকপা অমনা খুম্মি—"লৈত্তে কৈস্থ।" অচৌবা অঙাং অহুনা অমুক হায়রকই—"নংনা খঙব্রা বিনাবোনগী য়োংদি মুই হায়নে ঐখোই

ইবোরা কৈসু।" বৃন্দাবনগী রা পল্লকপা অত্থদা অপিকপা অঙাং অত্থ মাইথিরে মতাগুম তুমিন্না লৈরে।

ঙাইহাক লৈরগা অঙাং সঙ্গু অমা অমুক মরৈ য়েংনা য়েংনম্না লাকই। মথোয়গী মরক্তগী অমনা হায়রকই—

"শেকপীদি সুংথিল মমিং উদে।"

অমনা খুম্মি—"মকুসু উদে'ছুদি খঙবা।"

অমনা অমুক হায়রকই—"শেকপীদি বোরোই চায়।"

অপিকপা অঙাং অমদা খুম্নকই—"ঐখোয়গী সুমাংদা হোবা পুংদোলসু চায় খঙব্রা। অত্থগা ঐখোয়গী লফুদা য়ানবা লকোইসু চায়।"

চাউতক ত্তোবা অঙাং অমনা হায়রকই—"শেকপীদি মা য়াম্না লৈনে খঙব্রা?"

ইপঙ পঙবা অঙাং অমনা হায়রকই—"মাদি ঐখোয়গী কমুংদা লৈ।"

মরোল মরোল হোরকপা ইখক্তী মতোগুম অঙাং সঙ্গু কক্লা কয়া চংখ্রে। পূম্নমক রাজোনা তুমিন্না য়েংহনা লেপ্লি। ঙাইহাক লৈরগা মরৈকাইগী মমাম্নবা ময়াম লাক্লে। রাজো উবদা মান্না মানা লৈরকপা পোং উৎকদগী হোৎচিন্নরকই।

গোপাললনা মাগী লাই উৎলহনা হায়রকই—"তা লাচো ঐকী লাইছী কজদা পৈছা মলি পী।"

দেবেননা অমুক হায়রকই—"ঐসীদি অনা পীবনি। ঐসীনা য়েক্লা কক্তকো রাজো।"

অত্থানবগী অঙাং অত্থ মাইথিরে মতাগুম তুমিন্না লৈরে।

তৌলেননা হাইরকই—“রাজো ঐগীদি পীষ্টোলসি য়েংউ। মখায় অমা পীবনি।” অসি হায়তুনা মাগী পিস্তোলতু দং লাওনা কাপ্লকই। রাজোনু অঙাং পুম্নমকসু খংপ্রেক হেক খংই। রাজোনা মখোয় ময়াম্না হায়রিবা অতু য়েংবদনক য়েংই। থোইদোকপা পাওখুম পীদে। অঙাং পুম্নমক মাগী মাগী ময়ুম তাম্না চৎনখ্রে। পুম্নমক অসি রাজোগী থম্মোইগী অচাকপা মৈরিদা থী হৈবগুম থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মমাসু কৈথেল কুম্লক্লে।

রাজোগী মমা লুপ্রাবী, য়াম্না নংনা হিংজবা পুন্সীনি। পীক্লবা শেংগাইরবা য়ুম অতুদা মমা মচাদা লৈ। নোংমগী কৈথেল্দা মনা মশিংগী লুকমাই পান্দুনা মতুংগী ফংজরকপা শেল থরনা মমা-মচাগী মপুক থাকই। রাজোগী মমানা য়ুম য়ৌরকপা মতমদদি ইমুং অতু কাং-খোং চাইরম্লে। চাক থোংনবা লকু-চনাম মপুল অমা থমজরম্মি, অতুসু লৈরমখ্রে। ঈশিং পুলসু খুগাইবীরম্লে। ফুঙ্গাগী উৎ-রাইনে, ঈশিং পুল অমা হৈদোকপনে, রাজোনা মমানা চৈরগনি থন্দুনা ফনা শেমজিন-শাজিন্নমই অতুবু মৈ থাদোকখ্রবা শিং অমসুং কায়খ্রবা পুলদি অমুক হন্না কৈউ থীবা নত্তে। মমানা চৈনবগী মরমদি ইচাও-চাওনা অতুম মরৈরে। শাওবনা মৈ হৌরতুনা লাওরকই—“রাজো! রাজো! হো রাজমণি চাক থোংনবা শীং মপুল অমা থনম্বতু কদাইদা চৎখ্রে। ঈশিং পুল্লা করি তৌবদা কায়রিবা?”

রাজো পাওখুম অমত্তা পীবা ঙম্মনা ছুম্মিন্না লেপতুনা লৈখ্রে। মথা তাবদা মমানা করি তৌরক্কদগে থনবগা কিবনা থক-থক নিকখ্রে। শাওবনা মৈ হৌরবা রাজোবানা ঙাংবা মথৈ ঙাংলম্লগা

চৈ পায়তুনা হোৎচিল্লক্লে অমসুং মচাবু ফুবা হৌরক্লে। পাখৈ লৈত্রবা রাজো য়েনখাদা খোক্তুনা কপতুনা লৈপ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মচাগী ভংথায় অমা মৈ চাকথোকপ্রবা ফুরীৎ অদু থেংনরুরে। মহু উবদা হান্না শাওরব্বগী মথক্তু শরুক চামা হেন্না শাওগৎলক্লে হায়রকই—

"ফুরীৎ অসিনা করি তৌবদা থারিবা মৈনো?" অসি হায়তুনা চৈ পায়তুনা অমুক হোৎচিল্লক্লে। হন্দক্তি রাজো তুমিন্না লৈথোকপা য়ারোইদৌরে। মানা পাওথুম পীদ্রিবা মখৈ মমানা ফুগদৌরি। কপ্না কপ্না হায়রকই—

"মীনা ঙরাংনা ফুরীৎ লৈবীয়ু লাই থুরুম্বা চৎচগে হায়রগা ..............।"

"অদুবু লৈবা ঙমহৌদ্রে হায়দনবু অমনববু মৈ থাদোকপা হৌনবরনে? হা-নহৈ নয়াদা হুক্লিংঙাই চেং ফাওবা লৈত্রিবদা। অদুক পীক্লিবা নংনা ফুরীৎ ফাওবা মৈ থারবদি থরগা চাওরবদি যুম ফাওবা মৈ থাবা ঙমগদৌরি।"

"তোম্বগা ঐগা ফুরীৎ শুরগা মৈদা ফৌবদা চাকথোকপ্রগা। মীনা লাই থুরুম্বা চৎচগে তৌরগা।"

খঙহৌদনা রাজোমাগী মথুক্তুগী চৈ নাম্বতুনা ভাথ্রে। মতম কুনা কুঙরে মচানা ফুরীৎ লৈবীয়ু ফুরীৎ শেগায়রে হায়রক্লিবা। অদুবু পুঙ থম্নবগী লানকমদা মাইথিবা কংলবী রাজোমানা মচাগী বা অত্ত পোইনা পুক্লিং চংলুবা ঙমদে। মচাগী রাহৈ থরসি ভারগা থংনিঃ নিংশিংলকই, ঙরাং মচানা হায়হৌই—ফুরীৎ শেগাইবা থোৎপীয়. কুদাম পানশিনবীয়ু. অদুগা লাই থুরুম্বা চৎননবা

ভুম্ব ওদোরুপীয়ু। অছুবু নোংমগী কৈথেল ওহাক কাহুনা অন্না-মা শিক্কি-মা তুক ফংনবা হোংনবা সিনা মচাপী ফুরীৎতি লাইরক্কুনা চন্না অনি কাওবা সুনা চাবা ফংদে।

মরাম লৈত্রবা অমসুং মরাইরক থীরবা মচাবু হুরুবা মথুৎ অসিমক ওম্বোক্না পাপ চেল্লি থনবা হোরক্লে। থঙহোৎনা পন নিংথায়ত্তনা চেম্বরকপা ঈশিং ঈচেলগুম মমিদগী পি চেম্বরক্লে।

মথংগী হুমিত্তা মমাম্নবা অঙাং ময়াম পরেং পরেং ওইনা লাইরিক তম্বা থোক্করক্লে। রাজোনা উথোঙতেন্দা ঙারদুনা লদ্রেন্দা চৎলিবা অঙাংশিংবু তিঙক-তিঙক য়েংহুনা লৈরি। থম্নকুই—"ঐগী শেগাইরবা ফুরীৎ অছু মৈনা চাক্রমত্রবদি ঐন্মু ইস্কুল কাগদবনিকো

---

# চাচা মহেশকী উইদল ।

মী থুদিংমক মাগী মাগী হৈনবা লম্বী অমমদি ইবৈ মৈরৈনৈ । লম্বী অদু অকপা ওইবা য়াই নত্রগা ফত্তবা । কনানা উ শুধদা য়ায়া হৈবৈ, হৈনবশিংগী মরূকতা কা হেন্না হৈনবা ঘপোকী ওইনা ফস্নবা য়াওই । মথোয় অহুনি অকাওবা ওইরিবা । পাস তোরবা ডাক্তর কয়া কয়া লৈ । অদুবু য়ায়া কাওবদি চাঘদা অমত্তনি । মহেশ প্রসাদ শম ককপদা কাওরবা হাজ্রাঘনি । মাগী কাত্তিনা শন্না অমত্তং চপত্রবা মী থুদিংমক মাগী মনাক্তা হন্না হন্না লাকনিংই । মহেশমা করম্বা কোকতাদা করথা শমকক ককলগা কজ্জপজি হায়বসি য়াম্মা মুন্না থঙই । লাকইবা মীগী শমহাৎ হায়কেং উবদা মানা লামজিবা শমঙং হৎবগী দরকার থক লৈতে । ময়াম অপিজা মী পুরমকনা মাবুদা ত্তাইম্ন । মাগী শেজুন্দা মী মন্ত্রি দৈ । অদুবু লাকজিমা অয়াবদি মহাক্তবু তাময়কপনি, ফংনদবদগী অতৈদা ককনথিবনি । কনাগুম্বা শমদা কেঘা লামজবা মী থরদি পু- থামা অবি চাইরপা ডাওবা ঘাবু ককহল্লি । শম ককপা হৈবগী মতম্তা য়াম্না চাইহাক কোকতা ময়া, শকশম মমী হায়কেং পাইবা পুরক জসি কাওকপনি । মাগী মথুংতা মাহ মাওব্রা হায়না চিংথেঙ্গাইদি ।

মহেশকী শেলুন মমাংদা জীপ অমা থারে। মসিদা তোংলিবসি মোহন এসঃ ডিঃ সিংনি হৌখিবা চহি মরিরোমদগী মাগীদা শম ককলৈ। অহানবদদি সাইকলনা লাকলম্মী। কুমশি চহিদদি জীপ তোংহনা লাকই, ওসিদি নাকন্দা চহি মঙা তরুক-লোমগী য়াম্না হুংশিরবা হুপা মচা অমা ফমলকই। মোহনগী শম অসি ফজবদা মশীং চম্লি। শমগী খোইবা মখোই, পোংবা মপোং পুম্নমক অসি থৌওইনা শেম্বদৌনা তৌই। মোহননা থবক চখোকলমদাই থুদিংদা শম হাৎপদা মিনিট ১৫ রোমদি চঙলমগনি। মিংশেল অচৌবা অমগী মমাঙদা মথুৎ য়েৎনা শমজেৎ পাম্ন, ওইনা শমদা নমই, অমদা থম্না মুকখৎলি নাকল অমদা থর নমথৈ, নাকল অমদা পোমেন্ত থম্না নানশিন্নী, অমরোমদা অমুক খোকৎলি। নোংমদা শমজেৎ কয়ারক হাৎপগে হায়বসি মশিং থাবা ঙমদে। মোহনগী মশম অসি মীনা ফজৈ হায়নবদমক খঙনৈ। মসিবু শেম শাবদা কয়া য়াম্না ৱাবগে হায়বদি খঙনদে। মোহনগী অথম্নবা শমজেৎ, অথম্নবা থাউ, অথম্নবা পোমেন্ত অমসুং অচৌবা শকয়েং মিংশেল। য়াহৌবগা ফমুংদগী ফন চোংথরকপদা শমজেৎ মিংশেল হাম্না উনৈ। মহু নত্রিঙৈদা কনাগুম্বা মীনা উখিবা য়াওরবদি অঙকপা পোক্নি। উচেক রায়ানা উরবদি মহুম শাগে পাইশিল্লকপসু য়াই।

শম ককপদা হৈরবা, মী উশিত্রবা নহারোল কয়া মোহনগী শমদা থুখিত্রবনি। শম অসি ককপনি হায়রুনা পাক হেক চপলুবা য়াদে। খজিকতং হেনজিনখিনদা মী অহু হুমাং কাংদনিঙাই লৈতে। মরম অসিননি মোহননা মহেশ প্রসাদপু অঙক পামলুরিবা।

ওসিদি মহেশ প্রসাদতু শম ককপদা পঙশোয়দা শোয়রে। মরকতা জ্বান মাঙবগুম চপ-চপ লেপতুনা লৈবফাও য়াওখ্রে। মথুৎনা শম ককলি, মমিৎনা জীপতা ফমলিবা অঙাং অতুদা। অঙাং অতুগী মুংশিরবা শকফম অতুনা মহাক পুমগুম শুমহৎখ্রে। শম ককপদা মীগী মশম ফোঙ্গরে, কাত্তি-মভোন্না ওকশমদা খোৎলে। চৌকিদা ফমলিবা মুপা অতুনা নারতুনা হায়রকই—"আজ ক্যা হো গয়া হৈ?" মহেশ প্রসাদনা য়াম্না ইকাই হঙ্গোয়না খুম্মি—মাফ কীজিয়ে, আজ তবীয়ত ঠীক নহীঁ হৈ।" অসুম হায়না কাবক কাবক ককলগা লোইশিনখ্রে। মহাক শমজেৎ কাত্তি থাদোকতুনা মথুৎ মশা হামখ্রে। চৌকিদা ফমতুনা হংলকই—"বাবুজী য়হী আপকা লড়কা হৈ ন?" মোহন—হাঁ মেরা লড়কা হৈ।"

মহেশ প্রসাদ ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই—"কিতনা অচ্ছা হৈ, কিতনা ভোলা ভালা, বাহ, বাবুজী! আপ কিতনা ভাগ্যবান হৈ।" মোহননা মাগী মচাবু মুংশিনা শোনবতুদা হায়াওরতুনা হায়রকই—"তবীয়ত ক্যা হো গয়ী? অচ্ছা এক সিগরেট তো লো।" অসুম্না চুরুট অমা পীথকলে, মাসু অমা চমলে। ওসিদি মহেশনা মোহনগী শম ককখ্রে। মাগী মী অমদা শিন্নরে। মী অতুদা খোইদৌ হেক শাওগৎহনব-মখৈ মানা তাকই। "অসোমদা তেলহল্লু, অশোমদা শাংহল্লু, মসিদা থজিক্কং মোন-থোকউ ................ ... ।" মানা কক্তে হায়বতু মঙাই তাকপদা মানা খোইনা য়াখ্রে। অয়েংবা মীদি কুম্মৈ ওইরে। মানা হংই—"বাবুজী ছোটা বাবু শম ককপা?" মোহন্না খুম্মি—"কক-দৌরিবনি হকচাং ওমলবদি থরা ককপিবুদনা ঐ য়াম্না থেঙখ্রে।"

মহেশ--"হাঁ হাঁ বাবুজী মৈ বনরাউঁগা ছোটা বাবুকা বাল আচ্ছী তরহ একদম ফার্ষ্ট ক্লাস। লাকও লাকও ইবুঙো শম ককপীগে।" অঙাং, মমিংনা মনোহর কৌই। জীপ্তগী কুমথনবা হোৎনরি। মহেশনা চণ্ডশিন্দুনা য়াম্না তপ্না থাংথবীরে। পুশিল্লকলগা মাগী চৌকিদা তপ্না থাক্লৎপীরে। মহেশ কাপ্তি পায়খৎলে, অহুবু শমদি ককত্রে। মথুৎ ওইনানা মনোহরগী তবা তবাবা তঙাং তঙাংবা শম অহু অশুম নাল্লহনা মমিৎনা মিংশেন্দা তারিবা মনোহরগী শকুম অহুদা য়েংহনা লৈরে। পুন্সিগী আশা, হরাউবা, মুঙাইবা পুম্নমক পুহনা চৎথ্রবা অঙাং অমগী শকতম খংনিং নিংশিংলকলে। মতম কুইনা মাঙথ্রবা মুতি অহনা অনৌবা শায়োন লৌহনা লাক্লবরা খনথ্রে। মফম অসিদা লাকপা চহি তরুক তরেৎ শুরে অহুবু ঙসিগীসিনা অঙাং মচাগী শম ককপা ফংবসি অহানবনি। য়াম্না রানা শম ককলে, মশম মনা হাৎতোকপীরে, মমায় মমিৎ নাম্থোকপীরে, য়েংবদা মহেশকী পেনজবা লোইরে। হাম্নগুম্না পমহনা, থাংলগা জীপকী ফমফমদা থম্মীরুরে। অঙাং অসিবু পমলুবদা খঙহৌদনা ইলেকত্রিকনা চিংবগুম শ্বাই লাউবা অমা ফাওই। মহাক হুমাং কাংই খল্লি, চহি খরগী মমাংদা পমখিবা অহরা!

মহেশকী সেলুনগা হেক থংনবদা পোৎচোই য়োনবা দুকান অমা লৈ মহুদগী বিস্কুইট পেকেট চাউরবা অমা লৌরুহনা মনোহরগী মথুৎতা পীরে। মোহননা শম ককপা লোইরবদা মচাগীদি শমককমল লৌ হায়বা য়াদ্রে। য়াম্না কুইনা তক্লরবদা মহেশনা ঙমহনা লৌহৌদ্রে। জীপ ষ্টার্ট তৌথ্রে, থোগে তৌরকপদা মনোহরনা

মপাদা "বাবা" হায়দুনা বিস্কুইট পোকেটতু উৎলি। গাড়ী ষ্টার্ট মুথৎতুনা অঙাংদা হংই—"কদায়দগীনো অছুদি ?" মনোহরনা মহেশ প্রসাদপোমদা থুদোনবী থিল্লি। মতম অসিদা মহেশ প্রসাদতি মচা ওইবগী মাইপোং থম্বালদগী শিন্থরকপ, মুংশি লৈহি চুপলদুনা মমিৎ থোইমু অনি কুপতনা লৈরম্মী। মপা মচা ঙাংনরিবা অদু উরদুনা মহেশ জীপ মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপখ্রে। মোহননা হায়—' আজ তুমনে ক্যা কিয়া ? মমল অশুক য়াম্বা পোৎ করিগী পীরিবনো মসিগী মমল লৌহৌ"। অসি হায়দুনা ফুরিৎ থাওদগী লুপা অনি পুথোরকতুনা পীরে।

মহেশনা য়াম্না ইকাই হঙোয়না থুমল্লকই—"নহী বাবুজী ছোটা বাবুকো মেরী ভেন্ট হৈ (ঐগী থুদোলনি) অসি হায়না হায়না মমিৎতা মপি তারকলে। বাবুজী মেরা ভী বচ্চা থা······ ছোটা বাবুগুম্বা মুংশিরবা অঙাং·········ও হ। ঙসি লৈত্রে লৈত্রে মমাগা অনি চৎখ্রে·········লৈত্রে লৈত্রে।"

মোহন—"কহা গয়ে ? কদাইদা চৎখ্রে আদ নরৈবাকতা লৈহৌবা নত্রনে ?"

মহেশ—"নত্তে বাবুজী মদু ওইরবদি করিগী ব্লারুনি, চৎখ্রে অথাপ্পদা আদ অতোপ্পা সংসার অমদা ·····চৎখ্রে লৈত্রে ·····।" মতু মচা কায়নবনা থম্মোই কায়রবা মুপা অমনি হায়বা মোহননা ভাব তারে। খল্লি ঐগী ইচাদা পীজবা অসিনা মচাগী ময়াদা তাবগুম থল্লম্বা তাই। হায়রকই—"ফরে অছুদি ঐথোয় চৎলগে।" গাড়ী ষ্টার্ট তৌরে। মহেশনা মথুৎ লোল্লদুনা নমস্তে তৌই। "বাবুজী ছোটা বাবুসু বরাবর প্রবীরকউ············য়াম্না মুংশি·········

য়াম্না হুংশি। ছোটা বাবুগী নাম করি কৌবীবা ? মহেশকী মতৌ অসি উবদা মোহন পুক্লিং পেৎখ্রে। হায়রকই—উসকা নাম মনোহর হৈ। মনোহর চাচাজী নমস্তে অমুকতা হায়য়ুদনা।" মনোহরনা পীক্লবা তুমলবা খুৎ চাশিং অদু ভিংথোকতুনা লোম্নরগা য়ামাংগী য়া অনি তেকখিবা অদুদা শোর ইচৎ চৎলছুনা হায়রকই—"চাচাইজী নমতে।" বাহ মহেশকী পেঞ্জবা লোইখ্রে। খুমলকই—"হা ছোটা বাবু নমস্তে।" মোহনগী গাড়ী থোখ্রে। মহেশনা হেক উরিবমখৈ লেপ্তুনা য়েংহৌই। উদ্রবদা "হায় রাম" হায়রগা চৎলকতুনা মখুৎ মশা হামখ্রে। শম কক্কদবা মীদি য়াম্না ভাইরি। অদুবু মশা ভমদ্রে হায়রমলগা মহাক ময়ুমদা হনখ্রে। মহাক ময়ুম য়ৌরগা মাগী স্যুট কেশ মহুংদা চেকশিন্না থমজরবা মচাগী ফোটো অদু লৌথোকতুনা য়েংলে, য়াম্না কুইনা কপলে।

(৩) মহেশ প্রসাদ বিহারগী অপিকপা লরাই অমদগীনি। চহি থরগী মমাংদা মাগী মুপী অমসুং মচা মুপা অনিমক লাই থোকতুনা নাবদগী শিখি। মথোয় অনি লৈত্রবতুংদা মাগী পুন্সিগী তুংনফম পোৎথাফম অমতা লৈখিদ্রে। মাগী নকনবা মরি মতাম্ন থোইনা পঙলৈ লৈতে। অরাবা পোৎলুম অদু খরদং য়াংবরা য়েংগে হায়ছুনা মুম থাদোকতুনা চৎপা হৌরকই। হাজামগী থবক তৌনা তৌনা তীর্থ মফম কয়া কোয়রুরে। প্রদেশ কয়া লান্দুনা ভারতকী নোংপোক ভমখৈ মণিপুর অসি য়ৌরকলে। অমুক কুইবসি থর থর অরা পোথাজবনি, অদুবু ভসি মনোহর উরুবদগী মহাক্কী নিংশিং বগী মৈরি অদুনা থমোই কায়না চাকপা হৌরক্লে।

মোহননা মন্নম হেক য়োঁরকপগা মাগী মুপী শান্তিদা তমই। শান্তি, থাঙ্গেশেংবা মিংদি শান্তিকুমারী কৌবনি। মপুরোইবনা তম্বা পাউ অসি হন্না হন্না নিংশিংই, ভত্তনা থল্লি। মচা অমসুং মুপী অনি পুন্নপ কায়নরবা মুপা, ওহ! মহাক অদু শোয়দনা ঙাওরমগনি। মচা কায়নরবী মমা, মপুরোইবা কায়নরবী········। পুন্নমক অসি থল্লুরগা মথনতা মুরুম মুরুম শোল্লি. শোম্বাংননা হায়রকই—"ইস! কৃষ্ণ—কৃষ্ণ! হে ঈশ্বর তসিগুম্বা অন্নাবসে ননাই ঐঙোন্দা থোকহনবীগনু।" মপুগী তাইবং লীলা ফনপাকথকতা জীব পুন্নমক লীলা কুমল্লি। মানা মানা হৈনবা পাট লৌরি। কনানা অচৌবা শাই, কনানা অতোনবা শাই, অদুবু মরুদি অমত্তনি। কনানো অপিকপা কনানো অচৌবা। মফম মতমগী মতুং ইন্না মাগী মাগী পাট লৌনবতনি। মুংশিবগী ঈচেলনা খেন্নবগী পল লাইনা নমথেকপা ঙম্মী। মোহননা অচৌবা ওফিসারনি, মহেশনা শম ককপা হাজামনি। মরোলসু তিন্নদে অদুবু তোঙান তোঙানবা চাংজো অনি অসিগী মরক্তা থেংথু ঙাথুত্না চেনবা মুংশি ইচেলগুম তপ্পা পুন্সি ঈচেল চেল্লি মনোহরগী মহেশ মচা কায়নবনা ঙাওরবা মীনি। মোহননা মচা ফংজবদা মুঙাইরবা মচাবু মী ওইননবা শেম্বগী আশাগী দলাল শান্নিবা মীনি। পুন্নমক অসি মনোহর করিসু থঙদে। মানা মহেশকী মরমদা থঙবা হায়ববু মরক মরক্তা শম ককপা চংল্লি মহুদা অহাউ অহাউবা পোৎ পিজরকই, মরম অসিনা থা অমগী অহানবা নোংমাইজিং মুমিত্তা চাচা মহেশকীদা শম ককপা চংকনি, চাচানা অথুম অহাউ পিরক্কনি অসিতনি। মানা অসিমসু থঙই, মহাক

অসি চাচা মহেশকী শিগ্রবা মচাগা শকতা মায়ৈ মরম অসিনা চাচানা মাবু লুনা তৌই ।

মহেশনা মণিপুরদা কংদবা অহাউ অহাউবা মপানগী পোৎ মনোহরদা পীনবা হোৎনৈ। মাগী শেলুন্দা মী অনৌ অনৌবা য়াম্না লাকই । মখোয়না মপান্দগী হৈনৌ, লিচু, শেম অসিনচিংবা পুরকই। মহুপুম্বা মানা অমতা চাদনা থাকুনা থম্মি। করিগুম্বা হৈ-রাদি পত্তুনা মাঙবনা কোংগায়নি। তুমিৎ চুপ্পা খন্দুনতা লৈবনা মাগী রাখলদা মনোহর অমসুং মাগী শিগ্রবা মচা রামপ্রসাদ অমতা ওইনা উশিল্লকলে। খল্লি—"মনোহরসে ঐগী রামপ্রসাদকী অনৌবা মপোক ওইবা তাই । নত্রবদবু করিগী অশুক মান্নগদগে, করিগী অসুক সুংশিগদগে, ইচাগী মৈনা ঙাওরবা ঐনা অশুক লাপ্পা লমদা করিগী লাকদগে ? নোংমদি মাগী মঙদা শিগ্রবা মচা রাম প্রসাদতু মোহন বাবুগী জীপ্তা তোংতুনা চৎপা উরে। মানা কৌহুনা কনা তাম্নৈ, অহুবু জীপ অহু য়াম্না লাপনা থোক্রে। অহুদগী মিকপসু থোকলে। মচাগী মৈনা ঙাওরবা কুপা অসিনা খল্লি— শোয়দ্রে, মনোহরসি ঐগী রামনি, ঐগী রামনি, রাম-মনোহর... ............ ।

মহেশকী রাখল অসি মথন্তা অঙাওবনি, অরানবনি থনজৈ। ঐ অসি ইচা কান্নবনা ঙাওরবা হায়বতু ওইরমাগ্রে। ঐগুম্বা হাজামনা অচৌ অশাং মচা অমবু লুমা তৌরুবদা মখোয়না করিবু কনা থল্লমগবনো । ঐ কাউথোকলগে, পুন্নমক অরেম্বনি ; রামসু অরেম্বনি ; মনোহরসু কান্নদবনি। অসুম থয়া মহাক শম কক্লি। খুদক অসিমকতদা জীপকী মথোল হেক তায়রকই। য়েংথোকথিবদা

মোহনগী ওইরম্মী। ঙসি মনোহর য়াওরকতে ; খ্বাই হেক লাউই ; নাবু নাবরা। হংলকই—“বাবুজী নমস্তে, আজ মানোহর সাথ নহী লায়ে” মোহননা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই— “নমস্তে চাচাজী, মনোহর বীমার পড় গয়া।” মহেশনা ইপা পাখংনা হায়রকই—“অরে বীমার পড় গয়া। মকোক চিকপ্রা, মপুক নাবরা, মখোঙ হামবরা ?” অসিনচিংবা কয়া হংলবা তুংদা হিদাক তাকপা হৌরক্লে এক্সপ্রো, এনাসিনদগী হৌরত্তুনা আয়ুর্বেদগী হিদাক কাওবা লোইবা মথৈ হায়রে। মমৈথংদা ছোটা বাবুগী মশম শাংব্রা হায়না কাও হংলে। মাগী মতৌ অতু উবদা মোহনতু নোকস্থু নোকনিংলে, মুংশু-মুংশি। অতুম্না অনাবগী হিদাক তাকলিঙৈদা মানা কোই কোকলম্বা মুপা অতুদি ওম্থোকপা ফিবম ওইরে, মকোই তংখাই অমদি কোকথ্রে তংখাই অমনা শাপোন্না ইঙৌ ঙৌরি। তংখাই ঙৌবা, তংখাইমুবা হরিহর হায়বা লাইগী শকতম ওইরে।

থা কয়া হৌথ্রে, চহি কয়া লেনথ্রে, অতুবু মোহন লাকত্রে। মনোহরস্থু অমুক উথিত্রে, খল্লি—বাবুতু থবক তৌবা ওফিসার ওহরমাল্লে, করিগুম্বা ত্রান্সফার তৌখিবরা, ছোটা বাবুস্থু লোইননা পুথ্রমাল্লে। অতুবু ছুট্টী ককা থক লাক্লুনে। ওঃ পুম্নমক অরেম্বনি। ঐনা ছোটা বাবুবু ফনা মুংশিহে, ইচাগুম্না থনজে হায়বতু মঙাই করিস্থু কান্নদে। অম অমদা চৎপা তারবস্থু শমককপা ওইনা ঙাইহাক লাকউদনা, ঐখোয় মকম অতুদা চৎপা তারে তাকলম্মুদনা। খঙহৌদনা থংশাউ শাউরকই—ঐদি অতোনম্বনি, অতুগী মথকতা পরদেশীনি, লোনদিম্নদবনি, মখোয়না ঐবু করিগী মুংশিরুগবনো।

অসুম্না চহি কয়া হৌখ্রে। সড়কতা জীপ কয়া থোই, মোহননা তোংলমবা জীপ মহেশনা মশক মুন্না খঙই। ইতৎস্ততনা জীপ অহু উই, অহুবু মোহনসু মনোহরসু অমত্তা য়াওদে। অমুক অনিরক মনোহর লম্বীদা সাইকল থৌহুনা চৎপা উখি। অহুবু মাগী সেলুন-লোমদা হন্না ফাওবা য়েংলমদে। মানা তান্নহুনা কোবসু ঙমহৌদে। নোংমদি মনোহর সড়ক চিদাইদা চৎপা উই। মহাক সিনেমা য়েংলুবদগী থোকলকপনি, মতম অসিদদি মহাক পাখং ফারে। মহেশনা কোগে তৌই অহুবু কোবা ঙমহৌত্রে। মহাক ছোটা বাবুরা হংগদৌবসু মিয়াম মরক অহুদা ওইরমত্রগা চোপকত্রা খন্দুনা হংবা ঙমত্রে। অসুম্না নোংমা মাগী থমোই ফিজংদা সুংশিনা য়েকখিবা শকতমশিং অহু নোংম নোংমগী মমি শামখ্রে। নোংনা চামথোকখিবা অকোকপা মচুগুমখ্রে। রাউরি রাউরিদমক তৈরে, শকতমদি য়াওত্রে।

নোংমা মনোহরনা মমান্নবা অমগা রারি শানা লাকপদগী চাচা প্রসাদকী শেলুন্দা কোক হেক চঙলুই, চৌকি অমা হাংবা উহুনা হেক ফমথরুই। রাখল অমদা লুপখিবনা কাউথোকলুই মসি চাচা প্রসাদকী শেলুননি। চৌকীদা ফমলবা কান্দা নিংশিংলকই মসি চাচাগী শেলুনদি হৌজিকতি অমুক চেম্নোকপসু য়াররোই। চাচাসু কাত্তি পায়হুনা শম থর ককপা হৌরমই লুখমগী শম থয়া লোথোকখিবগা উরকই মহুদা লৈবা দাগ অমা। দাগ মচা অহু উবদা খাই লাউই ককলাংদা য়াল্লিবা অচোবা মিংশেলদা মনোহরগী মশকতু য়েংলগা তপলপনা কৌরকই—"ছোটা বাবু।" মনোহরনা খুম্মী—"হাঁ চাচা।"

অনিমক মিংশেল অতুদা মশক অনি অহু মুন্না মুন্না য়েংহুনা লৈ। থঙহৌদনা পি তানরকই। ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরুরগা মহেশ প্রসাদনা হায়রকই—“ছোটা বাবু, অব বড়া হো গয়া। বাবুজী কহাঁদা লৈবা, হালত করম তৌবা?”

মনোহরনা মথাই য়াম্না নুঙাইতনা খুমলকই—“বাবুজীদি শিখিবা কুইরে।”

মহেশ—“অতুবু ঐদদি তাকতবা?” ইবুংঙো, ছোটাবাবু ঐদি পরদেশীনিদো, ময়াংনিদো।”

মনোহর—“নত্তে চাচা য়াম্না কুইখ্রে. ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা অতুম শিপ্ররবনি। চহি তরামুক শুখ্রে। বাবুজী অচৌবা ওফিসার ওইরম্মী হায়বতু মঙাই, নহা ওইনা শিখিবনা ঐখোইগী করি থোইদোকপা থম্মীরমগ্রে। লাইফ ইন্সুরেন্সনচিংবা য়াওরম্বসু য়ুম শাবদা সরকারগী লোন য়াম্না লৌরম্বনা মতু শিংবদা শিজিন্নগ্রে। চাচাজী ঐগী ফিবম অসি য়াম্না ফংত্রে।”

মহেশ--“ছোটা বাবু লাইরিকতি তম্লিবরা?”

মনোহর—“ঐ আইঃ এসঃ সিঃ পাস তৌরে। অতুবু মথা তম্হদি ঙমলরোই, শেলগী দরবার য়াম্না ওইরে, থবক অমা থিবা তারে।”

মহেশ—“রুপয়াগী জরুরতভি কয়া য়াম্বনো? মথানা করি তমগদবনো?”

মনোহর—“ইমুং মন্নুংগী শেল দরকার ওইরকপগী রানি। মথা তমনিংবদি করি হায়রুগনি। চাচা ডাক্তরনি ঐনা তমনিংবা বাবুজীনসু ঐবু ডাক্তর তমহননিংলম্মী।”

মহেশনা ঙাইহাক রাখল তৌরগা হংলকই—"ডাকতর তম্বদি রুপয়া হাজার কয়াগী দরকারনো?"

মনোহর—"লিশিং তরামুক লৈরবদি সরকারগী মতেং খরস্থ পিবনিনা য়াগনি।"

মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন লৈনরে। শম ককপা লোইরে। মনোহরনা মখায় অমা পুথোকতুনা পীগে তৌরুবদা মহেশনা থীনা চৈরকলে। চৎলমদাইদা মহৌশাগুম ব্রিটানিয়া বিস্কুইট পেকেট অচৌবা অমা লৌরুদুনা পীরে। মনোহরনা নোকলদুনা হায়রকই—"চাচাজী, মৈঁ বহুত বড়া হো গয়া হুঁ।" মহেশস্থ নোকলে, হায়রকই—"চাউরে, চাউরে, বড়া হো গয়া ইসলিয়ে চাচাকো ভী ভূল গয়া হৈ ন।"

চৎলমদাইদা স্থমিৎ অসিগী স্থমিদাংরাইরমদা মাগী মযুমদা লাকতবা য়াদে হায়রকই। লৈকম য়াম্না মুন্না তাকলকই। মনোহরগী লৈকমস্থ মুন্না হংহৌই।

সন্ধ্যা মমলি মমলিবা মতমনি। মনোহরনা সাইকল অমা তোংলদুনা মহেশকী য়ুম য়োথ্রে। মী অতেদি শেলুন্দা লৈহৌই। মাদি ঙসি ঙস্তা হল্লকলে। মনোহরবু ইমুংদা কৌশিল্লে। থোংজিন্দা লেপ্তুনা মী লাকপ্রা হায়কৎ য়েংউরগা অমুক চঙলকতুনা স্থট কেসতগী য়াম্না চেকশিন্না থমলিবা পাসবুক পুথোকলে। মনোহরনা য়েংবদা উরে মসি পোষ্টেল সেভিংস বেঙ্কী পাসবুকনি। মসিদা লুপা লিশিং তরা থরা চেন্না ইরি। হায়রকই—"ছোটা বাবু নং ডাক্তর তম্বা চংলো, বাবুজীগী ইচ্ছা পুরা তৌরো।" মনোহর ঙাইহাক্তি জ্ঞান মমথ্রে। থল্লকই—নিপা অসিবু মীরা লাইরা?

ঙাইহাক তুমিন লৈরগা হায়রকই—"নহী চাচাজী মৈ ডাক্তরী নহী পরুংগা।"

মহেশ—"ক্যোং নহী ? অস্তুক য়াম্বা ঐগী রুপয়াসে থরক লৈত্রবা বিদেশতা কোঙ্গ ভী লৈত্রে। মসি আশ্রমগুম্বদা দান তৌগদ্রা খনবনি ঐনা। নম্রবদি সরকারগী ওইংখ্রে হায়বা ডাক্তরদো ঐস্তু পাম্মেবা। য়েংউ ঐগী বচ্চা অসে নং মানবসিবু হায়বা ডাক্তর ফংদদনা শিখিবনেইনা। বচ্চাগী মা ভী ডাক্তর ফংলবদবু কভী নহী মরতী নহী মরতী।" মচাগী ফোটোচু য়েংলগা অমুক হায়রকই—"ছোটা বাবু ! ঐগী রামসে হৌজিক লৈরবদিনে নংদগী হেন্না চাউবা ওইনিকো।" মিৎলু নাপোম অনিমক পিগী ঈথক হৌরকই। "ছোটা বাবু! ডাক্তর তম্মু ঐগী রুপয়া ময়ামসে নঙগীনি। ঐগীদি জরুরত লৈত্রবা সংসার মে, কোঙ্গ ভী নহী। আদ দেশতা ঐগী বচ্চা নাবদা ঐদি গরীবনি হায়বা ডাক্তর অমতং লাকপা য়াদবা। ডাক্তর চাউথোকপা ফত্তে। পাস তৌরগা পৈশা য়াম্না পামগনু হায়বা লাইরবা মীগী সেবা য়াম্না তৌবা সে ছোটা বাবু ঐ ময়াংনে খনবরনে. বিশ্বাস তৌদ্রনে। উকিল কৌরুচোনে ইছুনা পীবীগেনে হজার তরাসেকো ডাক্তর তমদ্রবদি য়ারোইকো।" মনোহরনা মরু লুকথনা কুইনা খল্লগা খুমলকই—"চাচাজী ঐ ইমাগা অমুকতা তানরুখিগে।" "করি হায়বা ইমাগী সলাহ লৌগে হায়বীব্রা? চুম্মী, চুম্মী, য়াবীনি, য়াবীনি।" মনোহরনা মমাগা য়াম্না মুন্না তান্নরে। মাগী মথুড়া অমগা লৈ মাগস্তু খন্নরে রাকম অসি মী অতৈদদি তাকথোক্তনা লাইবক য়েংবা লেপ্পরে। মনোহরনা মহেশপ্রসাদপু

ওমখৈ লৈতনা থাজে। শান্তিকুমারীনস্থ মপুরোইবা লৈরিঙৈদগী হৌনা মহেশকী মরমদা তাগ্রে। মতু মচা পুন্না কায়নরবা অঙাওবগুম্রবা হাজাম অসিগী মফমদা শান্তিগী সহানুভূতি লৈবা মশানা তাবনি। মহাক লুপ্রাবীনি। মপুরোইবা কায়নবগী অরাবা মৈচাক অসি পুঙমদে। মসিদি মী অমতগী অন্নাবনি। মহেশকীদি হুংশিরবা মী অনিগী কায়ন মৈশানি।

মনোহর কলকতা মেডিকেল কলেজদা সিট ফংহুনা তমলকপা চহি অহুমলোম সুরে। এম: বি: বি: এস: কী কোর্স ভঙ্খাই হেনজিনগ্রে। মহেশনা থা অমগী লুপা চামা চামা থায়। মহাক চিঠি অমতা ইদে। মাগী হায়বব্ মনিওর্দর ফোর্মগী মমৈদা নাগরী ময়েকতা বনান লাম্না ই—মহেসা পরসাৎ—তুমহারে— চাচাকা অশীবার্দ।

নোংমা টেলিগ্রাম অমা লাকই, মনোহরনা তফিং তফিংনা ফাক্তোকতুনা পাই— "চাচাজী সিরিয়সলী ইল কম সুন।" মনোহরনা মসি হেক ফংবগা মণিপুরগী যাত্রা তৌরকলে। মহাকনা মণিপুর য়ৌরকপদদি চাচা মহেশ নোঙাখিরম্মে। মাগী মথুরানা উইল অমা পুথোকতুনা হায়রকই—"নঙগী চাচা মহেশনা সিভিল হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা য়াম্না রানা খাঙতুনা নংবু ঙাইরম্বনি। মমৈথংদা অনাবনা লাকশিন্নকলবদা, নঙগা উনবা ফংবগী আশা লৈত্রবদা উইল অসি ইতুনা পীরম্মী।" অসি হায়রগা মপি তারক্লে, হিকনা কপলে। মনো নঙগী চাচানা অমুকতং উনথিগে হায়না অনাবগা অঙকপা ফংনা মথা চিকনা লাম্থেংনরম্মী। অতুবু তমথিরবা অনাবনা মহু কাওবগী মতম পীথিদ্রে। ইবুঙো ঐখোয়নস্থ ওম্বমথৈ হোংনৈ।

ডাক্তর পুম্নমক্তা মাগী মপুকচেল চাউবগী ৱারী অসি ঐনা ত্তৌরবনি। মখোয়না ওম্থোকনা লুনা ত্তোই। অদুবু পুন্সি চেংজেলনবু লোইরবদি চৎখিগদবা ঙাক্তনি। মাইবনবু অনাবা থুদিংমক ফহনবা ঙমলবদি ইনাক থুনবা কনাম্ন শিন্নরোই।”

মনোহরনা উইল পারে। উইল অদুদা মহেশনা মাগী পোষ্টেল সেভিংস ব্যঙ্কতা লৈরিবা লুপা লিশিং মঙা মাগী ডাক্তর তম্নবগীদমক পীরম্মে। উইলগা কোম্নবা লিফাফা অমতংগা মঙোম্দা পীয়ু শিন্নরম্মী। মদু ফাক্তোক্তুনা য়েংবদা তনৌ-তনৌরবা অঙাং অমগী ফোটো অমগা য়াওরম্মী। ফোটো অদুগী মথাগী লাপাম্দা হিন্দী ময়েক্কা ইরি— রামপ্রসাদ।

# অমুক্কী লৈচিল নোংফাই

ইবোতোম্বী ঙসি এম, বি, বি, এস পাস তোরে। পাও অসি মাগী কলকত্তাগী মরূপ অমনা টেলিগ্রাম তৌরকপনি, পাও অসি তাবদা মঙোন্দগী হেন্না হরাওজবা মী অনিতং লৈ। মখোয় অহু অতৈ নত্তে অমনা ময়াম্বা ইবোহলনি অমনা মতৈমা মনোরমানি। ইবোতোম্বীগীদি ময়াম্বা অমসুং মতৈমা অনি অসি মপা-মমা শকলবনি। মপানা শিরমদাইদা ময়াম্বগা মতৈমগা অনিবু কৌশিন্দুনা হায়রম্মী। "ঐগী পুন্সিগী অরোইবা মতম লাক্লবনি। ঐহাক শোইদনা তাইবংপান অসি থাদোক্লুনা চৎলগনি। নখোয় অনিদি নহা ওইরবসু জ্ঞান খর তারে। অঙাং অসি চহী য়াম্না নৌরিদো, পাকচাওরবা তাইবংপান অসিদা মহাক্কী হায়ববু নখোয় অনিতনি। নখোয়না মাগী মপা মমা ওইরগদবনি।" য়াহৈ খর অসি হায়রম্বা মতুং হুমিৎ নিনি লৈরগা তাইবং চেংজেল লোইরদুনা সংসার ঈপাক লানগ্রে। ইবোহল অমসুং মনোরমানা হুমিৎচুপ্পদা ইবোতোম্বীগীদমক থল্লি।

ইবোতোম্বীনসু ময়াম্বা-মতৈমবু য়াম্না নুংশা তৌই অমসুং কিনা চৎলি। মানা রাম-সীতাগী য়ারী তাগা ময়াম্বগা মতৈমগা নিংশীংই। ময়াম্বগা মতৈমগসু থল্লি লক্ষ্মণ হায়বসু ঐখোয়গী ইবোতোম্বীদোনা

তৌরিব্রা। নহা ভাক্তা লৈবা ইমুং ওইরবস্থ কৈরোল-লৈকাইনা কন্নক্কে অমসুং থাগৎনৈ। ইমুং অসিগী লমচৎ-ব্যবহার অমসুং রাঙাং শঙাং ফজনবা অসি অঙকপনি। মপা মমাগী থোক্কালগী ফিজি মরুমদা ওন্ন-থোইনা শান্নবা ফংজব্রবা ইবোতোম্বীনা মতৈমা অমসুং ময়াম্বগী মুংশিগী পামেল মরুম অসিদা ফমতুনা পুক্লিগী অবা মৈশাদগী লাপ্পা পোথাক্করি। মনাও মুপানা ডাক্তর পাস তৌবা অসিদা পীজনবা ঙা লৈবনি হায়না মনোরমাদি কৈথেলদা চৎখ্রে। ইবোহলদি মুংঙাইরবা মুমিৎ অসিদা মপাগী ফোটো অতু কোন্দুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। ইবোতোম্বী সিভিল হোস্পিতালদা থবক অমা ফংলে। হয়েংদগীদি থবক কারগনি। হয়েং নংনবা সাইকল অহনবা অমা লৈয়ু হায়না হায়রি। ময়াম্বনা হায়—"থা অমা অনিদংদি ঐগী অমনবা অসি শেমজিন্দুনা তোংনখো। নংগী তোলোবনচিংবা ফংলগা লৈসি।" মনাওনা থুম্মি। "ঙম্মোই-ঙম্মোই ইতুম ইকাই মতৌদি ডাক্তরনি হায়তুনা মুট তাই তৌরগা মীগী মমাংদা কারোই থবক্তা অমত্তা তৌরোই। শাওবমখৈ শাওরন্নগা ইভিনিং রাকিংনি হায়তুনা চৎখ্রে। মানা চৎথোকপ্রবা মতুংদা ইবোহলগা মাগী মুপীগ থন্নহোই—"মাবু ডাক্তর পাস তৌহন্নবা হোৎনবদা লৈরম্বা সম্পত্তি পুন্নমক লোইখ্রে। হৌজিক মীগী মখেন্না থাং কোঈখ্রে। হৌজিক হৌজিক্কী চানিংঙাই ফাওবা লৈত্রে। মসিদা একাগাড়ী অহনবা অমুক হায়রি। করিনো তৌগদবা?" রা'সি ভাবদা মনোরমানা-থুমলকই "মানা হায়বা চুম্লত্রাও মীদি নত্তনি। মমান্নবা পুন্নমকতি ইনাক থুনবা মচা ভাক্তনি। ঐখোয়দনি লাইরবা ডাক্তরনি হায়রগা করম্না চম্মোৎ-চম্মোৎ চৎকনি হয়েংদা মঙাইরে

ঐখোয়স্থ হুঙাইগদবা অস্থক য়াম্বসি হোৎনরক্লবদা মোরোক অমেৎপদা জাৎ তাবা হায়বত্থ ফত্তে। পান্বে অমা ভৌবত্তাই।" মাগী ব্লা অসি তাবদা হায়রকই—"ভোরে ভোরে মাগী হৌনবী মনাও হুপাগী মীচঙদ চঙবা। মানা অস্থম্না হেক কেথোকহন্দুনা মানা হায়রিমখৈ হনবা। হায়দ হায়জিল্লুরে মখোয় অনি মিচঙ হেক ওইখিনি, ঐদা ফত্তবা তাবা নং পৈশা পুথোকউদনা।" অস্থবু লুপা ১০০ রোমদং পুথোক্লগা শোৎপা ফংলোইদ্রনে।" "চামবু লৈরবদি করিগী ফংলোইদগে। খঙনবা হুকান পীকথন্না লৈ। লুপা অমগী মপু কাওবা ওইদ্রবা অসিদা কনাদগী চামনো? মাগী তনব ফংই হায়বা তাবদা শেল থৌবা লাকপনস্থ খাঙবা ঙমলরোইদবনি।" "লুপা ১০০ বুদি পুথোকপীরক্কেনে।" "অং পুথোরক্লনি শোয়দ্রেনে।" "হেরা চামবু পুথোক্তদি।" "চামা লাইরি তরাদা পুথোকরকউ ইবেম্মা।" পুথোক্কনি হায়রম্লগা ফেৎ লাউনা হায়দোকতুনা চৎখ্রে মিকুপ অমগী মতুংদা থোরক্তুনা "থুৎ তিংথোকউ হাপকে।" নংগী নথুৎতুদি থুবাক ময়িদগী হেন্না য়াওরমলোই।" "সে তিংথোক্লো হায়মি হুমিৎ তাখিননা হানখিবা তারে" হায়তুনা মপুরোইবগী মথুৎ ফাখ্রে। "য়েংঙোই মসিগী হুপীসি ঙাওসিন্নরিসে। ইবেম্মা ঙাওশিন্নবা মতম হেনখ্রে নচা পাথং ফারবনি।"

হেরা অস্থ অদা খঙদে নথুৎ তিংথোকউ হায়তুনা মথুবাক্তা করিগুম্বা লুম লুম লাওবা পোৎ অমা হাপখ্রে হন্দুনা য়েংবদা নাদা য়ান্নবা লৈ ওইরমলে। ইবোহলনা অমুক হন্জৎনা মনোরামাগী মাইথোং লোমদা মুম্না য়েংহুনা লৈখ্রে। মনোরমাগী নিংথিরবা নাপদা

মণিমুক্তানা মপাল শাৎপগুম য়ানবা লৈ অনি অদু য়াওব্রে। অদুবু মগুণগী চাংনা হেনমনখিবনা থাগী মাইহিং মাঙবগুম মশাগী মঙাম্না নন্দ্বৎলবী মনোরমাগী মাইথোং থাজ অদু ঙসিদি পূর্ণিমাগী থাজ ওইখ্রে। মাগী মাইথোং থাজগী অকোইবদা মপুরোইবগী কুপ্তবা মিৎ অনিনা নোংইন ওইনা লৈনা লৈনা পাইবা হৌরকলে। ঙাইহাক জ্ঞান মাঙতুনা লৈরুরগা "হে অতিয়াদা থোকপা শরৎ পূর্ণিমাগী থাজ নংনা ঐগী লাইর খাংপোক্তা ঙানবীরীবা ঐহাক অসি ওম্থোক্না লাইবক ফৈদা।" অসি হায়রতুনা ইথোইলনা মনোরমাগী মখুৎ পায়গে হায়না তৌরকপা মক্তদা "নুংঙাইবীরেদা" হায়রম্লগা নোকফেৎ তৌনা ফৎ হাইদোক্তুনা চৎখ্রে। মহাক্কি ইমুং মনুংগী থবক্তা পুক্লিং চঙখ্রে। ইথোইলনা মনোরমাগী লৈ অদু পুতুনা বাজাররোমদা চৎখ্রে। অশোমদা মনোরমাসু হমুং মনুংগী থবক ইনখাং লোইরতুনা চাক থোংবা চঙখ্রে। চাক থোংনা থোংনা মপুরোইবা হল্লকপরা গাড়ী পুরকপ্রা হায়না মনাকোং থাংগৎতুনা তাদুনা লৈখ্রে। ঙহাক লৈরগা মনাও নিপা লাক্লে। লাকপগা হংলকই—"ইতৈমা গাড়ী হায়ব'দু কমদোরে।" "হেরা লাইনা তম্বা লাকনি চাকতুম চাররোসে।" "নখোয়নদি তমদনা কনাই লাইনা তমগদোরিবা। ঐ চাক্তা অমত্তা চারোই কনাদগীনো থর পুরুচো থা অমগী মনুংদা ঐ হেক্তা শিংগে হায়রেদনা।" মতৈমনা নোকফেৎ তৌরতুনা থুম্লকই—"শিংবগী বুদ্দি নংনা শিংদনা কনানা শিংগনি। কয়া য়ামথ্রবা পৈশানো চৌজিক চৌজিকমক মীগী লুপা লিশিং অহুমলোম্নি তৌম্লিবা।" ডাক্তর তুমিন লৈখ্রে। নহাক্লমথৈ খল্লুদবা রা অমা ঙসিদি তারে। অসুক কুইবা

অসি ময়াম্বগা মতৈমগনা মীগী মরল পূবগী রা থক হায়দে। ঙসিদি মতা চারত্না রাকম অসি মতৈমনা পল্লক্লে। "হে লুপা লিশিং অহুম অত্বু রা ওইনা তৌশিল্লে। তোলোপনে লনাই তাল্লকপা পৈশানে ঐনা তানশিল্লকপদা ইরাই লাইনা শিংগদবা পোৎনি।" অসি হায়রম্লগা চঙখিত্না চাক চাখ্রে। চাক চারিঙৈ অসিদা ময়াম্বা হল্লক্লে, হম্বর অহনবা অমা লুপা ১০০দং এদভান্স পীরম্লগা শোৎত্না পুরক্লে।

ঙসিদি ইবোতোম্বী থবক কাগদৌরি। মতৈমনা ঙস্তানা চাক লোইরত্না খোঙউপ শেংদোকপীত্না মফি মরোল লাম্বোকত্না থমখ্রে। শুমাংদা গাড়ী ইম্বোকত্না থমখ্রে। পুক্সিগী মতম কুইনা তৌজরকপা আশা অমা পাঙথোকপদা মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরে।

থা কয়ামরুম হৌখ্রে। ঙসি ইমুং অসিদা মুপী অমম্থ লাক্লে। মহাক ডাক্তরগী মুপীনি। খাইনা মাবু লতা কৌই, থাজৈশেংবা মমিংদি স্বর্ণলতা হায়বনি। ইনাক য়াম্না খুনবা ইমুংদা পোকপা অমম্থং কেথোক মৌথোক্লা লৈরকপা মীনি। লতা লাকপদগী ইমুং অসিদা করিগুম্বা অত্তনবা অমা লাকপগুম তোরে। ডাক্তর মচিন মনাও অমস্থং মতৈমগা লৈনরকপা মরী অহু ফীজং অমনা অস্তম খঞ্জিল্লকপগুম তোরে। ময়াম্বা অমস্থং মতৈমনা য়াম্না অকিবা পোক্লে। থনজিল্লকলিবা ফীজং অসি চুম্নগী তবা-তবাবা অয়ুকী লৈচিল নোংকাইগুম নত্তত্না লানঙমদবা চেকপন ওইরকপগুম তোরে। লতাদি মতম পুম্নমকতা কে মৌত্না লৈ। কৌম্থ-চেংম্থ কোল্লিক-রাইরম অমতা য়াওদে। থবক পুম্নমক মনোরমানা লোইনা তৌই। লতানা থল্লি নখোয়না থবক পুম্নমক লোইনা

তৌফম থোকই, মরমদি ঐগী ইপুরোইবগী তোলোপনা নখোয় পুম্নমক লোইনা থাক্লিবনি। লতা লাকত্রিবৈ ইবোত্তোম্বীনা ডাক্তর তম্লিবৈদদি মনোরমাসু ফিশা-লোনশা তৌদুনা পৈশা খর খর থোকচরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মনাও সুপাগা মনাও সুপীগগী সেবাদা ফি শানবা মতম ফংদে। ইবোহলসু দুকান অমা ফমজরম্মী। মনাওবু ডাক্তর তমহনবদা দুকান মুৎখ্রে। হৌজিক হৌজিক্তি ময়ুমদা ইংখোল শম্বল কোইদুনা লৈরে। মনাও সুপী লতাগী ওৎ-নৈবা অসি খাঙবদা রারে। অদুবু মপানা শিরমদাইদা হায়রম্বা রাহৈ খর অদু নিংশিংবদা মনাওনিপানা সুংঙাইরোইদবা রা অমতা হায়বা ঙমলমদে। নোংমা য়াম্না লাইরবা অনাবা অমা ইবোহলনা পুরক্লে। য়াম্না লুনা তৌবীদুনা মনাওবু য়েংহল্লে। লেম্না হিদাক কাপ্পীরে লেম্না মমল য়াম্লবা হিদাক পীরে। অনাব অদুনা হরাও হরাওনা আশীর্বাদ পীরম্লগা হনখ্রে। অনাবসু চৎখ্রে, ডাক্তরসু থবক কাখ্রে, লতাগী লাল হৌরক্লে। ফি-ফি কাম্লদুনা হায়রকই—"আঃ ইমুং অসি পুকচেল চাউবা মী য়াম্না লৈখ্রে পাই অমগী মপুদি ওইদনা মীপোৎনা মরম শারদুনা দান ধর্ম্ম তৌবা হৈখ্রে। পুবা থাংবা ঙমজদ্রে।" রা অসি মনোরমা তানবা হায়বনি তাবসু তাহৌই অদুবু সুংশীনরবা মচিন-মনাও অনি কায়নরকনি খনবনা রাকম অসি থম্মোইদা থুপচিন্দুনা থমখ্রে। লতানা খাইদগী শাওনিংবা রাকম অমনা মপুরোইবনা ময়াম্বা অমসুং মতৈমবু য়াম্না লুনা তৌবা অমসুং কিনা চৎপা অসিনি। লতানা নোংমা নোংমগী ওইদবা কয়া কয়া হায়জিনবা অসিদা ইবোত্তোম্বী মপুক ওল্লক্লে। মাগী মতৈমদা চানবা লুপা পুম্না পিশিনবা অদু তোকখ্রে।

মাগী সুপী লতাদা পীশিল্লগা লতানা নোংমা নোংমগী থাই থাইজুনা কৈথেল কায়মদাইদা পোৎ লৈনবা পৈশা পী। নোংমদি মচা অনাবগীদমক সেবা লাংবা থর হোৎনরিঙৈদা চাক থর থেঙদোকখ্রে। ডাক্তরদি কপ্লি থোইদোকপা হায়রমদে অতুম মচৎখি। লতাদি মৈ হৌখ্রে লাও থোংবা হৌরকলে—"মীনা অসুক ব্রানঃ মথিবোং থাকলিবা অসি করিমতা খঙদে। চাকত ফাওবা নংনবা থোংদে, ওৎলিবদি মশা মশাদা নত্তে মচা শঙ্গু অমগা কপ্লিনো লাইমা ইকাইবা খঙদে।" মীওইবগী থাঙবা ডম্বসীস্থ ডমথৈ অমা লৈ। অচৌবা পনস্থ অকনবা ইচাও লাক্লবদি নিংথায়বা মহৌশানি। ভসিদি মনোরমা থাঙবা ডমজ্রে চোংথোকলক্লে—"ইনাওনা করিগী রা অছুক কম্না ভাংবগে? লৈরম্বা লৌশিং পুম্নমক ডাক্তর তম্বদা লোইনা লোইখ্রে। ময়াম্বনা ফমলম্বা ছুকান মুৎখ্রে। ইঙক্তা শিরম্বা লিক-কোল পুম্নমক কায়থোকপ্রবনি মচোংপাক নাইদনা পংঙাং ভাংজস্থ।" অসুম্না মৌ অনি হায়বা য়াবমথৈ হায়নরে। লৈকাইমা ডাবুক ওইনা য়েংনরে। রাফম অসি ভুপা ভুপাদা হলজিল্লকপগা তমনরে। চফু কাইরগা ক্কাক হরাওবা ঈমুং মপুং খৎনরগা লৈকাই কুম্মৈ ওইবা অসি মহৌশানি। রাফম অসি তাবদা ইবোহল থম্মোই পুবা য়াদ্রে।

কৈরোল লৈকাইনা ফিদম্নকমনি থম্নরম্বা ইমুং অমদা অসুম্না খৎন-চৈনবা থোকপা অসি থল্লুবদা ইকাইবনা মমাই ফিরুক থুমখ্রে। নোং ভাল্লগা ময়াম্বনা মনাওদা হায়—"ইবুংঙো নংস্থ হৌজিক্তি নহৈ নশিং তম্বা লোইরে। থবক ইংথাংস্থ তৌরে! নয়ুম পাল্লে, নচা লৈরে। নয়ুম পুবা ডম্নবা হোৎনরো। ভুপী মশেল

মত কয়া তিন্নদবা অসিনা মীগী মমাংদা মপানথোক্লা খৎন-চৈনব-নচিংবা থোকলকপা অসি নংগী ইজৎ মাঙবনি। অতুনা তোঙান চাবনা ফগদোমাল্লে।” অসি হায়রক্লগা মাগী কাদা চঙখ্রে। মপাগী কোটো অতু কোন্দুনা কপলুরে। মপাগী শিরমদাইগী রাহৈ অতু মনাকোংদা নিল্লরে— “পাক চাওরবা তাইবংপান অসিদা মহাক্কী হায়ববু নখোয় অনিতনি। নখোয়না মাগী মমা-মপা ওইগদৌরবনি।”

চহী খরা চৌথরে। লৈত লাইরগী চৈনা খাঙবা ঙমলক্তুনা লরাই মচী অমদা চৎলগে খল্লে। নোংমদি মনাও হুপাদা হায়রে— “ইবুংঙো ইয়াম্বা লরাইদা মতম খর লৈরুরগে, কারবার তৌতুনা য়েংগে, নতৈমগা অঙাংশিংগসু পুবা তারি।” ইবোতোম্বীনা খুম্মি। “ইতৈমগা অঙাংশিংগদি করিগী চৎলুনি অসুম লৈসনু ঐনা হোৎনগনি।” “নখোয় থনম্বগীদি থোইনা রাদে ইনাওসিদি নঙ লৈরিদনা অতুদা ঐ ইথন্তা লৈরুবদা খুদোং খর চারোইদৌরি।”

অসুম্না নোংম নিনি লৈরগা লরাইদা চৎখ্রে। চৎলমদাইদা মচিন মনাও কপমিল্লে। বিদাইগী মতমদা মতৈমনা হায়রম্মী “ইবুংঙো নঙবু ইতৈমানা কোন্দুনা য়োকলকপনি। নপাঙ্গল চাওরে হায়তুনা নঙবু থাদোকলমলে। নঙবু চাউনবা য়োক্লকপদা শেৎনিং চানীংবা ননীং থুংখিদবা, অয়াকপা রাহৈনা হৈসনু শিংসনু হায়না রারকখিবা পুম্নমক রারৌগনুকো।” রাহৈ খর অসি তাবদা ইবোতোম্বীগী মমিৎতা মপি তরং-তরং চেল্লক্লে। মীরোল তাথ্রিবৈঙদা মমানা হন্দোক্লম্বনা মমা কায়নবগী অরা মশক খঙদবা হুপা অসি ঙসিদি মতৈমগী বিদাই মতম অসিদা মমা নিংশিংলক্লে। অসুম্না মচিন

মনাও কায়নরে। লতানা মাগী ওইদবা রাহৈ কয়াগী লাংদা থুহন্দুনা ময়াম্বা অমসুং মতৈমবু কাউনবা হিদাক কয়া থাগ্রে। নোংমতসু ময়াম্বা অমসুং মতৈমবু খিরুদে। রারোরবা ময়াম্বনসু মনাও-সুপাবু নোংমতসু হংলদ্রে। ইবোহলনা লরায় মচা অমদা চুরুট-বিড়ী খর, থুম-থাউ খর য়োহুনা হুকাম্নি হায়হুনা কম্নি। মচাশিংনা ফুরিৎ শেগায়বা, খোঙ্গ্রাও শেগায়বা শেস্তুনা স্কুল কারি। মচানিপা অহনদি লাইরিক লৈনিঙাই পৈশা লৈত্রহুনা লাইরিক তম্বা তোক্লে। অঙকপনি বিধাতাগী নোংদম। মনোরমানা ইস্কালগী কেবা মৌবা পুম্নমক থাদোক্তুনা মীগী খুৎনেক্তা লৌ-লিংবা য়াওরি। মচাশিং পীজনবা লৌবুক্তা কুমহুনা লোং শোম্নি।

নোংমা অনাবা য়েংবা চৎপদা ইবোতোম্বীনা অহন অমা থেংনরুই অসুম রারী তৌনবদা অহল অহুনা হয়রকই—"ইবুংঙো নঙদি ইবুংঙোহলগী মনাও ওইরেকো সুংশিদা। নয়াম্বাদো থক উখিদ্রে নংগী নপান চাহুনা সুংঙাইরহুনা ঐখোয়বু থক খিরখিদ্রে। ইবুংঙো নয়াম্বগা নতৈমগহু লুনা তৌ! নংবু ডাক্তর তমহনবদা লৈদি লৈত ওৎ্তোক্না রাজপ্রবনি। লৌ পরি মগা তরুক ঐঙোন্দা লৈ নংনা তোলোপ চারগা হন্দোকে হায়রন্মী। ঐসু অহুম থম্মি। ইবুঙো শেন্দোই ককা লৌরোই হন্দোক-চরো লাও। আ অহুগা য়েংঙোই নতৈমগী লিক ময়ামদো অতৈদি নয়াম্বনা হন্দোক্লরোই হায়হুনা কায়খোকরে। থুদোপ অমগা, মহু মপানা শিরমদাইদা পীরম্বা ওইরমায়ে। আ অহুগা করি হায়রে নাদা চিন্নবা অমগা অনিসি লুনা হায়রম্মী। মহু হৌজিককাও কায়খোক্ত্রি চহী অহুমলোম শুররিনি। শেন্দোইককা

লোরোই হেক্তা পুখো ঙসি হেক্তা পুশ্রো পৈশাদি লৈবা মতমদা পীরকউ। মুংশিদা ইপাগী অনাবসি নংনা কনব থর য়েংউকো হায় কনা লৈ মুপীমচা ইবেম্মা! ঐগী উপুদা লৈ অমগা খুদোপ অমগা লৈবত্থ পুরকউ ইবুঙোদা পীরো। মুংশীদা নয়াম্বদো ঐ নারে অমুক্তা লাও হায়য়ু য়াম্না ৱারোহোই হায়য়ুকো ইবুংঙো।”

লাইয়েংবরা হায়ববু ডাক্তর ঙসিদি জ্ঞান মাঙগ্রে, বুদ্ধি থোক্ত্রে। অনাবা অহন্না অমুকসু হায়রকই—“অতো নংসি নিঙাই চাউইদো কেথোকইদো ডাক্তর পাস তৌরগা থবক তৌরমদাইদা হয়েংমক নংনবা একাগাড়ী অহনবা লৈমু হায়হ্না নিঙাই তৌই হায়নেসে। মহুদা নয়াম্বনা নতৈমগী লৈ অসি বন্ধান থনম্বনিদো। অহুগা খুদোপ অসিনা নংনা ছুটি থোকলকলগা থা অমুক্তং লৈবদো মহুদা নংনদি চা থকে, শঙ্গোম থকে হাপ্তা অমদা ঙা অসুকলক চাগদবনি তৌইদো মহুদা বন্ধাননি হায়হনা থনম্বনি। মসি পুম্বা নয়াম্বাগা ঐগা রারী তৌহ্না নোকমিন্নেদো ইবুংঙো। হয়েং নংনা মী ওইরগা নপান চাগদৌরিবনি হায়হ্নানে। ইবো ইপাগী হকচাংসে কনবা য়েংউকো ঐগীসু ননাও অমা ডাক্তর ওম্বা থারিনহৈ মানা পাস তৌবা কাওবদদি হিংথিগে হায়বকো। ইপাবু কহন্নুকো। নথোয়গী ডাক্তর ওম্বা হায়বসিদি পৈশা চঙগ্রেদা অতো ঐহাকসু সিয়োনা রারবদা নয়াম্বহু রারিনিদা নয়াম্বগী হুকানদো নংগী পৈশা থাবদা হেক মুৎপনিদো মাগী ফি থান থান্দো শেল মাঙনা য়োম্লিবা। নংনদি চনি পীরকউ চহুম পীরকউ।” অসুক রাবগী রাকমশিং অসি নোংমতসু ময়াম্বনা অমসুং মতৈমনা পনখিদে। ময়াম্বনা মাবু অমসুং মাগী মুপীবু

শাউহনা চৎখিবনি। মানসু মাগী মুপীগী রাদগী ময়াম্বা অমসুং মতৈমবু শাওরুই। মাগীদমক অসুক অরাবা খাঙপ্রবা মপা মমানা লুনা তোবদগীসু তেন্না লুনা তোবীরবা ময়াম্বা অমসুং মতৈমগী মরীদা মাগী মুপীনা হায়খিবা রাশিং অছু অচুম্বা ওইরমগনি খাজরক্লে। মহাক হৌজিক ময়াম্বগী খোঙ্গুল লীবা হৌরক্লে। অহানবা চৎখিবা লরাই অছুদা হংলুবদা মফম অছুগী মীশিংনা থুম্নকই—"চহি অনিরোম মফম অসিদা ছকান তোহনা লৈরম্মী। অছুবু লৈত লাইরবনা খাঙবা ঙমদ্রহনা মফম অমদা অমুক চৎপ্রে। ঐখোয়না খঙবদি মহাক তোফম খঙদহনা ডাওহনা চৎলবা মী ওইনা খল্লি। মচা অমসু থুল অসিদা শিখি, শোরাৎ শোম্নঙাই শেল লৈতহনা থুঙ্গা ময়াম্না খর খর খায়নহনা শোনবিখি। বাবু মহাক ফিভম য়াম্না শোকপ্রে, মবুক-মপাও য়াম্না কৈ। মাগী মুপী অছুসু ফপ্রেদা বাবু। ঐখোয়দি য়াম্না খান্বনি অছুবু য়াদহনা চৎপ্রবনি। মরিংজেল মথৌনা লৈবা মীনি মীগী মপান তাংবা হৈবা মী নত্তে।"

ডাক্তর অঙাওবগুমপ্রে। পুম্নমক্কী মরু লতানি থল্লুবদা শাওনিংবনা লতাবু হন্নকাও য়েংনিংত্রে। চাগনি থক্কনি খঙখিত্রে। তাঙ্গা হেক ফংবগা জিপ অমা থৌহনা হেক্তা চৎখি। অছুবু মানা মফম থুদিংদা থেংনবা লৈখিত্রে।

নোংমদি টি, বিগী B. C. G. কাপ্পা লরাই মচি অমদা চৎলুই। অশোনবা অনাবা অমদি থোরকপা ঙমদহনা ডাক্তর মশামক চঙহনা য়েংলুই। মতম কুইনা নাম্বকপনা শরাদা উমতনা কুপ্লবা মকোই মরাং চোম্বা অনাবা অসি মতম কুইনা

থিরক্লিবা ময়াম্বা অতুনি অতুবু শকফম য়াম্না ওনখিবনা মশক খঙবা ঙমখিদ্রে। মীহুন থাহুন য়েংলে অনাবসিনদি ডাক্তরবু খঙই। ডাক্তর উরগা মমিত্তা মপি শিন্থরক্লে। ডাক্তরনা হায়রকই—"কল্লিগী কপ্লিবনো কল্লিসু লৈতবা অনাবনি। মরাইনা ফজনি। হিদাক অসি থকউ।" অনাবনা খুমলকই— "মসিগী মমল পীনিংঙাই লৈজদে। ডাক্তর হিদাকশিং অসি চাজরোই।" অসি হায়তুনা মমাই লৈথোকখ্রে। ডাক্তর নোক্লতুনা হায়রকই—"হায়মা সরকারগী হিদাক লেম্না ফংগদবনি।" অনাবনা হায়রকই—"মতুনা থোইনা পামখিদ্রে, ঐগী পুন্সিদা মীগী মতেং নিরক্তি। মনাও মুপানা মাবু উরবমক্তদা মশক খঙদবা অসিদা য়াম্না শাওনিংলমই। তাঙ্গা অসিদা মতৈম লাক্লে। মমাই মখিৎসু লৈথোম্না ইতৈ-তৈ, ফনেক শেগাইরবা অমা শেৎলি, মশম মনা ইফা ফাই, মীগী থুৎনেক্তা লৌলিংবা য়াওরুবনি। থোংজিন্দা ঙহাক লেপ্তুনা য়েংলগা হায়রকই "তোম্বী! ইবুংঙো নংদি নয়াম্ববু ফাওবা মশক খঙদ্রে? রা অসি তাবদা ইবোতোম্বীনা হাইমা ইতৈমা হায়তুনা অমুক্তং কৌরম্লগা ময়াম্বগী মখোঙ কোন্দুনা কপখ্রে। ঙাইহাক্তং মচিন মনাও অমসুং মতৈমা পুম্না কপমিন্নরবা তুংদা ইবোতোম্বীনা হায়রকই—"লাইশ্রমগী থুরা অঙাংজাওবগী মচিন্দগী ঐনা লোইনা তারে। ঐগীদমক তামোগা ইতৈমাগা কয়া য়াম্না রাখিবা। অসিগী মথক্তা লতাগী থুজিন্দগী অমসুং ঐনা পঙবদগী পুম্নমক অসি থোকখিবনি। ঐনা থীরকইনা মতম কুইরক্লে। মণিপুরগী লরায় পুম্নমক শুরে। হৌজিক্তি ইম্ফালদা লেংঙসি। মহৌশাগুম ঐবু ইপা-ইমা শক্তুনা কোনবীয়ু।"

ইবোতোম্বীনা ময়াম্বগী মচা মহেন্দ্রগী ! মিং চনবা চৎনবা জীপ খোঁদোকখ্রে। মহেন্দ্র লাইরবনা লাইরিক তম্বা ঙমদতুনা লৌ-শিং উথুনা লৈরুরবা তুংদা ঙসি লাইরিক তম্বা চৎকদৌরি। মবুংনা জীপ তোংবা উবদা মচন মুপী মিনা হোৎতোক্লক্লে। ইবোতোম্বানা অঙাং খাম্লো হায়না লতাবু কৌরি। লতানা হোৎতোক্লক্তুনা মিনাবু পম্লতুনা হায়রকই—মিনা ! মেমপিশক নংদি হোরেন ইন্দোমচাগা মসেনমা য়েংবা চৎসি।" মিনানা কপ্পা কপ্পা হায়রকই—"অং অং গালী তোংগা চৎনি কৈগু।" মন্দোমচানা নোক্লা খুম্মি—"হোয়নে হোয়নে জীপ তোংলগা চৎকনিনে। মীঠাইকাসু লৈবীনি।" মন্দোমচাগী ঙকশমদা চেজেৎ কোম্লগা হায়রকই—"অং অং ঐদি পাউংতোনগী তম্পাক্তা ফমগনি, গালি জীবসু তোংনি। অং অং তামোচৌবা পুপীরোই।" মিনাগী রাসি তাবদা ইমুং পুম্নমক হৌতুনা নোকখ্রে। মতম কুইনগী তুংদা ইমুং অসি মুঙাইবগী ইথক হৌখ্রে ; নোকপগী খোঞ্জেল্লা নিনখ্রে।"

---

# য়াখং ইনবা

রাজস্থানগী লৱাইগী অপিকপা খুঙ্গং অমনি। খুঙ্গং অসিদা অচৌবা লম্পাক অমা লৈ। লম্পাক অসিগী নোংপোক চিদাইদা অচৌবা পুখ্রী অমা লৈ। পুখ্রী অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা য়ুম কয়ামরুমগী ঈশিং চানফম্নি। লম্পাক্কী নোংচুপ থংবা শরুক্তা খুঙ্গংগী নহারোলশিংনা হোকি, বোলনচিংবা শান্নে। লম্পাক অসি নহা কয়াগী শান্নফম অমসুং অহল কয়াগী লৈপুং ফমহুনা পোথাকম্নি। পুখ্রী অসিগী মপান্দা মপোক হোরবা চৈগু পায়রবা চহি ৭০ রোমগী অহল অমা লাকই। অহল অসি হেক লাকপা উবদা চেল চোংহুনা শান্নরম্বা অঙাং শঙ্গু অমা হোৎচিল্লকতুনা পুংকোয় হেক কোয়শিল্লি। অঙাং ময়াম্না মাবু "খুরা! খুরা লাকএ" হায়না রা রা হেক লাওই। মহাক খাইগী খুরানি। নহা অহন পুম্নমক্না মাবু খুরা কৌই। অহনশিংনা মাবু খুরা কৌই হায়হুনা মশুগুম্নবা অঙাংনসু মাবু খুরা অসুম মকৌরে। অওইবমক মহাক খাইগী খুরানি।

অঙাং অমনা চৈগু পাক হেক পায় অমনা মপাম্বোমদা পায় অমনা কৈজোম ফিজিদা য়ান্নে। চপ মান্নবা হায়রকই—"রারী লিরো রারী লিরো" অসুম্না ঙুমিৎ থুদিংগী রারী লীহুনা অঙাংশিং

অসিবু তাহল্লি। মাগী রারীদা অঙকপা যাদু অমা য়াওই নোংমতসু মানা ফুঙ্গা রারী লীদে। নোংমনা জর্ম্মন লালগী রারী নোংমনা সিফাই লালহৌবগী রারী নোংমনা রাজপুতশিংগা বীর-বীরাঙ্গনা রানা প্রতাপ, সঙ্গ্রামসিংহ, পদ্মিনী, কর্মবতী, ধাত্রী-পন্না অসিনচিংবা অকন অথৌগী অমসুং ত্যাগকী মূর্ত্তি ওইরবা মীশিংগী রারী ঙাক্তা মানা লী। নোংমা ফাদোকসু লী মহাভারত-রমায়ণগী রারী অদুসু অথন্নবা অকন অথৌগী লালগী রারীনি। মহাভারততা ভীম, রামায়ণদা হনুমান মানা য়াম্না পামজবা রারীগী মচাক্নি।

মানা রারী লীবা অসি নহা অহল খঙদে। অতাবা পূন্নমকী পুক্নিং শুক্নংলি। মাগী রারী অসি কুম্মৈগুম্মি। লালগী মতাং লাকপদা রাইফল করম্না পায় করম্না কাপ্পী মেচিনগন্না করম্না শিজিন্নৈ পূন্নমক আর্ট একটিংগা লোয়ননা ময়ামদা তম্মি। মাগী চৈশু অদু অমুক পায়খৎলি অমুক পাকথৈ অমুক থুরুগদক কুপ্লি। অমুক ক্ষিবম সেমদুনা হেগুবোম লংই। অসুন্না রারী তারিবা অঙাংশিংগী মাংদা লালকমগী দৃশ্য অদু তশেংনা উবগুম তৌই। রামায়ণদা হনুমান্না সমুদ্র চোংবা, লঙ্কা মৈ থাবা; পুন্নমক অসি মানা লীবদা মাগী মশক অসি অঙাংশিংনা হনুমান ওইদ ওইরবোই নিংই। মহাভারতকী গদাপর্ব্বদা গদা হাইনবা অসি মশামক হৌগত্তুনা মাগী চৈশু অদুনা হাইবনে হুম্বনে চোংবনে ফনবনে মাগী চৈশু অদুনা দুর্য্যধনগী মথুদা য়ৈবদা য়ৈথোক্লবোই নিংই।

অহল অসি অতৈ কনাসু নত্তে রণজীৎসিংহনি। পৃথিবীগী অহানবা লাণ্ডাওদ বৃটিশ সরকারগী মাইকৈদগী জর্ম্মনগী লাল য়াওরুই লাইরিক লাইশু কয়া থোইনা হৈতে অঙাং ওইরিঙৈদা

স্কুলদা মী য়ৈনগল্লি হায়ত্তুনা ওঝানা ফুবদগী শাওত্তুনা স্কুল অত্তুম কাখিদ্রে। মমিং ইবা ফাওবদি ঙস্মি মত্তুস্তু নোংমনা রণজং, নোংমনা, রানজিং অস্তুম্না বনান লান্না লান্না ই। পাখং ফারক্রবদা সিফাই খনখি, শিনফম অসি মান' য়াম্না পামজনা থোকখ্রে মাগী হৈ-শিংবা মথোনা লৈবা পূম্নমক অসিনা মথং-মথং হাইগংখিত্তনা সুবেদার ফাওবা ওইখি লরাইদা লৈত্তুনস্তু মহাক লাঙ্গোল থক পায়দে। লোউ-শিংউবা য়াওদে। মহৌশাগী চৎনবী রাখন্দা লৈ। "ঐখোয়দি ক্ষত্রিয় মচানি, রাজপুত বংশনি লৈবাক ঙাক্কনি, লাল তৌগনি, নত্রগা শিগনি।" মসি মাগী থাক্তবনি। লৌ খরা লৈজ্রে মত্তুগী লোশালনা চাবা ওক্রবা লাকই। থাগী পেন্সন খরা লাকপনা মহাক পংরা রাদনা পুন্সি লেল্লস্মি। ঈশ্বরনা রণজিংকী মরল ওইনা মচা তুপা অমথক্তং পীনবি। মত্তু থাঙ্গশেংবা মণিনি। ঙস্মি রণধীর বি. এ পাস তৌরে। শেল-থুমগী ফিবম্ন পংফ ফবা নত্তবনা মহাক মখা তমথবগী আশাস্তু তৌদ্রে। মতম খরা থুঙ্গংগী স্কুল অমদা ওঝা ওইসিরা থল্লি। মপা রণজিংনা হায়রি "হেরা ইবো ওঝা ওইবককা হায়বত্তদি ব্রাহ্মণগী থবক্নি। ঐখোয় ক্ষত্রিয় মচানবু হেরা রাজপুতনবু ওঝা ওই হায়ব্রা ? ঐখোয়দি সিফাই খনগদবনি, লৈবাক ঙাক্কদবনি। ওঝা ওইবা ইরাৎ পূজা তৌবা অসি পুম্বদি ব্রহ্মণতনা তৌগদবনি। রণধীর মপাবু ওন্থোক্লা কি, য়াম্না ব্যবহার তৌনা লোইনজে য়াম্না কিনা অমস্তুং শোন্থাংননা হায়রকই—"বাবানা তাকপীরিবত্ত চুমদি চুমই হায়ববু মহৌশাগী রা ওইরে, হৌজিক মতমগা কয়া চুনদ্রে। মহৌশাগী বর্ণব্যবস্থাগী মত্তুং ইন্না কনাস্তু মথো তৌনদ্রে। ব্রহ্মণশিংনা হুকান তৌত্তনা খোঙউপ ফাওবা য়োল্লে। মখোয়বু কনানা বৈশ্যনি হায়দে ব্রহ্মণ ওইত্তুন অস্তুম মরৈ।"

রণজিৎ মহৌশানা য়াম্না শাওগনবা অফিংবা মীনি মহৌশানা মহাক মরৈ য়েৎনবা য়াদে। থরদং য়েৎনবদা শাওবনা হাল্লি, মরম অসিনা মহাকপু মুন্না খঙনা মীনা মাগা মরৈ থক য়েৎনদে। য়েৎনরুরবদি মী অমু চোপ্তুনিঙাই লৈতে। শাওরংননা হায়রকই— "মথৌ খঙনা চৎনদবা অসিনা লৈবাক অসি মাঙলবনি। মতম অসি ওম্থোকপা ওইরে, মথৌ খঙনা চৎনদ্রে থকসি থাসি নাইনদ্রে মরম অসিননি মতম চাদনা শিনরিবা, মথল মথলগী লাইনা থোক্লকলিবা মমাংঙৈদা চহি চাম পুন্সিনরম্মি হৌফিক্তি মমু নদ্রে থাইনগী অহল্লমলগী পুন্সি ফংদ্রে। ঐখোয়দি রাণা শাগেদা পোকপনি। য়েংউ ইবো গীতাদা হায়রি—সুখিনঃ ক্ষত্রিয়াঃ লভন্তে যুদ্ধমীদৃশং মরায়বক ফবনা ক্ষত্রিয়শিংনা লাল হায়বসি ফংলিবনি। স্বর্গদ্বারমপাবৃতম্ স্বর্গগী থোং হাংহনা লৈরবনি। ঐখোয়দি লালদা শিব ককা হায়বদো পামজখ্রে সনাতন ধর্ম্ম ফংনিংখ্রে অতুবু ফংদ্রে।"

হুমিৎ অসিদগী হাপ্তামুক লৈরগা রনধীর মিলিটরীদা চঙখ্রে। মতম থরা ট্রেনিং ফংলবা তুংদা মহাক মিলিটরী ওফিসার ওইনা থবক তৌখ্রে। মহাকী হৈ-শিংবনা য়াম্না থুনা রেঙ্ক হায়গৎখিহনা কেপ্তেন কাখ্রে। মাগী ফম হায়গৎপা অসিগী পাউগা লোয়ননা থা অমগীদমক ছুটি লোহনা ময়ুমদা লাকনি হায়বা পাউ ফংলে। পাউ অসি তাবদা রনজিৎকী মুংঙাইজবা লোইখ্রে। য়ুমথোং খুদিং চত্তুনা মচাগী চাওখৎপা য়াইফবগী পাও অসি তম্মি। মীপুম খুদিংদা রারী তৌই। ঙসিদি রণধীর থুংলগনি। রণজীৎনা মাগী লম্পাক্কী রারী তাবা অঙাং তেঙ্গোল পুহনা মচা ওকপা লাক্লে। হুমিৎ অসি মরুপ মপাং পুন্নমক উবদা মানা হান্না ঙয়াম

তরাম কৌই। "ইবুঙঙো ননাওদো কেপ্তেন কাজরে ঙসি লাক্কদৌরি নচাদো কম কাখৎলে। হৌজিক থুংলগদৌরি।" ব্রাকম অসি লরাইগী থুঙং মচা অসি পুম্নিন নিনখ্রে।

লরাইগী অপিকপা ষ্টেসন মচা অসিদা মুমিদাংব্রাইরম পুং ৪ তাবা মতমদা রণজীৎ য়ৌরক্লে। ষ্টেশনগী মতাই ওইরপ্পা অহাংবা মফম অমদা মাগী লোয়নরকপা অঙাং ময়াম অতু পরেং শানা লেপ্তুনা লৈরে। মখোয়গী থুরাগী য়াথং ইন্না থুঙংগী ময়াম্বা শক্লবা কেপ্তেন রণধীরবু গার্ড-ওফ-ওনার তৌজগদৌরি। মতমচানা রেল-গাড়ী থুংলরে লরাইগী অপীকপা ষ্টেশন অসিদা মীয়ু থোইনা ঈন্নদে। রেলদগী কুমথরকপসু য়ামদে অসুম্না কাখৎখিবসু থরদনি। রণধীরনা রেলদগী কুমথরকপগা মপাগী মখোং শোক্না থুরুম্লে। মপানা মাগী থুঙংগী অঙাংশিং লেপ্তুনা ঙাইরিবা অতুগী মনাক্তা পুশিনখ্রে। মগাক উবদা অঙাংশিংনা সলাম তৌহুনা ওক্লে। মপাগী খুজিন খোরাং পুম্নমক্তা রনধীরনা সুংঙাইবা ফংই। করিগুম্বদা রনধীর-না মপানা তায়বা ইন্দবা তৌখিদে। মপাগী য়াথং ঙাকপনা মাগী পুন্সিগী লাইনিংনি। থাইনগী অহল ওইবনা মতমগা চুনদবা ব্রাকম হায়রবা ফাওবদা য়াম্না কায়গদবা লৈত্রবদি মপাগী ব্রাদা থোইনা য়েংলুবা লৈতে।

রণধীর য়েংবদা কয়াদা নিংখিবা মথোং কাখৎলকপা নহানো। চাও-শাংই নোংশা শাবানগুম মথবাক ফল্লি মখাং চেংই। পুলৈ-কুচুনি। মহৌশাগী ওইবা ফজবা শক্তমগী মথক্তা অচোবা কম্থোন কাবগী ফজবা ফিজেৎ লৈতেংনা ওন্থোক্লা পুক্লিং হুবগী মশক ওইরে। থুঙংগী অঙাংশিং উবদা খঙহৌদনা থম্মোই পেংখ্রে। মহাকসু অঙাং ওইরিঙৈদা মপানা ড্রিল তৌবা শেলুট তৌবা

পুন্নমক তম্বীরকই। মিলিটরীদা লৈরকপা অমসুং মসিদা মথরায় লুপ্লবা মপানা ঙসি মহাকপুদা নত্তনা থুঙ্গংগী অমসুং ভারতকী নহা-পুম্বা মিলিটরীদা য়াওহন্নিংই অমসুং মিলিটরী দিসিপ্লিন্দনা ভারতপু কনগনি হায়বসি অহল ওইরবা মপাগী থাজবনি। তুংগী ভারত শেম্বদা শরুক য়ারগদৌরিবা শনশেন-শনঙাক্তনা মখোয়গী মথৌ ওইহনা লৈরবা মহৈ তম্বদা মপুং ফানা পুক্লিং হাপ্পা ঙমদ্রবা অঙাংশিং অসি উরগা অমুকস্তু থোইনা হেন্না মুংশিগ্রে। রনধীরনা মিথাই লৈরুহনা অঙাংশিংদা য়েল্লে।

হৌজিক ময়াম পুন্নমক রনধীরগী ময়ুম পাংলক্লে। থুলগী মী পুন্নমক থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা য়েংনরি। ঙসিদি কুম্মে ওইখ্রে। মরু ওইনা অপিকপা লন্নাইগী থুঙ্গং অসিদদি অসিগুম্বা মীওই অমসুং ফিজেৎ লাকচেৎ অসি উবা ফংদে অসিগীসু মথক্তা মপা রনজীৎনা হান্না থুঙ্গং থুংনা পাও চেনগ্রবনি। কেপ্তেনগী ফিজেত্তি অসুম তৌই তুপীনা অসুম উপ্পি, পিস্তোলনা অসুম য়াল্লি। তোল্লোপনা অসুক ফংই।” রনধীর উবদা অহল থুদিংনা মচা ওইনিংই অঙাং থুদিংমক্তা ময়াম্বা ওইনিংই। মহৌশানা ইকায় খিরবী নিঙোলশিংসু থরাই তানা য়েংজরি অহুব মখোয়গী থম্মোইনা করি হায়রি মহু কনানা থঙ্গনি। অউবনা মপাবু-ফাও য়াওনা থাগৎতুনা হায়নৈ “কৈনা তোকপা পোকপ্রা?”

রনধীর লাকপা থা মথায় অমা ফাগ্রে। মতম অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা পাকিস্থানগী লান্মীনা কাশ্মীরদা লান্দারক্লে। ছুটিদা লৈখিবা লান্মী পুন্নমক ছুটি লোইদনা হনবা তারে। রণধীরগী মম্মাদি লন্নাইদা বজ্র তাবহু মঙাইখ্রে। শেলগী অন্নাৎপা লৈত্রে, মতিক মগুণ লৈবা মচাগী মমা ওইরে মচাগী লুহোং-কৈহোংবা

মুম অসিদা মমৌ লাকতুনা সেবা তৌরবা অসিনচিংবা শাজরম্বা আশাগী দলাল থঙহৌদনা নিংখায়খ্রে। মচা কায়নবগী অৱাবা মৈচাক্না অহোইননা চাকপা হৌরক্লে। য়ামশিল্লক্লবা চহীগী পোৎলুং মখল মখা অয়াম্বা লাইনাগী অৱা মৈশা ; মচা কায়নবগী মৈরি পূন্নমক অসি মাগী শোম্বরক্লবা হকচাংনা মায়য়োক য়াবা ঙমগনি হায়বা উশিল্লক্লে।

রণজীৎনা ৱারবী মাগী মুপীবু মখল মখা অয়াম্বা পাওতাক পীতুনা মপুক্লিং ফানবা হোৎনৈ অদুবু নোংম নোংমগী অসুম অসুম শোঞ্জিল্লক্লে মমৈথংদদি মহাক চাননা অনাবা হায়বদু ওইখ্রে। মাইবা মাইবী কয়ানা হোৎনবা পুম্বা মুংদা ঈশিং চাইবা ওইখ্রে। মমৈথংদা রণজীৎকী মথুন্তগী মুন্দুনা পুখ্রে। পাক্লবা তাইবঙপান্দা মাগীনি কনা উবা ফংলকখ্রে। শাদা লালদা নিংহন্নবা লৈত্রবা কল্লবা থম্মোয় অদু থঙহৌদনা শোম্বরকই খল্লকই—"করিগীদমক ঐনা ইচাবু মীশিটরীদা চংহল্লুবা। পুন্সিগী অরোইবা মুমিত্তা মমাগা মচাগা উন্নখিদ্রে। ঙসিসু মাগী মনাক্তা কনা লৈরক্লে। কনাগুম্বা নোকর চাকরগী সেবানা অপেনবা ওইদুনা লৈবা তারক্লে। ৱারবা মতম অসিদা ভাগবদগীতা পারদুনা অৱা পোত্থাবা ঙম্ত্রা য়েংগে হোৎনরি।

রণধীরনা মমা শিবগী টেলিগ্রাম ফংখি। অদুবু দেশকী লুরবা তানকম ওইবা জাতিগী অগ্নি-পরীক্ষা তৌবা মতম ওইবনা মহাক ময়ুমদা হন্নবা পাম্বে লৈরমদে। ভারতকী লাম্মীশিংনা থরদং চেকশিনবা ৱাৎপদা থাইকত্রবা কাশ্মীর ভারতগী মচেৎ তানা থাইদোকথিগদৌরিবনি। অকনবা পোকপী ভারত লৈমগী ইজৎ পুন্নমক লৈমায়দা তিনখিবা তারিবনি। মতম অসিদা কনানা

ঈমানো, কনানা ঈপানো দেশ মাতাদগী অথোইবা অমা লৈরিব্র ? চান্নরবা কয়া মাংখিবা য়াই, হুংশিবা কয়া হৌখিবা য়াই। দেশ মাতানা মায়খিরবদি পুন্নমক অরেম্বা ওইরে।

ওসিদি ভারত লান্মীগী অকনবা লাঞ্জংনি। কেপ্তেন রণধীরগী লুচিংদা য়েক্লবগী কেম্প অমদা লান্দাবা তারি। অচিকপা অমম্বা অথেংবা অহিংগী মতম্নি। ভারতকী লান্মীশিংনা অকনবা নোংলৈ হু·শিংকী শাফুদা য়েক্লবগী কেম্প তম্না ফুজিনথ্রে পুংজা কয়া চুপ্না মাইকৈ অনি কাপ্নরে। নোংমৈ খোঞ্জেলনা অহিংগী অচিকপা থুগাইখ্রে। নোংমৈ গুলিনা নোংলিক·কুম কুংনা পাইরে। মেচিনগন অমসুং হেণ্ডবোমগী খোঞ্জেল্লা তত্তনা নিল্লি। মতম্না অসুম কুই-শিল্লক্লগা নোংমৈগুলীগী খোঞ্জেল অসুম অসুম নেমথরক্লে মাইকৈ অনিমক্কী লান্মী তুম্না শিরক্লে। কাশ্মীরগী অঙৌবা উনগী চীংমাই ঈতনা পুনঙাং ঙাংখ্রে। রণধীরদি সিফাই মরি মঙাতগা লোয়ননা য়াম্না মাঙ থানা চংশিনখ্রে। মানা কাপথোক্লকপা মেচিনগনগী পাওথুম য়েক্লবনা অমুক পীরকখিদ্রে। মমৈথংদা মাগী নোংমৈদগীসু অমুক খোঞ্জেল থোকখিদ্রে য়েক্লবগী কেম্পতা ভারত জাতিগী মচু অহুমগী ফিরালনা মনিং তম্না হাইরে।

মিলিটরী হোস্পিতালনি। কেপ্তেন রণধীর পুক্সি তুমথুন তানগদোরে। মহাক মমিৎ উইশিল্লি মরক মরক্তা পাংথোক্লকই অমসুং কনাগুম্বা অমবু থিবগুম কোইনা কোইনা য়েংই। মানা থিরিবা মী অহু উত্রবদা অমুক উইশিনখি। মানা কৌরকই "প্রতাপ, প্রতাপ সিংহ!" প্রতাপ মানা লুনা তৌজবা সিফাইনি। মাগী থুঙ্গংগা থংনবা থুন্দা লৈবনি।

প্রতাপনা থুম্মি—"তাকপীয়ু হুজুর ঐ নাক্তা লেংদনা লৈ।" রণধীরনা মতং মতং ওইবা খোঞ্জেলনা হায়রকই—"প্রতাপ ঐখোয়গী পীক্লবা থুঙ্গং ; অশংবা ফোনানা ইপোম হৌবা লোবুক ... ... ... ... ...পীক্ল-পীক্লবা থুঙ্গংগী শঞ্জেন্নহাশিং... ... ... ... নিংশিংলিবরা নং... ... ... ... ।

প্রতাপ—"হুজুর লাললু নেমথরে। হকচাং হেক ফবগা ছুটি লৌতুনা থুঙ্গংদা লেঙলগনি।"

রণধীর—"নত্তে ঐদি থুঙ্গংদা অমুক হল্লরোই। ইমানা ঐবু কৌরে..... ......... ।"

প্রতাপ—"নত্তে নত্তে হুজুর থুঙ্গংদা শোয়দবা হনখিগনি। শোয়দন হনখিগনি।

রণধীর—"নংনা অসুম হনখিবদা ঐখোয়গী থুঙ্গংগী ষ্টেশনদা ... ... ...বাবা ভাইতুনা লৈরমগনি। ... ... ...মভোন্দা হায়যু ঐনা মাগী য়াথং ভাক্লে হায়না। অতগা থুঙ্গংগী অভাংশিংনা ঐবু ওক্কদবগী ভাইতুনা লৈরমগনি। মখোয়দা ঐনা... ... ... ।" রাহে খরা অসিনা রণধীরগী অরোইবা খোম্থোক্লি।

ভসিসু লরাইগী লৈরক থুল্লক অমসুং লম্পাক্কী পুখ্রী মপান্দ মকোই মরাং চোম্বা অহল অমা কোইচৎ-চৎলি। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি মহৌশাগুম্না অভাংশিংনা মতুংদি ইন্দ্রে। অতুবু মাগী রারীদি লেপ্পা লৈত্রি। ভসিগী মাগী রারীগী অনৌবা লমাইদা য়াওব্রি কনাগুম্বা মথৌনা লৈবা জাতিগী নহা অমগী বলিদান।

---

# কণ্ঠোকখ্রবা থম্মোই

অওনবা হায়বসি মহৌশা লাইরেম্বীগী হৌনশানি। তাইবং পানবদা লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক অতৎপা লৈতনা ওল্লি। ঙরাং পোম্লম্বা লৈরাংনা ঙসি লৈকা ফম্না শাৎকায়রি ঙসি শাৎলিবা লৈরাংশিং অসি হয়েংদি লৈমন চন্দুনা মালেম লৈমাইপক্তা চোই-ঙাইননা কেনগনি। অসুম্না মীওইবগী পুন্সিসু অওনবা নাইবা তাইবংগী চক্রদা তাওহুনা তত্তুনা ওল্লি, লেপ্তুনা লৈরি। লম্বীগী চাক্লিবা কয়াসু অচৌবা লনগৈগী মপু ওইরকই। তাংবলথক্তা ফম্লম্বা নিংথৌ কয়ানা লম্বীগী চাক্লিবা ওইরকই। খোংচৎ কনবী মতমগী ইচেলদা তাওহুনা চৎলিবা মীও বনা কয়া কুইনা লেঙদনা লেপ্তুনা লৈবা ঙমগনি।

নবকুমার শেল য়াম্না পায়বা ঠীকাদার অমনি। পৈশাগী নিশাদা তাওহুনা তাইবংগী অরাবা খঙদনা মতম লেল্লি। য়ু থকপা, জুরার শান্নবা, সুপী কোইবা অসিনচিংবা তৌহুনা মতম লেল্লি। বিধাতাগী নোংদম কনানা খঙগনি। অচৌবা ঠিকা অমদা নবকুমার শেল য়াম্না মাঙখ্রে। লৈহৌবা থরক্তুসু জুরারদা লোইনা থাদোকখ্রে। ঙসি মহাক লাইরবা হায়বহু ওইরে। মীগী মশেলনা থাং কোইরে অহুবু মহৌশাগী হৈনরকপা ওইবনা

চুরুট অহাওবা থকপা; ইনশাং অহাওবা চাবা; কেবা মোবা অসি পুম্বদি তোক্তি। মহৌশানা মীওইবনা হৈনখিব শাজৎ পাক হেক থাদোকপা হায়বা অসি য়াম্না ৱানা থোবই। লাইরেন্না মশাগী ইজৎ ঙাকপদা কফুত্তা কাহুনা শিবগুম ঠীকাদার বাবুস্ত লৈত্রবস্ত অরৈবা শাহুনা পুহুনা লঙহুনা মতম লেল্লি। নোংমা নবকুমারবু উবদা চেঙ্গোরক্নুনা কৌরম্বা দুকান্দারনা শোৎকে হায়রক্কনি কিবনা মমাই লৈথোক্নুনা খাঙনরে। উখোঙ ফম্বীনা পানা লানবদি লায়রহুনা মা উবদা পোৎ লোইশিন্নরে। নবকুমারহু বিল অচৌবা অমা লাকখিনি; বেরা তৌনরি; কেশ তৌনরি অসি হায়হুনা মীঙোল খুদিং ৱারী শাই অহুবু মৈবু কয়া কুইনা ফিনা কুপহুনা থম্বা য়াবগে।

অসিগুম্বা অৱাবগী মতম অসিদা মাগী মুৎলি মুৎলিবা আশা অমদি কেতুকীনি। অচৌবা ইপাক্তা ইৱাক্নবা মীনা মনাক্তা তাওবা ইকা অমা ফাওবা পায়গে লাম্বগুম মউ চাউরবা উপালনা দুথরকপদা মঙোন্দা য়েৎপা উরীনা মাবু য়ান্নহুনা থমগনি খনবগুম মানা কেতুকীবু আশা তৌরি। মসিস্তু আশাগী অঙকপা পাঙ্গল অমনি। অহুবু কেতুকীগী ৱাঙাং শাঙাং, শাজৎ কায়দাদা অহোংবা অমা লাক্লে। মহৌশাদি মানা হেক চৎখিবদা ঙমুংদগী চেঙ্গোরক্নুনা সাইকল থাংজিল্লি। খোংউপ লৌথোকপী, অহুদগী চা, কা, কোমলা, চুরুট মথং মথং। অহাওবা ইনশাংগী মথেন মকোয় মহু পুম্বা তোকখ্রে। নবকুমার চংহন্নিংদ্রে হায়বসি মহাক ৱাম্না মুন্না খঙই। অহুবু মহাকস্ত তরাই তরাইনা নিংহন্নবিবা মীতা নত্তে। কেতুকীনা লৈরিবা জিজ্ঘনা কুপ্পা য়ুম ঠীকাদারনা

শাবনি, শিরিব খুজি-নাচি লিক পরেং পুন্নমক মানা শাবনি। রারবা মতম অসিদ মাবু থরদংদি নৈদনা চাদবা য়াদে খল্লি। নোংমদি ফুরিংথাওদা নয়া পৈশা অমা ফাওবা য়াওদ্রে। য়ুগী ডুকানসু ভস্তানা থোঙ লোনখ্রে। শোত্তবা ডুকানসু অমত য়াওদ্রে। কেতু-কীদা হায়রকই—"কেতুকী! চুরুট উপু অমতংদি লৈনবা পৈশা ২ পীয়ু হায়। ঐ চুরুট থক্লিংবনা শিগদৌরে।"

"ইমাই পেম্মা ঐতম চুরুট থক্লংবনা শিদৌরবনি। তামো লেংঙক্লগা থক্কনি হায়তুনা ভায়তুনা লৈরম্লিবনি। চুরুট ককা য়াও-রক্ত্রবোইরে। চুরুটতি লাইরি, তামো লেংঙক্লগা ফান্নবা চা লোন্নবা চিনি লৈনবা নয়া পৈশা তরা চৎপী অমা ফাওবা লৈখিদ্রে।"

"উম অতুদি ভুসি চাসু থকপা ফংলোইদোরি? আ, অতুগা য়েংঙোই কেতুকী! নং লুপা য়াঙ্খে চামদংদি পীয়ু ঐ বিল ফংলগা শেন্দোই চাউনা হাপতুনা শিংবিগে। ঐ য়াম্না নংলে।"

কেতুকীনা ইশিং শিনা নোক্লগা হায়রকই—"গুংঙাইরেদকো য়াঙ্খে চামগী রাসু হায়বিরিয়ে। ঐখোয়দি নয়া পৈশা অভাংবী অমগী মপুসু ওইদ্রবদা তামোখোয়না নংতুনবু শামুনা মরাং কংলগ ইরোইমুক চাউই হায়বতুনি। য়েংঙোই তামো হয়েংদি লুপা ৩০ পীদবা য়াদে ঐগী খুদোপ বন্ধান থমখিবদো হন্দোক্লবা মমাংগী খুরা চাউথোইননে হন্দোকউ হায়না হায়রম্মী।" কেতুকীনা মাগী খুদোপ উপুদা থমজিনখিবা থা অমরোম কারে। মহৌশানা অসুম তৌতুনা নবকুমারদগী পৈসা হেক লৌই।

নবকুমারনা শকক্ম য়াম্না ইজিম্না হায়রকই—"তৌতু-হায় কেতুকী নংবু ঐ তান য়াম্না চাত্রতুনা তৌবনি। "ইহে!

থাজদমাল্লেনহায় ঐদি তামোনা পীরগা চাবনি, পীত্রগা তোকপনি। হন্দক মরক্তি তামোস্থ পৈশা অমা ফাও পীত্রে। কদাইদগীনো ঐগী লৈগদবা অসে। নহানদো লুপা মঙা তরাদং লৈজরম্মে হায়বা অতুস্থনে ইমাই পেম্মা লং লৌনিংঙাই পৈশা লৈতে হায়ত্থনে শুরু শুরু হেক নৈবা। নমত্থনা হেক লৌখিবনিনে।"

"অত্থদি নংগী লিকতো; মরৈ পরেংদো মত্থ কায়থোক্লসি।"

কেতুকী য়াম্না শিংবী মুপীনি। মথুক্তা মী কয়া কয়া তুমগ্রবনি। নবকুমারগী মরমদা য়াম্না কুপ্পা থিজিল্লি। ওফিসকী মীশিংদগী পাও লৌত্থনা নবকুমারগী পৈশা ফংনিংঙাই লৈত্রে হায়বা মা য়াম্না মুম্না থঙই। মরম অসিনা মানা ঠিকাদারবু থাদোকনবা কম্না হোৎনরম্মী। হায়রকই—

"লিকত্তি অমুক শাবিদ্রবস্থ য়াইয়ে ঐগী হায়ববু কক্সিনো তামোগী ঙাক্তি। কান্নিনিংঙায়বু লৈরবদি ইপোৎ ইরলদা নত্তে ইশা ফাওবা য়োনবিয়্ন হায়জরিবনি। অত্থদনে লীকতো নহান ইন্দোমচানা পুত্রি। মখোয়গী থুরাগী শোরাক্তানে য়ুম ইংখোল বন্ধান থমথি হায়বা........।

কেতুকীগী ওইদবা রা ময়াম অসি নবকুমারনা য়াম্না মুন্না থঙই শাওরপ্পা হায়রকই— "কান্নরোই কেতুকী লৈরিবা য়ুম ঐনা শাবনি। শিরিবা লিক-কোল পুম্নমক ঐনা শাবনি। অত্থম্না নবুক কত্রবদি ননাদ য়ানবা স্না ফাওবা ফক্তনা পুগদবনি।"

"এ এ অত্থম্না থনবিরবদি ভাব য়াম্না কায়বা তাপ্রে। ঙস্মি মুপানি হায়ত্থনে অকন অরেং শিঙবদি তৌবিস্থ। ঐখোয়-স্থে লুপীমক ওইরবস্থনে ইমিং হায়কেৎ চৎচরিবনি। থাইনা

লাইশোম লৈকায় কেতুকী হায়নরিবনি।

"লৈরিব য়ুম-কৈ শিরিব সনা লুপা পুম্নমক অসিবু ঐগী ঙাক নত্রা? ঐনা খুদোং থরা চারক্ত্রবা অসিদ ঐবু চঙব ফাওবা চঙ-হননিংদ্রে। কান্নরোই শো পুথোরকউ উপুদা লৈবা সনা পুম্নমক হৌজিক ঐনা লোইনা পুগদবনি।"

কেতুকীনা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই—"সুংঙাইবিরেদা। পায় অমা ফাওবা য়াওদে। তামোনা শাবিবা য়ুমনি, ঐ য়াই। শিরিবা লিকস্থু শাবিবনি। অরাবদি মসি পুম্বা ঐগী ঙাক্সি। মসিদ তামোগী অধিকার করিস্থু লৈতে।"নবকুমারনা শাওবনা মৈ হৌদুনা হায়রকই—"করিগী ঐগী অধিকার লৈরোই।"

কেতুকী সুংশাসোর অমুকতং শাংন হোন্দোক্লগা শকক্কম হঞ্জিন্না হায়রকই—"ঐদি ওক্তবীনি, ইশক ইতৌ য়োন্দুনা হিংজবীনি। পুম্নমক অসি ঐগী ইশক্না তাঞ্জবা ইরলনি।" "অদু ওইরবদি নং ঐগীনি। ঐনা হায়ব ইনগদবনি।" "ইহে ভাব অম ইওন ওন্নরে। ঐনা হায়জব অসি ভাব অমুক্ত তাবিখো ওক্তবীগী থম্মোইংবু মতিক চাওবা কনানা কয়া কুইনা খুদুম চন্না থম্বা ঙম্বগে। পৈশা লৈরিবা মখে ঐ তামোগীনি। মতম অদু ফাওবা ঐ মীখা পোল্লি। তামোগী পৈশা লৈতবা সুমিত্তা ঐস্থু ইনিং তম্মি। ঐখোয়দি সুংশিবা মশক খঙদে; কনাগীস্থু থম্মোইগী মখা পোন্দে। ঐখোয়না সুংশিবদি পৈশাদনি পৈশা।"

নবকুমারনা ঙকলপ্না হায়য়কই—"অদুদি ঐগী আশা অমসুং থাজবা পুম্বা অরানবা ওইরে।"

"উম অদুম্না খনবীবস্থু অরানবা ওইরোই।"

"অহুবু কেতুকী নং অমুক্তংদি মুন্না থল্লু ঐনা নংবু য়াম্না হুংশি।" "ও! তামোনা ঐবু হুংশিবী হায়বসি ঐগী লাইবক ফবনি। ঐগুম্বী ওক্তবীবু থাঙ্গৈমক শেংনা হুংশিবীবা তামোগী পুকচেল অহু থাগত্তব ঙমজদে। অহুবু অরাবদ্দি তামোগা ঐগা লৈনবা মরীদি লৈবা য়োনবগীনি। হুংশি হুভোনগী রাফম নত্তে শেল লৈরিবা মখৈ ঐ তামোগীনি। লৈতবা হুমিত্তা ঐস্থ নিং তম্লে।"

নবকুমারগী অশাঙবগী মৈ মুৎখ্রে; অঙকপা রাখলগী ঈরৈ অমদা মহাক তাউখ্রে। মহাক মকোক ঙাওরে হায়ফম খঙদ্রে। মকোক খোংলহনা হায়রকই — "ইস!" ঙাইহাক মরু লুকথহনা তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা—"অহুবু কেতুকী ঐনা নংবু থাঙ্গৈমক শেংন হুংশি নং অরোইবা ওইনা অমুক্তংদি রাখল তৌ।"

"তামোনা ঐবু অশেংবা ওইনা হুংশিবীবা অসিদা ঐস্থ ঙমখৈ লৈতনা হুংঙাইজে। অরাংদি তামোগীস্থ য়ুমদা অঙাং হুবী লৈ। পুবিগদবা পোৎলুম অসি ঐহাক ইথস্তগী নত্তে। ঐগী তুংদা অচৌবা পোৎলুম কয়ামরুম লৈরি ইচেনা পোকলম্বা অঙাং মরি মসিগীস্থ মথক্তা ইমা হন্নুবী অমা ময়াম অসিগী পোৎলুম তামোনা পুবিবা ঙম্লোই। ঙম্বিনি হায়না তরাই তরাইনা হায়বিরবস্থ ঐ থাজবা ঙমলোই। ওঃ ঐস্থ নোংমা লৈবাক মচা তারবা ইমুংগী মৌ ওই-রম্মী। কৈরোল লৈকাইনা মরম ওকই থাগৎনরম্মী, ইনেম ইকুনা চাল্লম্মী অহুবু ইপামদা ইমা হন্নুবীগা অঙাং মরিগনা অয়ুক চারগা হুমিদাং চরা হেনবা, শেৎননবা ফুরিৎ থোঙ্গাও, লাইরিক লৈননবা শেল ......ও...... পুন্নমক অসিনা ঐবু সমাজগী ফজবা ফিদমগী

চীংদোনদগী চিংথক্তনা ঙসি নরোঙ্গী কোমদা ওল্লিবসিনি (মপি তৈথোক্লগা) করিগুম্বা মরম অমসুং মরাল অমত্ত পীরমদনা সুংশিরবা ইনেম-ইকু অমসুং থম্মোই লাইশংদা লাৎচরিবা ইপুরোইববু থাদোক্লনা...... য়ুম অসিদা হল্লকখি। ফিশা-রোনশা তৌত্তনা তুম্বা মচেৎ ওই চাবা মচেৎ থাঙত্তনা ঙম্মথৈ নোমত্তনা য়েংই অদুবু ঈরাৎপনা নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লকই। ঙসিসু ঐগী মাংলবা মোৎ-লবা হকচাং অসিদা মথোন কারকপা পুন্সিগী অয়ুক্তা থম্মোই লায়ুমদা সুংশি মিরেল তাখিবা, ইপা ইপুনা সাঙ্গী ওইরগা লুহোংবগী হৌনবী অচেৎপা ধর্ম্মগী লৈপুননা পুনখিবা ইপুরোইবগী শক্তম থম্মোইসুংদা লাৎলি। ঐগী পাপকী হকচাং অসি লৈনিংবা কনানা লৈবা য়াগনি অদুগা মমল য়াওদনা কৎথোকপ্রবা থম্মোই অসিদি মহাক্কীনি।"

"নংনা কাইনপ্রবা নপুরোইববু অদুক য়াম্না সুংশিরিবদি মহাক নদি খঙসু খঙবিদনা।"

"খঙবীবগী কান্ননিঙাইসু লৈতে; মঙোম্দগী কংনিঙাইসু লৈতে। চুম্নতা মাবু ঈরাৎচরগা ঐঙোম্দা সুঙাইবা অপেনবা পোকচে।"

ঙাইহাক্তি কা অদু পুমচিক চিকপ্রে। মথোয় অনিমক রা মচেৎ অমত্ত ঙাংনখিদ্রে। মহৈ মহৈ মরু লুকথনত্তনা রাথলগী ঈরৈদা ইরারুপ্রে। ঙাইহাক লৈরগা নবকুমারনা অচিকপা থুগাইত্তনা হায়-রকই-"করে অদুদি ঐ চৎলে, পুন্সিদা, অরাবা তারবদা নিংশিংনসি" অসি হায়রম্লগা মহাক চৎপ্রে। মতম অসিদ কেতুকীদি হীক্লা হীক্লা কপত্তনা লৈহৌই। ঙাইহাক লৈরগা তপ্পা হোগৎলক্লনা থোঙ অদু চেৎনা লোনশিনপ্রে। কেতুকীনা কনাগীদমক পি শিক্করিবা?

নবকুমারসু কেতুকীগী মরীদা থনবা মথৈ থল্লে। রাথলগী ইরৈদা লুপ্লে, অতুবু চাংজো লাম্বদি কংথিত্রে।

থৌদোক অসি কেতুকীদা অনৌবা নত্তে। অসিগুম্বা কয়ারক থোকপ্রবনি। মসিদা মহাকীদি হৈনবী ওইরবনি। মাগী পুন্সি চুকান অসিদা মাগী লৈজবা মশক মতৌ অচু য়োঙ্জরিবনি। নবকুমার চৎপ্রবা তুংদা মহাক কমুংদা তপ্না কমথত্রে। মমিত্তগী শিম্বুরকপা পিনা ফিজি :চাৎত্রে। তাঙ্গা অসিদা চহি তরেৎলোমগী মশক মতৌ কজরবী সুপী মচা অমা চেনশিল্লক্তুনা মনাক্তা কম্ল্রে। মহাক মনোরমানি হায়রকই—“ইদোনচা ঐখোয়গীনে ইস্নুনগীনে ওজানন ঐখোয় ছাত্রী লোইননে কি মচু মান্নবা শেৎলু হায়রে অদো য়েংঙোই হুয়েং লৈবীয়ুকো।”

তাঙ্গা অসিদা মনোরমাগী মবুংসু চঙলক্তুনা হায়রকই—“এ এ ঐনা হান্না হায়জগে তৌরগা মানা হান্না হায়বিত্রে। ইন্দোনচা ঐগীনা হান্না লৈবীয়ু মাদি অঙাংনি, থর তপলবসু য়াই।”

“এ সুঙাইবিরেহায় নংদি কোন্নসু য়াই। ঐখোইদি ওজা ইবেত্তোম্বীনা হাপ্তা অমগী মসুংদা শেৎলক্তুবদি ইস্নুন ককা কারকসু হায় পোৎনি।”

“য়াদে য়াদে ইন্দোনচা ঐগীনা হান্নু।”

“ঙম্মোই কৈসু ঐগীনা হান্নু। ঐনা হান্না হায়জরগা চৎলো হুরানবা নং য়াওবিরসু কৈসু।”

অসি হায়রগুনা মন্দোনচাগী ফিজি পাকতুনা নৈবা হোরক্লে। কেতুকী মমিত্তা মপি কংত্রি। অঙাং অনি অসি উবদা নোক্লিংবনা

লোইখ্রে। অঙাং অনিমক মন্দোনচাগী নাকল নাকল কমত্থনা অহান অকোনগী খৎনবা হৌরক্লে। মনোরমানা মন্দোনচাগী মথুৎ নাম পায়রত্থনা হায়রকই — "ইন্দোনচা য়েংঙোই ঐগীনা হান্দ্রদিনে য়ারোইদ পোৎনি।" গোপালসু মন্দোনচাগী মথুৎ নামা পায়খ্রে। হায়রকই--"য়ারোই য়ারোই মানা হানগ্রবদি ঐদি পাখোন শিবা ককা অমত য়ারোদৌবনি।"

"মুঙাইবিরে হায় ঐদি কৌ শুবসু য়াওই, য়াইশু শিৎলি, অত্থগা আ কোনসু কেংই "চৎলো হিংচাবা।" অসি হায়ত্থনা মবুঙদা লাক্তনা ইল্লুরে। মবুঙনসু শাওমনখিত্থনা খুৎপাক্লা থারে। অনি অত্থ চাননা ফুনরে। ঙসাইমখে তুমিন্ন কুম্মে য়েংলম্বদগী হৌজিক্তি মাস্থ য়া ঙাংলক্লে। হায়রকই—"ঙাইখো ঙাইখো খৎনসু। নখোয় অনিমক্কী লৈগনি। চপ হেক মান্নন৷ লৈগদবনি। ইন্দোনচা লৈরিবদবু নখোয়গী করি য়াৎকনি হায়বগে।"

অঙাং অনি অত্থ অমুক চংশিন্নরক্তনা মন্দোনচাগী মথুৎ নাম নাম পায়খ্রে। মত্থনা পেন্দ্রত্থনা তম্বাক্ত হিপথনখ্রে। তম্বাক মুন্নবদা অমুকসু ফুনরে।

"য়েংঙোই নখোয় অনি অত্থম্না খৎনরবদি করিমতা লৈররোই। ঐ য়া হায়গে তাও হয়েং কি লৈবা চৎসি, নখোয় অনিমক কৈথেল্দা পুবিগে হায়বা। অত্থগা য়েংঙোই হয়েং কৈথেল চৎপদনে রিক্সা তোংসিরা অত্থগা সিটি বস তোংশিরা?"

অনিমক চপ মান্ননা খুন্নককই—"সিটি বস সিটী বস"

"অত্থবু নখোয়না হয়েং চাওরগা ঐগী করি লৈবিগদগে?"

মনোরমানা হায়রকই-"ঐদি চাউরগা তলব ককা চারগা ইন্দোনচাগী লীক শাবীনি, পাম্বোম ফাবীসু অছুগা থুদোপকাসু কোনবীনি।"

"গোপাল নংদি করি লৈবীনি ইন্দোনচাগী?"

"ঐদিনে য়েংঙোই কার ফজবা লৈরগা তোংহনগনি। কার অশংবা ফজবা জাৎ,মতুদা ইন্দোনচা তোংহল্লগা ঐনা থোদোপোৎনি।" মনোরমাসু য়াম্না তোংনিংলুরমাল্লে। ঙসাই থৎনখিবা কাউথোক্লুনা হায়রকই— "তামোচা নংগী কারতু ঐসু খর তোংগেকো।"

গোপালদি ঙসাই থৎনখিবগী মলোম লৈরম্মি। শাউরংননা থুম্নকই—"তোংহল্লোই নংদি সুংশিদে।"

কেতুকীনা হায়রকই— "গোপাল নংদি ওম্বোক্লা লিকথ্রেদা নংগী কারদা নচনসু খিত্তং তোংসনু কৈদোগে?"

মন্দোনচানা মাগী মীচঙ চঙবা উবদা মনোরমা য়াম্না হরাওরে। নোকফেৎ তৌহুনা তম্বাক্লা নিংথিনা কাথৎতুনা লৈতানা ফমথ্রে। মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই—"ঐদি তামোচাগী কারদা তোংবদসু ইন্দোনচাগী তম্পাক্লা অতুম ফমনি।"

"সুংঙাইদা অঙাওবী মতম ছুদদি নংদি লৈশাবী দবল কার-দোনি, ঐনা হনুবী ওইথ্রদোবা। হনুবীনা লৈশাবীবু মতম্বাক্লা পম্লগা কার তোংহুনা চৎলবদি মীনা নোক্লরোইদ্রাও? অসি হায়রগা কেতু-কীন মনোরমাবু চেজেৎ কোনশিনথ্রে। গোপালনা হায়রকই—"হায় অঙাওবী! মতমতুদদি ঐসু পাথং ফারদোনি। নংসু লৈশাবী ফারদন য়াম্না ফজরদোপোৎনি।.

মনোরমা রা অমত ঙাংখিদ্রে। মহাক ইকাইগুম তৌথ্রে। কৈরোল লৈকাইদা লৈরিবী লৈশাবীশিং অহু মথং মথং উরক্লে।

নোংমদ্রি মাস্থ মখোয়গুম লৈশাবী কারকখিনি। নহান মখৈ মশু-খিদবা মশু অমা মহাক ঙসি পুন্সিদা অহানবা ওইনা মশুলে। তাঙ্গা অসিদা চাকশংদা মবেনবোক্লা চাক খিবগী মখোল তারছনা গোপাল হৌজনা চেনশিনখ্রে। মনোরমাস্থ মাগী তামো গোপালনা চাকলুক মপান্দ ক্বয়া হানখিগনি পাখৎখিবনা মশ্লোনচাগী তম্পাক্তগী চোংখহনা চেনশিনখ্রে।

কেতুকী ঙাইহাক্তি মচা অনিগী গুংঙাইরবা কুম্রৈদা তাওহনা লৈরুরে। খঙহৌদনা অরাবা ইথক অমা অমুক হৌরকই। তাঙ্গা অসিদা মমা হন্নুবী থোরক্তনা হায়রকই—"ইবেম্মা গুপীমচা চাক লোইরেনে। লাকও লাকও ইমাইচা চখোম অমমমৃতং চামিন্নরসি। এ অতগা য়েংঙোই ইমাগী বৃন্দাবন চৎপা হায়বদো হন্দক্তী তরানি পানবসিদা থোক্লেদো নংবু শেন-থুমগী থৌরাংদি ভোজরব্রা? নংগী নবুঙগীনে অতগা নচেগীনে চিন্তামণি অনি অসিনা ফক্লাংদা য়ান্দুনা লৈবসে মসিদংদা তীর্থ য়োত্রিমখৈ ইমাগী গুঙাইবা হায়বদো লৈররোইদোবা।"

রা খরসি হায়রম্লগা মমা চৎখ্রে। মনোরমা রাখলগী ঈপাক্তা তাওহৌই। মানা যক্লাংলোমদা হঙ্গৎনা য়েংখৎখিবদা উরি মবুঙ অমস্থং মচেগী চিন্তামণি অনি খাব্রাংনা লৈকাং চারবা খুদৈ মচানা পুন্দুনা য়ান্দুনা লৈরা। মৈতাল ওন্নবা শরম মচেৎ অনিদগী খোঞ্জেল অমা লাকপগুম্রে। "তাইবং পানবগী অরা মৈচাক খাঙবা মখৈ খাঙলবা তুংদা লেপ্পাইদবা হকচাংবু খাম্বী মৈনা চাক্তনা মৈতান্না রাখৈরবা কাওবদা ঐখোয়বু করিগী পুন্দুনা থম্লিবা করিগী তাইবংগী অরাবা উহল্লিবা? তীর্থগী অইংবা ঈশিংদা লুপহন্দুনা ঐখোয়বু

শান্তি পীরো। তীর্থগী অইংবা লৈমাইদা তিন্দুনা মতম কুইনগী শান্তি থুভম তানগ্রগে।" কেতুকীনা ইখঙ খঙহৌদনা মথুৎ অনিনা চেৎনা মমাই থুমজিনখ্রে অমসুং কমুংদা রাম্বহুনা তাখ্রে।

ঙসিদি মনোরমানা মন্দোনচাগীনি হায়ত্বনা মরৈ-পরেং, পাম্বোম কাবী, থুদোপ পুত্বনা লাকই। মন্থু কেতুকীনা হন্না কাওবা য়েংলমদে। ঙাইহাক লৈরগা গোপাললনা কার অমা থোঙ্গালদা থাহনা মন্দোনচা ঙাইহনা লৈরি। মানা থুম্মি—"হায় অঙাওবা নংগী কারককা তোংজনিংদে।" অসি হায়হুনা লৈ য়েন্দাই অমা পায়রগা চৈগু অমা গুরহনা গোবিন্দগী সিংঘার নংহৌরোইদৌরে হায়না তবিৎ তবিৎ চেল্লি। থোঙাল থুদিংদা মুপীমচাশিংনা মথুত্তা লৈগী ময়োম পায়র-হুনা মাগী য়েন্দাইদা হাপকদবগী ঙাইহুনা লৈরি।

মানা মীৎকপ থোক্লকপদা, গোবিন্দগী ধুপ আত্তিগী মুংশিরবা শরিক থোঞ্জেলনা মনাকোংদা পুমনিন্ নিন্খ্রে।

---

# লৌখপা

ঙরাং সন্ধ্যারাইদা স্নুমতি চেনখিবনি, অতুবু ঙসি ফাওবা কনা অমত হায়দোকপা লাক্লি। মায়কৈ পুন্নমক্তা মী থাত্থনা থিনরে অউপ্পা উনা লোংনা হাইদোক্লুনা য়েংবা হায়বতু য়োরে। মায়কৈ পুন্নমক রা রা লাওনরে। কৈরোল লৈকাইগী মুপী—অঙাং, পাখঙ-লৈশাবী পুন্নমক তিন্নতুনা হংনবা অমসুং থন্নবদা কনা অমতনসু অসিগুম্বা মীতাদা চেল্লম্ব! য়াই হায়বা কনাসু হায়বা ঙমদ্রে। লৈকাইগী পাখং-লৈশাবী অমতনা স্নুমতি অসিগুম্বা পাখঙ অমগা মুংশিনৈ হায়বসু খঙবা লৈতে। হায়কমসু থোক্তে। মরমদি মীনা ইকাইখুম্নবা ইমুং ওইবগা অতুগীসু মথক্তা ইমুংগী অহল্লমম্না য়াম্না চেকশিন্না থম্মী। তোতিদা ঈশিং শোকপা থোকহন্দে, তুরেন্দা ঈরুজবা কুমহনদে। মশানসু মরম ওকপী, লৌশিং লৈবী ওইবনা স্নুমতিনা পাখঙ অমদি লৈকাই মচেম মনেম কনানা মঙোন্দা রা অমতং হায়নবগী তাঙ্গা থক পীরমদে। অসুক মরম ওকপী লমচৎ কজবী মুপীদি পঙনা উবা কংলোই হায়না খাইনা হায়নৈ। মহাক চেনখ্রে হায়বা অসিমক লৈকাই পুম্বগী ঙক্লকম ওইখ্রে।

স্নুমতিগী মথুরা দিনমণিদি রাবগী পন্দোন লোমখ্রে। স্নুমতিগী মপা মমা কনা লৈত্রে। মাগী হায়ববু মথুরা অসিতনি। স্নুমতি

মতম চাদনা নোংদোন লাইরৈবাক পাংথ্রবা মপা অমসুং মমাগী তাইবংদা অনি সুদনা থমজরম্লবা লৈরাং চারনি। দিনমণিনা অপোকপা মচাদগী হেন্না লুনা তৌজবনি অদুবু ঙসি সুমতিনা মতৌ করম্না কদাইদা চৎখিবা। মসি খনবদা জ্ঞান মাঙনরে। পাও অমত ফংত্রবদা পুলিসতা রিপোর্ট তৌরুরে। করিগুম্বা নিংবা কায়বা অমদগী অত্ম-হত্যা তৌথ্রবরা হায়না চিংনহুনা ঈশিংদা কুমহুনা থিনরে, উতোন রাতোন্দা য়েংনরে। মমৈথংদা উচিন নাচিন্না পাও হায়দোকপা লাক্লে। সুমতি চেনখিবা শোয়রমদ্রে। পাও তারগা লৈকায়না অমুকসু হেন্না ঙকথ্রে। মানা সুপা অসিদা চেনগদবগী মরম অমত লৈত্তে। মরমদি সুপা অসিগা মাগা মরি লৈনবাসু নত্তে। অদুগী মথক্তা অহল্লমন্না থাজহুনা রা লোইনহুনা লৈবা মীনি। অদুবু মানা করিগী অসুক ঙাইঙমদনা চেনখ্রিবা? লৈবাক মমাংদা লেম্না লুহোংহুনা শামু-থক্তা তোংহুনা লেন্নবগুম্না বঝাই বেঙ্গুন মাং থাহুনা থিনবা মহাক করিগী পামদ্রিবা মসি কনানসু খঙবা ঙমখিদ্রে। মাগী মতৌ অসিদা মথুরা অমসুং মন্দোশ্লনা শাওবনা মৈ হৌরে। মচাদগী হেন্না লুনা তৌজবা মিৎনফাও কন্না য়েংজদবনি। ইবেম্মা সুপীমচা হায়বদগী হেন্না মমিং ফাও কন্না কৌদে। মপা মমা লৈতবী মরাইবক থিরবী সুপীমচা অসিনা কদাইদা হুঙাইখিরোইদগে খন্দুন্না ঙমথৈ লৈতনা লুনা তৌজে। তাইবং ইপাক রাংমা লানথ্রবা মরান্দবু নিংখিংনবগী অমতা ঙাইরবা থুদম অসিবু উরগা মমিৎতা পি তানা কপচৈ। হান্নসু থাজহনা লৈবনা লৈকাইনা মুসুক মুসুক ঙাংনবা হৌনরক্লে। কনানা হায় "মথুরাগা মন্দোলগা তানহুনা লুহোংবদা শৈশ্না চঙহম্নিংদহুনা প্রেমহুনা থাদোকখিবনি.।" কনানা হায়—

"মন্দোন্না হুপা অসিদগী লুপা কোকথোং অমা লোহৌরে।" কনানা হায়—"লৈপুংনা ষণ শাববু মো খোংবা হৌনব্রা ? অপোকপা মপা মমামক নত্তবনিনা শেমহৃনা থাদোক্লিবনি।" হান্না থাজহ্না লৈবা ওইবনা থংন চৈনবগী ৱাকমদি খোইনা লৈতে। দিনমণি শাওবনা মৈ হৌহ্না মচাহুপী সুমতি শিথ্রে হায়ত্না চক্ষু-উয়াল ফাওবা থুগাইথ্রে। লুহোংবদি লাইরত্না মাগী মমিং ফাওবা পনবা য়াখিদ্রে। মহাক মপান খোকখিদ্রে, মীরক তিনখিদ্রে। সুমতিগী রা হেক নিংশিংবদা মথন্নতা শাওবনা মৈ হৌই, হুংশা শোর মপী হোল্লি। অহৃক মরম ওকপী, অহৃক হায়বা ইনপী, অহৃক লুনা তৌজবী অহৃক মশক মতৌ ফজবী অমস্থং থোং নৌরবী সুমতিনা করিগী মথুরাবু ইকাইবা পীরম্লীবা। মথুরানা মঙোন্দা করি অরানবা তৌখিবা মসি কনানস্থ খঙবা ঙমদে। খল্লকই সুমতি অসি ঙাওরব্রা ? নত্রগা কনা-গুম্বা ঐবু য়েংথিবা মীশিংগী থোইনশিন্না তৌরিব্রা ?"

থোদোক অসিগী মরমদা মী পুম্নমক দিনমণিগা মাগী হুপীগবু থিনা ঙাংনৈ। অহৃবু মওইবা ৱাদি কনানস্থ খঙবা ঙমদে। অহৃগা মচা অপোকপা নত্তবনিনা শোয়দনা মীরাইনা তৌরমগনি হায়বসি মী পুম্নমক্না খন্নে অহৃমকপু কনা অমত্তনস্থ মসিগী খুদম অমত্তং পীবদি ঙমখিদে। দিনমণিগী মচা পাখঙ অমা লৈ মমিং নবীনচন্দ্র কৌই বী, এস সী পাস তৌরে। এম, এস সী তম্বা চৎকনি হায়হ্না মপা মমাদা নিঙাই তৌই। মপানা পৈশা লৈতে লাইরিক তম্বা ঙোক্লো হায়না খিংই। সুমতি চেনখিবা খর লৈরগা মপানা কলকত্তাদা থাহ্না মখা তমথহনথ্রে। সুমতিগী মরিক মকোন মাগীনি তম্লম্বা অউনপোৎনচিংবা লোইনা য়োম্বোক্নুনা এম, এস সী পাস তৌরে।

মরক অসিদা স্নমতিদি অন্নাবা খুদোং থিবত মাগী মশরুক ওইগ্রে। মনেম মকু অনিমক শিগ্রে। মাগী মপুরোইবা দেবেনদি এম, ই স্কুল অমগী ওঝানি। মপা মমাগী শোরাৎতা অমস্নং লায়েংবদা মীগী মরলনা খাং কোইগ্রে। নোং ঙানবগা শেল থোৌবা লাকপা মীনা স্নমাং মাঙ্গোল থনগ্রে। য়ুম ঈংখোল য়োন্দুনা মীগী মরল শিংনরে। অতুনস্নু কোন্নদে। হৌজিক লৈকাইগী মরুপ মপাং অমগী মমাং শঙ্গোইদা লৈতুনা য়াম্না ৱানা মতম লেল্লি।

নোংমা দেবেননা হায়—"স্নমো ইখোয় লাইবক য়াম্না থীরে, মীগী মরলনা খাং কোয়রে, লৌরি ইংখোল অমত লৈত্রে। নখোয়গী খুরাদা লোখৎপীরো অমুক্তং হায়সি। নংগী নরিক নকোম্নচিংবা অউনপোৎ খরদি শোয়দনা তম্লক্কনি। মতুনা ঐখোয়গী অৱা অনাদ মতেং খরদস্নু ওইনগনি।"

স্নমতিনা ঙায়হাক মরু লুকথনা খল্লগা হায়রকই— "লিক কোন্দগী ৱা নত্তে ঐগী ইংখোল লো-শিং শরুক য়াম্না লৈ। খুৱা-খোইনা লৈরিবা য়ুম অসিমকস্নু ঐখোয়গী পাবুংনা শারম্বনি। ঐখোয়গী করিস্নু ৱাংলোই মতম চাত্রি হায়তুনা তৌবনি।"

"তো তৌরেদো নংগীদি হেক হায়রগা মতম চাত্রি হায়বসি মঙাই কয়া কুইরগা চাগদোবা মতমনো ? নখোয়গী খুৱাগা নন্দোলগা শাওতুনা করি তৌনি হায়বগে লৌরী ইংখোল পীয়ু য়াত্রগা কেশ হেক্তা তৌসি।"

"কেশ তৌত্রবস্নু মনাইনা পীজরক্কনি। ঐনা তামো লাইরিক তম্বা লোইবা ফাওবদং ঙাইবনি। ঐখোয়গী পাবুঙচাগা ইন্দোনচাগানা ঐবু লুনা তৌথ্রপোৎনি। অতুগনে ঐখোয়গী তামোখোয়দি ঐগী

তু নামতং তৎপদা মথরাই থাগে হায়রিপোৎনি। নখোয়না চৈরিসে তামো তারবদি য়ারোইদ পোৎনি।"

"সুংঙাইদা নখোয়গী তামোদি এম, এস সী পাস তৌহনা অফিসারহুম ওইগ্রে। নহান্দা খবরদা য়াওখিবনি তলব ককা য়াম্না চাওগ্রপোৎনি।"

"অহুদি নহানমখৈ ঐঙোন্দা করিগী হায়ড্রিবা?"

"কনানা খঙগনি ঐদি নংস্থু খঙমদবোই নিংই।"

"অহুদি য়ারে তামোদা চিঠী ইরসি ঐবু লৌখৎপীরো হায়রসি ঐদি খুৎ য়াম্না থী, নং ইয়ু ঐ হায়রক্কে। ঐখোয়গী অন্নাবা মতম লোইরে।"

"নংগী পৈরী পৈরীবা ময়েক অহুনা ইয়ু। বনানস্থু খর খর লাল্লহুনা মহুনা থোইনা নখোয়গী তামোনা সুংশিনি।"

"হুম ইকাইজে নং ইয়ু ঐ শোই তৌগে।" অস্নুম্না মখোয় চিঠী ইবা হৌগ্রে। নোংমা নবীনচন্দ্রনা সুমিদাংরাই কোইখোকদবগী মফি হোংলিঙৈদা চিঠি অমা থুংলরে। চিঠিদা অস্নুম্না ইরি:—

ঐগী সুংশীজরবা তামো!

ঐনা করিগীদমক্তা লোম্না চেনখিবা অমস্তুং পাবুংচাগা ইন্দোনচাগবু করিগী ইকাইবা পীখিবা ঙসি ফাওবা কানদস্থ হায়-দোক্লক্তে। ঙসিদি মতম চারে খল্লহুনা তামোদা খঙহঙ্গরিবা অসিনি। নোংম সুমিদাং ফুঙ্গামপান্দা পাবুংচাগা ইন্দোনচাগা রাজ্রী শাবা তাই মতম অহু ঐ কমুংদদি হিপ্রে হায়ববু অস্নুম থোকউ হায়বহুনা তুম্বদি খক য়ারম্রদে। রাজ্রীদি তামোগী লাইরিক মথা তমথনবা অমস্তুং ঐগী সুহোংবগী মরমদনি। মতম অসি তামোনা এম, এস সী

তম্বা চৎকনি হায়না নিঙাই তৌই। পাবুঙচানা পৈশা লৈতে হায়। তামোনা মথা তমহনদ্রবদি লোম্না চেনগ্রনি এরোপ্লেন থৌবা ওইগ্রনি হায়। তামো নরিংজেল য়াম্না খায়, তৌগনি হায়গ্রবা অত্থুদি শোয়দনা তোই। নং পাইলোট ওইথিগদ্রা হায়না পাবুঙচান্ন ইন্দোমচাস্থ ঐস্থ য়াম্না রারম্মী। অথেংবা অহিং অত্থুদা পাবুঙচানা হায়—"করম তৌসি হায়বগে? স্থপামচানা লাইরিক তম্বা চৎকনি হায়রিবসি পৈশাদি অমত লৈতে। তারবদা লুপা লিশিং মরিদি শোয়দনা চঙগনি।"

"ঐস্থ মত্থগীদমক থনবদা জ্ঞান মাঙলে অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা এরোপ্লেনগী পাইলোট ওইগনি হায়তুনা লাকই। হৌজিকস্থ মাবু এম,এস সী তমহন্দ্রবদি লোম্না চেল্লনি এরোপ্লেন থৌনি হায়জিল্লক্লে।"

"লুপা লিশিং অমা অনিদং লৈরিবা অসিদি মচনগী লুহোংবা কাওবা ওক্লোঙদৌরি নিঙোলবু চাউনা থম্বস্থ য়াবা নত্তে। মীনা করি হায়থিনি। অপোকপামক ওইরবদি লুহোংবসি চহি অনিদং পম্থরগা মবুঙ লাইরিক তম্বা লোইরগা হোংবস্থ য়াইদো। মত্থ হেক তৌবদা মীনা কানা কানি হেক ঙাংনগদবনি।"

"য়াম্না লুগদৌরি তৌরিবসি ঐস্থ থনক্রম থোক্তে। ইচা মথস্তু পোকপদা করিগুম্বা পাইলোট ওইদা ওইথিবা তারবদি·· ····।"

অস্থম্না পাবুঙচাগা ইন্দোমচাগা অন্নাবা ন্নাথন্দা লুপ্লরম্মী মতুংদ ঐনা য়ুম পানথিরোই নিঙাই তৌই, অত্থস্থ মখোয়না য়াদে। তামো নংনস্থ লাইরিক তম্বা চৎকনি নিংঙাই তৌই। মমৈথংদা ঐনা পাম্বৈ অমনা লোম্না চেন্দুনা পাবুঙচাখোয়বু শাওহন্দুনা ঐগী লুহোংবদা চংগদবা পৈশানা তামো লাইরিক তমলুরিবত্থনি। তামো নং নত্তনা ঐগী

কনা লৈ৷ পাবুঙচাগা ইন্দোমচাগা শাওদনবা নংনা হায়বীয়ু৷ তামো ঐ য়াম্না রারে। য়ুম ইংখোল লৈত্রে। তামো নংদি তলোপ য়াম্না চাওরে, ক্ষম চাওনা নাইরে হায়, অতুবু নোংমতস্সু ঐবু নিংশিংখিদ্রে। তামো ঐনা লানখিবা পুম্বা ঙাকপীয়ু। তামো ঐবু লোখৎপীরো। য়েংঙোই লোখৎপদা লিক-কোল অমত তম্বীয়ু। মীগী ময়ুমদা তাংতুনা লৈবসি য়াম্না ইকাইরে। য়ুম ইংখোল অসিদদি খর হন্দোকপীয়ু। পাবুংচাগা ইন্দোমচাগদা ঐনা খুরমজরকই তম্বীয়ু। ইতি

নংগী নচন

সুমো

চিঠি অসি পারগা নবীনচন্দ্র মমাদা—"ইমা সুমোগী চিঠি" হায়রমলগা কপতুনা চমুং চংখ্রে। চিঠি অসি মমাগা মপাগসু পারে। দিনমণিদি নোংখোংবগুম কপলক্লে। নোঙ্গাথ্রবা ময়াম্ববু কৌতুনা কপ্পা হৌরক্লে।

ময়াম্বনা মথুৎ পায়হনা শিরমদাইগী মতমদা মচাবু শিন্নরম্ব, ময়াম্বনা চরা নামত চাহনা ফি শেগাইবা শেৎতুনা মাবু মহৈ তমহললকপা মী ওইহল্লকপা পুম্নমক মথং মথং ওইনা নিংশিংলক্লে। ইখঙ খঙহৌদনা হায়রকই— "সুমোদি মপাগী মচানি কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে। সুমো সুমো ইপাগী ইবেম্মা সুমতি………।"

---